[illegible]

# পুন্সি অমগী ৱারী

ধনশ্যাম ৱাহেংবা

PUNSHI AMAGEE WAREE

*A collection of 13 short stories in Manipuri*

by Dhanashyam Wahengba,

Published by Wahengbam Milan,

Wangoi Wahengbam Leikai - 795 009, Imphal West (Manipur)

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ধনশ্যাম ৱাহেংবা |
| অফোঙবা | ঃ | ৱাহেংবম মিলন, |
| | | ৱাঙ্গোই ৱাহেংবম লৈকাই |
| ফংফম থোকপা | ঃ | অইবা |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | জুন, ২০১৪ |
| কোপি | ঃ | ৪০০ |
| মমল | ঃ | লুপা ২০০/- |
| মখুম | ঃ | যেন্দ্রেম্বম বনধিব কুমার |
| দিঃ টিঃ পিঃ | ঃ | সুসুরো. কোম, শামুরৌ কৈথেল। |


*'ৱাবীমচাশিং অসি কন্নাগুম্বা মীশক নংত্রগা করিগুম্বা থৌদোক অমত্তগা মরী লৈনদে।'*

**লাইরিক ফংফম ঃ**

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

অমদি

অইবগী য়ুম, ৱাঙ্গোই, ইম্ফাল ৱেষ্ট।

নম্ফম ঃ গ্রোম ওফসেট, পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।

PUNSHI AMAGEE WAREE
*A collection of 13 short stories in Manipuri*
by Dhanashyam Wahengba,
Published by Wahengbam Milan,
Wangoi Wahengbam Leikai - 795 009, Imphal West (Manipur)

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ধনশ্যাম ৱাহেংবা |
| অফোঙবা | ঃ | ৱাহেংবম মিলন, ৱাঙ্গোই ৱাহেংবম লৈকাই |
| ফংফম থোকপা | ঃ | অইবা |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | জুন, ২০১৪ |
| কোপি | ঃ | ৪০০ |
| মমল | ঃ | লুপা ২১০/- |
| মখুম | ঃ | য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার |
| দিঃ টিঃ পিঃ | ঃ | সুসুরো. কোম, শামুবৌ কৈথেল। |

*'ৱারীমচাশিং অসি কনাগুম্বা মীশক নৎত্রগা করিগুম্বা থৌদোক অমত্তগা মরী লৈনদে।'*

**লাইরিক ফংফম ঃ**
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল।
অমদি
অইবগী য়ুম, ৱাঙ্গোই, ইম্ফাল ৱেষ্ট।

নম্ফম ঃ গ্রোম ওফসেট, পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

"পুন্সি অমগী ৱাবী" হায়বসি ঐগী মরিশুবা ৱারী মচাগী লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা ৱারীমচা তরাহুমদোই য়াওরি। ৱারীমচা অযাম্বা মণিপুর মনুংগী যৌদোক-ৱাখোক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎচবনি। ৱারীমচা খরা অমনা ঐনা চহী তরামুক্কী শাংলবা মতম অসিদা মণিপুরগী মপানদা ওজাগী শিনফমদা লৈবিঙেসিদা তারকখিবা থেংনবকখিবা মচাকশিংদগী শেমগৎচবা ৱাবীশিংনি। লেপ্পা লৈতনা ওল্লক্লিবা অমদি ওন্দুনতসু লৈরগদবা খুন্নাই অসিদা হিংলিবা পুন্সি মহিং অমদি মসিনা পুন্সি অসিদা পীরকপা চৈথেং-চৈহল (রিএক্সন) কয়া — কপ্লিংবা, নোক্লিংবা, য়ানিংবা-যানিংদবা কয়ানি। অসিগুম্বা পুন্সি অসিগী মশক মচেৎ অমত্তং য়েক্লবা হোৎনজরি।

লাইবিক অসিবু মশক তাকপীবিবা অইবা অমসু ওইবিবা ঐগী খুবা ইবুংঙো বিঃ কেঃ ৱাহেংবা, ঐগী মমাংগী অয়াম্বা লাইবিকশিংবুসু মশক তাকপীদুনা অমদি হায়জকবা খুদিংদা লৎনবা লৈতনা পূক্লিং যৌগৎপীরকখিবা অইবা অসিগী মফমদা নোল্লক্না ইকাই খুম্নবা উৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মিং পল্লমদ্রবা য়াদ্রবা মীশক অমদি শামুবৌদগী ঐগী মরুপ এল, সি, সুরজিৎকুমারনি। 'ৱারীমচা কয়া ইরবগে, লামায় কয়া শুববগে' হায়না তত্তনা হংলকখি। ঐগী ইনিংবগী চাক্লিবা মৈরিলত্তা থাউ হৈরকখি। মতম পুম্নমক্তা পূক্লিং যৌগৎপীদুনা লাকখিবা মরুপ অসিগী মফমদা শিংবা ওন্নরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিংগী মিংথোলগী মতাংদা মমল য়াম্লবা পাউতাক পীবিরকখিবা অমদি মখুমগী লাই য়েকপীবকখিবা ওজা য়েদ্রেম্নম রনধিব কুমারগী মফমদা নোল্লক্না তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসিবু ডিঃ টিঃ পিঃ তৌবিরকখিবা অমদি বানানগী অরান-অহই কুপ্না য়েংশিনবীরকখিবা সুসুরো. কোম, শামুরৌগী ইনাও ইবুংঙো রোমেশ্বর লোইতামবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা অতেনবা মতমদা

লাইবিক অসিবু নম্বীখিবা গ্রোম ওফসেট, পাউনা কৈথেলগী মরূপ অশির্জিং লুৱাং অমদি মাগী ষ্টাফশিংবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ঐগী মবিশুবা ৱাবীমচাগী লাইরিক "পুন্সি অমগী ৱারী" অসি মণিপুরী লোন অমদি মণিপুরী খোবিলোনবু নুংশিবীবা অদোমগী খুৎতা শীন্নজরে।

অহৈবা

ধনশ্যাম ৱাহেংবা

ৱাঙ্গোই

জুন ১৫, ২০১৪ ইং।

# পারুবগী চৈথেং-চৈহল
## (বিএক্সন অফতব বিদিং)

পুন্সিগী তাইবংপানবসি য়ানসিন-কাংলোনগী তাইবংপানফমনি (দ ৱার্লদ ওফ লাইফ ইজ দ ৱার্লদ ওফ কেমেষ্ট্রি)। মসিগী মনুংদা থোক্লিবা পোৎলমশিংগী চৈথেং-চৈহলশিং (কেমিকেল রিএক্সন) অসি তক-তরুনা শেংদোক্লবা অইবশিংগী মমিৎশিংনা উরুই। অদুগা পোৎলমশিংগী চৈথেং-চৈহলশিংগী লাইয়েকশিং মখোয়না খোঙ্জেলনা য়েকথোরকই। লাইয়েকশিং অদুগী থৱাই অইবশিংদুগী ইনৌ-নৌনা শাগৎলকপগী মীহুন (ক্রিয়েতিভ ইম্পলস) না হাপ্পী। অদুগা চৈথেং-চৈহলশিং অদুগী মহয় (ইনফরেন্স) য়াওনবু ওইরবসু য়াওদনবু ওইরবসু শিল্লম (আর্ট) অমা ওইনা শাফোংহল্লকই। অসুম্না শাফোংহল্লকপগী অউবা মশকশিংগী নাচোম অমনি – শ্রীধনশ্যাম ৱাহেংবগী ৱারীমচাশিংগী নাচোম – "পুন্সি অমগী ৱারী"। শ্রীধনশ্যাম হান্নসু ৱারীমচাশিংগী নাচোম অহুম খুদোল তমখিবা লৈশ্রে। মঙোন্দা ফাওবিবা ক্রিয়েতিভ ইম্পলস অসি হন্দক্কী অসিদনা হেন্না চংখোনবগী চাং হেঙ্গৎলকই। ক্রিয়েতিভ ইম্পলস অমসুং য়েংলিবা মীয়েংনা অদুক্কী মতিক তরু-তরুবগী চাং হেঙ্গৎলক্লিবগী মতিক শিল্লম (আর্ট) গী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। ৱারী মচাদদি পাউদম অমসুং খুৎলাম্বোক্লা লৈতেং ওই অমদি নুংঙাইহনবগী চাং লেপ্পী। নাক-য়েৎ অমদি পোৎলম খিবিক অসি চেকশিন্না য়েংলগা অমদি অতাবী অমা শীজিন্নরগা শ্রীধনশ্যামনা মহাক্কী নাচোম অসি নীংথিজনা লৈচল শেন্নক্লে হায়না ঐহাক্কী মিৎয়েংদগীদি হায়জনীংই।

বিঃ কেঃ ৱাহেংবা
ৱাঙ্গোই

মে ১৮, ২০১৪,
নোংমাইজিং

# ৱাহৈ খরদং

"পুন্সি অমগী ৱারী" হায়বসি ঐগী মরিশুবা ৱারী মচাগী লাইবিক্রি। লাইরিক অসিদা ৱারীমচা তরাহুমদোইঃ য়াওরি। ৱারীমচা অযাম্বা মণিপুর মনুংগী থৌদোক-ৱাথোক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎচবনি। ৱারীমচা খরা অমনা ঐনা চহী তরামুক্কী শাংলবা মতম অসিদা মণিপুরগী মপানদা ওজাগী শিনফমদা লৈবিঙেসিদা তারকখিবা থেংনরকখিবা মচাকশিংদগী শেমগৎচবা ৱারীশিংনি। লেপ্পা লৈতনা ওল্লক্লিবা অমদি ওন্দুনতসু লৈরগদবা খুন্নাইঃ অসিদা হিংলিবা পুন্সি মহিং অমদি মসিনা পুন্সি অসিদা পীবকপা চৈথেং-চৈহল (বিএক্সন) কয়া — কপ্লিংবা, নোক্লিংবা, যানিংবা-যানিংদবা কযানি। অসিগুম্বা পুন্সি অসিগী মশক মচেৎ অমত্তং য়েক্লবা হোৎনজবি।

লাইবিক অসিবু মশক তাকপীবিবা অইবা অমসু ওইরিবা ঐগী খুরা ইবুংঙো বিঃ কেঃ ৱাহেংবা, ঐগী মমাংগী অয়াম্বা লাইবিকশিংবুসু মশক তাকপীদুনা অমদি হাযজকব্বা খুদিংদা লৎনবা লৈতনা পূক্লিং থৌগৎপীবকখিবা অইবা অসিগী মফমদা নোল্লুক্লা ইকাইঃ খুম্নবা উৎচবি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মিং পল্লমদ্রবা য়াদ্রবা মীশক অমদি শামুরৌদগী ঐগী মরুপ এল, সি, সুরজিৎকুমাবনি। 'ৱারীমচা কয়া ইরবগে, লামায় কয়া শুরবগে' হায়না তত্তনা হংলকখি। ঐগী ইনিংবগী চাক্লিবা মৈরিলক্তা থাউ হৈরকখি। মতম পূম্নমক্তা পূক্লিং থৌগৎপীদুনা লাকখিবা মরুপ অসিগী মফমদা শিংবা ওল্লরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱাবীমচাশিংগী মিংথোলগী মতাংদা মমল য়াম্নবা পাউতাক পীবিরকখিবা অমদি মখুমগী লাই যেকপীবকখিবা ওজা য়েস্প্রেম্নম বনধির কুমাবগী মফমদা নোল্লুক্লা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসিবু ডিঃ টিঃ পিঃ তৌবিবকখিবা অমদি বানানগী অরান-অশুই কুপ্পা য়েংশিনবীরকখিবা সুসুরো. কোম, শামুরৌগী ইনাও ইবুংঙো রোমেশ্বর লোইতামবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা অতেনবা মতমদা

লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা গ্রোম ওফসেট, পাউনা কৈথেলগী মরূপ অশির্জিৎ লুৱাং অমদি মাগী ষ্টাফশিংবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ঐগী মরিশুবা ৱারীমচাগী লাইবিক "পুন্সি অমগী ৱারী" অসি মণিপুবী লোন অমদি মণিপুরী খোবিলোনবু নুংশিবীবা অদোমগী খুৎতা শীন্নজরে।

অইবা

ধনশ্যাম ৱাহেংবা

ৱাঙ্গোই

জুন ১৫, ২০১৪ ইং।

# পারুবগী চৈথেং-চৈহ্ল
## (বিএক্সন অফতব বিদিং)

পুন্সিগী তাইবংপানবসি য়ানসিন-কাংলোনগী তাইবংপানফমনি (দ ৱার্লদ ওফ লাইফ ইজ দ ৱার্লদ ওফ কেমেষ্ট্রি)। মসিগী মনুংদা থোক্লিবা পোৎলমশিংগী চৈথেং-চৈহ্লশিং (কেমিকেল রিএক্সন) অসি তক-তরুনা শেংদোক্লবা অইবশিংগী মমিৎশিংনা উরুই। অদুগা পোৎলমশিংগী চৈথেং-চৈহ্লশিংগী লাইয়েকশিং মখোয়না খোঙ্জেল্না য়েকথোরকই। লাইয়েকশিং অদুগী থৱাই অইবশিংদুগী ইনৌ-নৌনা শাগৎলকপগী মীহুন (ক্রিয়েতিভ ইম্পলস) না হাপ্পী। অদুগা চৈথেং-চৈহ্লশিং অদুগী মহয় (ইনফরেন্স) য়াওনবু ওইরবসু যাওদনবু ওইরবসু শিল্লম (আর্ট) অমা ওইনা শাফোংহল্লকই। অসুম্না শাফোংহল্লকপগী অউবা মশকশিংগী নাচোম অমনি – শ্রীধনশ্যাম ৱাহেংবগী ৱারীমচাশিংগী নাচোম – "পুন্সি অমগী ৱারী"। শ্রীধনশ্যাম হান্নসু ৱাবীমচাশিংগী নাচোম অহুম খুদোল তমখিবা লৈরে। মঙোন্দা ফাওবিবা ক্রিযেতিভ ইম্পলস অসি হন্দক্কী অসিদনা হেন্না চংখোনবগী চাং হেঙ্গৎলকই। ক্রিয়েতিভ ইম্পলস অমসুং য়েংলিবা মীয়েংনা অদুক্কী মতিক তরু-তকবগী চাং হেঙ্গৎলক্লিবগী মতিক শিল্লম (আর্ট) গী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। ৱারী মচাদদি পাউদম অমসুং খুৎলাম্থোক্লা লৈতেং ওই অমদি নুংঙাইহনবগী চাং লেপ্পী। নাক-য়েৎ অমদি পোৎলম খিবিক অসি চেকশিন্না য়েংলগা অমদি অতাবী অমা শীজিন্নরগা শ্রীধনশ্যামনা মহাক্কী নাচোম অসি নীংথিজনা লৈচল শেন্নক্লে হাযনা ঐহাক্কী মিৎয়েংদগীদি হায়জনীংই।

বিঃ কেঃ ৱাহেংবা
ৱাঙ্গোই

মে ১৮, ২০১৪,
নোংমাইজিং

# য়াওরিবশিং

# ইচাগীদমক্তা

'অসুক কুইবা মতমসি হোয়নি-মাইনি হাযবক্তুগা হন্দক্তা নঙনা ঐবু মী থা-থাদুনা অমুক্তা উনদবা য়াদে হায়রক্লিবা করিগীনো? শাংলবা চহী কুনমাথোই অসি ঐনা তৎলবা লীক্লাংগী নাম্বোক্তুনা তাপ্লবা লীক্লু মকণ্ডম ইদোম তবক হিংলক্লি। ঙসিনা ঐবু ৱাক্ত-পাদবী অমগুম খন্দুনা নঙনা ইফমদগী কবি নীবা লাক্লিবা?

নীংশিংবা পামদ্রবা হৌপ্রবা থৌদোক কয়া কয়ানি। হন্দক নঙনা ঐবু উননীংই হায়রকপসিদা থৌদোকশিং অদুনা তম্লাইগী শক্লোন লৌদুনা তম্ন-তম্নদুনা ঐবু ওৎলরি।

ঐসু অঙম্বা মখৈদি হোৎনখিদনা? পাবুংগী মনীং থুংনবা ঐনা তৌখিদবা কবি লৈখি? মী খ্বাইনা হৌগৎনদ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা ইমুং, মাঙ্গোল, শুমাং ৱাই শিতুনা, ৱাই তৈদুনা নুমিৎ খুদিংগী হোৎনখি। পাবুং হৌগৎলক্ত্রিঙৈদা শুমাংদা ধুপ থাদুনা লৈ মনা অমত্তা ওইরবসু কৎনবা হোৎনখি। পাবুংগী য়াথং ঙাক্তুনা তুলসি মখোঙগী অকোয়বা চাউরবা শুমাং অদু নুমিৎ খুদিংগী নুবা য়াওদনা খুত্তনা ৱাই তৈখি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মনিং চঙবা খুদিংগী ঈরুজখি।

"মুং অসি মাংথোক্লগেবা? মনিংদা চঙলুরবদি হকচাং শেংদোক্তি ফাওবা দাবী ফাও... ...কপা য়াদে।"

পাবুং... লাউবকপনি। হকচাং ঙমদবগী মনিং চঙলুবগা য়ামন্দুনা দাবি ঙাইহাক ফন্নিংঙেদানি।

ঐ যাম্না য়ানা পুন্সি মপাল ফাওবা লাক্নে। ঐগী ইতৌদু য়েংবা ঙমদ্রদুনা ইন্দোমচানা পুন্সিদগী ঈশিং শোকৎপিবগা ইনাক্তা থম্বীরম্মি।

ঐ ঙাইহাক পা... হায়দুনা ফমুংদা চঙদুনা হিপথবদা ঙ...রি।

"ঐ থবক চংকদৌবি। চাক ঙন্না থোংউ।"

পাবুংনা মাঙ্গোলদগী ঐ তানবা লাউবপ হাযবকই।

ঐ পুম্নমক অদু তুমিন্না খাঙখি।

মমশিল্লকপা কুইবে। পাবুং চাক তোকখিবগা মযাম পুম্নমক চাক চাবা চঙনবকই। চেক-মোক লাউনদনা মযাম চাক চারি।

মযাম্না হৌগৎনব্রব ... ঐদি ফমদৌবি। পাবুং ফমুং চঙদুনা হেক চেপখিবগা লুখাক- চাগুম শেংদোক্তদৌবিবনি।

"নঙদি নুংগী মিতমনি। ইমুংদা চং লিবা লোনচৎ পুম্নমক না পঙবা, মিৎ তাংবা অমগুম কবিসু খঙশিন-উশিন... লৈথোকপা ঙম্মি।" – ঐগী থম্মোই

ঐ খাঙখি। পাবুংনা মমৌ ফংলবগী, মশু ফংলবগী লাইনীং লম্বীদা পূক্নিং লুপশিল্লকপনা তৌবনি।

নোংমা,

"পাবুং, মখোয তাম্মোনা নুপী অমা য়ুমসিদা পুশিল্লক্লবা হোৎনরিবসি খবা থিংবীয়ু।"

কৈথেল মপালগী সখীতোম্বীনা তন্নম্বা পাউদু ঐনা পাবুংদা হৌদোক্লুই।

"নঙনা অসুক য়াম্না য়াখল তাদ্রিবসি করিগীনো?"

পাবুংনা শাউরংননা খোঞ্জেল কল্লপ হংলকপা ৱাহংদু তাবদা ঐ ঙকচান্নে। ঐনা করি লানগ্রবগে খনবদা ঐ লম্মুক্লরি।

পাবুংনা মখা তারকই,

"নঙনা ইকাইবা খঙমন্দবদগী য়ুম অসিদা লৈরিবা নৎত্রহে? নঙবু ইমুংসিগী মীরা? নঙবু ইমুংসিগী মী কনানা য়াবা য়াওবগে?"

ঐ তু চুংখিবা খঙহৌদে। ঐনা ৱারগা মখোয় তাম্মোনা লৈথোক-লৈথোক্তুনা খঙশিন্নদনা লৈখিবা, ইমানা থবক লৈবা শাদুনা নাকল্দা খৈদোকখিবা, ইনাওনুপাসু, ইচননুপীসু মানা-মানা থোকপা লৈথোক্লখিবা - পূন্নমক ঐগী ৱাখলগী অতিয়াদা নোংথাংগী মতৌগুম পাইশিল্লক্লগা অমুক মাঙখ্রে।

"মখোয় তাম্মোসু য়াওনা মখোয় কনা অমত্তনা ঐবু নুংশিদ্রবা? - ঐগী থম্মোই

চহী মঙা য়ুম্বান্দুনা লৈরকখিবা অদুদা ঐগীনি হায়বা কনা অমত্তসু লৈখিদে।

"মখোয় তাম্মো, য়েংউ নুংশিদরা নচা অনী অসিনা 'পাপা, পাপা' হায়দুনা নঙ লাকপগা ননাক্তা চেনশিল্লক্লিবসি? মখোয়গীদমক্তা নঙবু কবিসু খনবীদ্রববা?"

"কনানা খন্দে হায়বগে, হায়রিসিবো?"

"অদুদি ঐ লৈনা-লৈনা নুপী অমা অমুক পুশিল্লকপা ঙমগদ্রা?"

ঐগী মিৎতগী পি মরিক অমা অনী নাম্থবকই। খোঞ্জেল অসিসু নুংহিক্লবকই।

"ইমা-পাবুংগী খল্লগা ঐ নুপী অমা পুশিল্লকপা পাম্নে।"

মিকুপ অমা ফাওবা পম্থবা তৌদনা নঙনা হায়বকখি।

মতম অদুগী নঙগী পাউখুম অদু ঐগী কোক্তা নোংমৈ-শিংজংনা পানবগুম থোকখি। ঐ ঙাইহাক ৱাখল মাঙখি। করি তৌগদগে হায়বা খঙখিদে।

"নঙমক্লা ঐঙোন্দা পাউখুম অদু পীরবকো? নঙগী ইমুংসে ঐগীসু

ইমুংনি। নঙসে ঐগীনি, ঐসে নঙগীনি। করিগী নঙনা অদুক য়াম্না তমথিবা শক্রোন লৌবক্লিবা?" – ঐগী থম্মোই

"নঙ যুম অসিদগী চৎগ্রো। মদুনা নঙগীসু ঐগীসু অফবা ওইগনি।"

ঐগী মিৎ অনীমক পিরাংনা থুন্নকই। থিংবা ঙমদনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লি।

"নঙবু ইমা-পাবুংনা পামদে। নঙ লৌথ্রিঙৈদা ইমা-পাবুংনা মমৌ ওইজগে খনজবী নুপী অমা লৈরি। চহী য়াম্না লৈশিল্লক্লিঙৈদা – । অদুগা নঙসু নহা –।"

"মখোয তাম্মো, ওক্রে তোক্রো। মখা তাবীরনু।"

নঙনা মীবাইবীবে খঙলকপা মিকুপ অদুদা ঐ ইমুং অদুদা লৈবদা মৈশা ফাওখি। নঙগা থেংনরুবদগী ঐ যুম অদুদা লাকখিবা নৎত্র? নঙগা ঐগা লৈনবন্না মবী অদু তৎনরবদা কনাগা অমুক মরী লৈনদুনা মখা তানা লৈথবা ঙমগনি?

ঐ পীক্লিবা ইচা অনী পুদুনা লাকখি। মতম অদু ইচানুপা দেবচন্দ্রনা চহী মরি শুবকপদনি। ইচানুপী ঋজয়ানা চহী অমত্তমক ঙাইবি।

নঙদি থম্মোই য়াম্না কল্লি ঐগী থম্মোইবু মচেৎ তানা থুগাইরগা নঙগী কবি অপেনবনো? নোংমতসু ঐবু কবম লেপ্লি হায়না হংলদ্রবসু নচাশিং অসিবু কমদৌবিবগে হায়না হংলবদি য়াইদনা?

কয়ারক খল্লবা মতুংদা ঐ নঙোন্দগী ৱাখল তৌবা তোক্লবনি। ৱাখল তৌরুবগা করি কান্নগনি? মৈচাক হেনগৎনবনি। নঙদি নঙগী অপাম্বা অদু পাংথোক্রেদনা? ইমা-পাবুংনা পামজবা নঙনসু পামজবা নুপী অমা অমুক পুশিল্লক্রেদনা? মদু নঙনা শোয়দনা তৌরক্কনি হায়বা ঐসু খঙিঙ। মদুদা ঐ খাঙবা ঙমদবা হায়বদুদি ত্তৌদে। নঙগী নুংগুম্না কল্লবা থম্মোই অদুগা থেংনরুবনা ঐগী থম্মোইবুসু কনশিনহল্লে। ঐ পুম্নমক থেংনবা তম্লবনি।

"ইতেমা! ইতেমা লৈবরো?"

চহি অমগী মতুংসিদা ঙসি ইথা থাজদনা ইনাওনুপা রোমেশকী খোঞ্জেল তারকপসিদা ঐ ঙকই। খোঞ্জেল অসি তারগা ঐগী হৌগ্রবা থৌদোক কয়া

মশেল–মরাং ওইনা উরকই, – নঙগা থেংনখিবা, লুহোংখিবা, নহাক্কী পাবুং হোয়না পামখিদবা, নঙনা ঐবু চংখিনবা হায়রকপা – মথং মথং।

মপান্দা রোমেশ লেপ্লুনা লৈরম্মি।

"রোমেশ, নঙ লাক্লিবরা?"

"হোয়, ইতৌমা। উনদবা কুইরে। ইতৌমহোয়গা অমুক্তা উন্নকগে হায়দুনা লাকপনি।"

"নখোয়দি নুংঙাইবিদনা? ইমা পাবুংদি অনা–অযেক য়াওদবা নংত্র?"

"য়াওদে। ইতৌমহোয়দি কমদৌবি?"

"নুংঙাইরি।"

"করিগীসু নুংঙাইরোই। নখোয়সু নখোয়না খোকপা ঐখোয়সু ঐখোয়না খোকপা, – তোঙান–তোঙান্না কনাদসু য়েংনদনা উনবসু তৌদনা লৈববসিদবু করিগী নুংঙাইরোই হায়বগে?" – ঐগী থম্মোই

তাঙ্গা অসিদা ইচা দেবচন্দ্রগা বিজয়াগা থোরকই। রোমেশনা মহাক্লা পুবকপা অচাপোৎশিং অদু পী।

দেবচন্দ্রবু মতম্বাক্তা পমদুনা রোমেশনা হায়রকই,

"ইচাদি চাউরম্লেদনা? নঙ ককাবু কাউরবরো? সিদগীদি নখোয়গী ননাক্তা ককা তোয়না লাক্লদোইনি। লাকপা খুদিংগী অচাপোৎ লৈরক্কনি, শান্নপোৎসু লৈরক্কনি।"

হায়গুমদনা রোমেশ তোয়না লাকখি। ইচাশিংগী শান্নপোৎনচিংবা লৈরকখি। ইচাশিংসু য়াম্না হরাউখি।

নোংমা, নুংথিলনি। রোমেশ লাক্লুনা হায়রে,

"ইতৌমা, দেবচন্দ্রগা বিজয়াগসি ঙসিদি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা পুরগা মফি–মরোল লৈবিরুগে?"

"হোয়, হোয়। খরা ঙন্না হল্লকউ।"

মিংশেল থাউমৈ চুখত্নুনা মাঙ্গোলদা থম্মি। অদুগা থোঙ্গাম্লোমদা য়েংদুনা লৈরি। ইচাশিং পুরগা চংখিবদগী রোমেশ হল্লক্ত্রি। করিবু তৌদুনা লৈরবনো খঙদে। মঙল–মঙল খল্লি। হল্লক্কদরা–হল্লক্কদরা খন্দুনা ঙাইবনি। হল্লকপা কৌবা লৈতে। ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্কে।

থোঙ্গালদা থোক্তুনা ঙাইকই।

"ইবেম্মা, থেঙলে। চঙলসি লাকও। নঙগী নরাইবক অসি ওম্থোক্লা থিব্রেদা। ইশু অনীদো পুদুনা চৎব্রবনি। থিল্লক্ররোই।"

ইমা থোবক্তুনা ঐবু কৌশিল্লে।

ইমাগী ৱাদু তাবদা - অহৌবা অখাক অৱাউগী থোঙ্গেল তাবদা তুমথরুবদগী মিকপ খঙথোক থোক্লকপগুম ঐ ৱাখল খঙলাক লাকই। তু খ্যাও চুংলকই। নুমিদাং থেঙজিল্লকপগী অঙ্গংবা নুংশিংনা হকচাং অসিদা য়ৈদুনসু মায়থোঙ অসি হুমাং মবিক-মরিক কারকই।

নুমিত্তু ঐ কপখি। থোঙ্গেল থোক্লা কপখি। ইমাসু কপখি। য়ুম্রোম্নবশিংনা চঙলক্তুনা মরম হংলখি।

অহিং অদু মিং কল্লা অমা ফাওবা উইশিনবা য়াদনা ওন্না-থোইনা খাঙখি। অহিংগী অচিকপনা অসুম-অসুম হেল্লক্লগা ঐনা ইচাবু কৌদুনা হেন্না-হেন্না কপখি।

মথংগী নুমিৎনি।

নুমিৎ থোবকপগা নখোয়দা ইচা লৌবা ঐ লাকখি। অদুবু নহাক্লা ইচাশিংদু ঐগা উনহনখিদে। থৈদোক্তুনা থমখি। মতুংদসু ঐ চৎখি। মদুদসু নহাক্লা ইচাশিংবু থৈদোক্তুনা লাপ্লা থমখি।

নোংমা ইম্ফালদা ইচাশিংগা স্কুলদা উনখি। মদুদগী নঙনা ইচাশিংবু অতোপ্পা মফম অমদা অমুক হোংদোকখি। ঐনা থিখি। নঙনা লোত্তুনা থমখি। অসুম্মা কেকু লোৎপী শান্ন-শান্নদুনা লাকখি। ঐ ইচাশিংবু থিবদা তশেংনা চোকথখি। অদুনা থিবা লেপখি। ইচাশিং উনবা লেপখি।

মতুং শাংলবা চহী কয়া অসিদা নঙদি নোংমতা ঐবু করম লেপ্লি হায়না হংলখিদে।

করিগীনো নঙনা নহাক্তা ইনম্মা মালতীদা ঐবু উনদবা য়াদে হায়রকখিবা?

"ইচে, ঐ মাগা অমুক্তা উনবা পাম্মি। অমুক্তা উননবা শীনবীযু।"

"সনাতোম্বা, মদুবু মানা য়াবক্কদবনে? ঐদি যাবক্কনি হায়বা থাজখিদ্রেদা।"

"অদুবু ই তঙাইফদবনি। অমুক্তা হাযনবীযু। নযানুপাদু থবক্কী অইবা চাংয়েংদা মায় পা ঽচরভিউখক্তা ওাইবে। ঐখোয় কনষ্টিটুযেন্সিগী মিনিষ্টবদা মখোয়ন। হাযরবদি শোয়দনা ওইগনি। নযানুপাগীদমক্তা খন্দুনা ঐনা ইচেদা হায়জরিবসিনি।"

"নঙদি মাগা উনবদি লায়রদনা পাউ থাদুনবু ওইববসু নোংমতা মৱা-মপাউ হংবীরদে। মচা অনীদু য়েংলগা লেনজরম্বসু নঙনা নমদুনা মুনবীবে। মানা য়ারক্রোইদা।"

"ইচা অনীদু মথন্দনা শেম্বদা ৱাগনি হাযদুনা লৌকুবনি। হাযনদুনা অমুক্তদি য়েংবীযু।"

নঙনা ইনম্মা উনবা লাক ী পাউদু ইনম্মনা ঐঙোন্দা তমখি। ঐনা ইনম্মদা নঙগা উননীংদে হায়না খঙহনখি।

মথংগী নুমিত্তসু নঙনা ইন্দোমচা থাবকখি। খুরাতোনসু থাবকখি।

নঙনা ইম্বোকপীরবী ঐনি। ঐবু নঙগা কবি থোক্কবিবগে? ঐগী ইচা লৈরম্মি। মদুসু, মদুসু নঙনা মুনগ্রে। ঐদি ইদোমতনি। ঐগী কনাসু লৈতে। কনাগীদমক ঐনা নঙবু অমুক উনদৌবিবা? ঐদি নঙবু অমুক উনববোই হাযনা লেপগ্রবনি। অদুবু কবিগীনো ইচা পল্লকপদা ঐগী থম্মোই অসিনা তথক-তথক্লিবা? করিগীনো পূক্লিং অসিনা ঈবাং লাংলিবা? ।পবাং নঙনা কবিগীনো ঈহৌরক্লিবা? করিগীনো নখোয় পূম্নমক্না ঐবু ওৎলিবা?

ঙাল্লম্বা নুমিৎসু তপ্না-তপ্না লৈথগ্রে।

ঙসিনি নঙনা লাক্কে হায়রকখিবদু। মিকুপ খবগী মতুংদা নঙ লাক্লনি। ঙসিদি নঙগা উনরগে। নঙগী ৱা তারগে।

"কমদৌরি? অনা-অয়েক্তি য়াওদেদনা?"

"নুংঙাইরি। করিসু য়াওদে।"

"নচানুপাসু থবক ফংলনি। হন্দক্কী মতাং অসিদা নঙসু লাক্লো। নচাশিংবু কোন্দুনা লৈমিন্নরো।"

"ঐ হৈনরোইদা। ঐ মসিদা অসুম লৈজগে।"

"নঙগী য়ুম অমা শাবীরগে। মদুদা নচাশিংগা ঈংনা লৈরো।"

"ঐ – "

"মায়া! মায়া! লাক্লো। দেবচন্দ্রা মপাদো লাকহৌরে।"

ইনস্মনি। ইনস্মনা মপান্দগী কৌবদুনা হায়রকপা খোঞ্জেল অসিদা ঐগী ৱাখল মঙলান নীঙথায়রকই। ঐবু মিকুপ খরগী মমাংদা – মমশিল্লক্লে, নঙ লাক্লনি, ঙসিদি নঙগা উনরগে হায়না শেম শাখিবদাই। মানি, নঙগী ৱা তাবগে হায়না ঙাইখিবদো।

ইনস্মগা লাক্লে।

"নচানুপা দেবচন্দ্রদো থবক্কী অইবা চাংয়েংদা মায পাক্লক্লে। নঙদি নুংঙাইববা পাউ অসি খঙলম্লোই।"

"কদাইদগী খঙগনি। নঙনা নোংমতা ইচাশিংগী অৱা–নুংঙাইগী পাউ তম্লবরা?" – ঐগী থস্মোই

অদুবু ঐ কবিমত্তা খুমদে।

ইচাগী পাউ মখা তাবকই,

"সুপ্লগী ইন্টরভিউ য়াওগদবদা ঙাইরবনি। মসিসু নঙনা ইত্থে পাংবীরবদি শোয়দনা মায় পাক্লনি।"

"ঐনা করি ওইদুনা ঙমগদৌরিবনো?"

"ঐখোয় কনষ্টিটুয়েন্সিগী মিনিষ্টরগী মখুত্তা লৈবা থবক্লি। মহাক্তি নখোয় ইম্মুংগা য়াম্না নক্লবা মরীসু লৈনরিবনি। নঙগীদি মামতোনশিংনি। হন্দক্কী মতাংসিদা মায় পাক্লবদি নচানুপাদি কয়াগী মতিক হরাওজগনি?"

"খঙদে, ঐখোয়গী ৱাবু তাবীগদ্রা? ঐ হায়বা ঙম্লোইদা।"

"ইমাহোয়, নখোয় ময়াম্না হায়বা শোয়দনা তাবীগনি। নচাগীদমক্তা

খল্লগা নঙনা অমুক্তা হাযনৌ। দেবচন্দ্রগা বিজয়াগসি নঙগী নচানিনে। নচাশিংগীদমক্তা খল্লগা নৎত্র নঙনা যূম অমুক হন্না পান্দনা ৱানা লৈরক্লিবা?"

"ঙসি নঙগী ৱা অসি তাবগা ঐগী মিৎকী পি অসি মনিং তন্নক্রে। ঐবু কবি হায়না খুম্মু হাযবগে?" – ঐগী থম্মোই

"নচানুপানা 'ইমাদা হাযবীযু, ইমাদা হাযবীযু' হায়দুনা তক্লবদা লোইৱবনি। নঙনা নত্তেং পাংদ্রবদি কনানা খঙগনি নচানুপা অসি মনিং থুংদ্রবনি হাযদুনা ময়াই কাবা হিদাক চাদুনা লম্বী লান্না চৎখিবসু? নচা অনী অসি নথন্তনা মনীং থুংনা শেম্বীবদা ৱাগনি হাযদুনা ঐনা যোক্লবনি। নচা অনী অসি নঙগীনিনে। মখোযবু ননাওনুপী শানাবৈগী মচানি হাযবদা কনানা যাগদগে? নঙ নচাগীদমক্তা খল্লগা মিনিষ্টবদা অমুক্তা হাযনৌ।"

"ইচাগী যাইফ–নুংঙাইবা পাউ তাবগা ঐগী পাঙ্গল কনখৎলিবনি। ঙসি ঐগী লেপ্পা লৈতনা শীন্থবক্লিবা মিৎকী পি অসিনা নঙনা হাযবা যাবগে হাযবগী পাউখুম ওইনা পীববনি।" – ঐগী থম্মোই

মন্ত্রিঙৈদগী উচেক–ৱাযাশিংগী খোঞ্জেল তাবক্রে। চীংখৈ মাযকৈদা নুমিৎকী মশেক মঙাল খবা–খবা ফাওবা হৌবক্রে। ঈরু–মাযথজবা লোইৱদুনা ইমাগা ঐগা চৎননবা শেম শারে। হেক ঙাম্থোরকপগা থোরক্রে।

মিনিষ্টবগী থোঙ্গাল য়ৌরকপগা ইমানা হায়রকই,

"সনাতোম্বদি ঙাইদুনা লৈরম্লেদনা।"

হাযগুল্লদনা মখোয তাম্মো মিনিষ্টরগী থোঙ্গাল ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্মি। চঙশিন্দুনা ৱাইটিং রুমদা ঙাইহাক ফম্লে।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা ইমানা হায়রকই,

"সনাতোম্বা, দেবচন্দ্রগী চে অমা হাযবদুদি কদায?"

"সে, সিদা লৈরে।"

ইমানা লৌদুনা পায়শিল্লি। চঙবা যাবনি হাযরকপদগী ঐখোয় অহুম চঙশিল্লি। ইমা হেক উবগা মামতোন্না হৱাউ–হৱাউ তৌদুনা কৌশিনবী।

ঙাইহাক ইমুং–মনুংগী ৱারীদা লুপ্লুই।

থবক্কী মতাং য়ৌবকপদা মামতোন্না হায়রকই,

"নহান্না হায়দ্রিবা করিগীনো? মমাংদা তৌবা য়াবা কয়া অমসু চৎখ্রে। ইচেহোয়গী ঐ লৈরিবসিদি?"

এদমিট কার্দকী নমখোক্লবা কোপী অদু ইমানা পুখোরকই। ঐনা লৌদুনা মামতোন্দা পীগে হায়দুনা হাংদোক্লুই। এদমিট কার্দ অদু য়েংলুবদা ঐ শ্বাই লাউই। ইচাগী মমাগী মমিং উরুবদনি। ঐগী মিংগী মহুত্তা ইরি – শানারে। এদমিট কার্দ অদু ওন্নরবরা হায়দুনা হন্না অমুক য়েংলুই। য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওরি –

কেন্দিদেটকী মিং : দেবচন্দ্র

মমাগী মিং : শানারে

মপাগী মিং : সনাতোম্বা

ঐ তশেংনা ওকই। মিৎ অনীমক পিরাংনা ঈহৌরকই। থম্মোই অসি নুংহিক্লরকই। চিনবাল অসি ফৈনা ফৈনা চিংলকই। খোঞ্জেল খোকখিদনবা চিন অসি খুৎনা কয়া মেন্দুনা খাংলি। কোকথক্তা চীংজাও অমনা নম্বুরকপগুম মায় অসি হায়গৎপা ওমদনা খাওদুনা লৈরি।

"ইচাগা ঐগগী মরক্তা মরী অমত্তা লৈনঃ বা? ইচাবু মীগী ওইখ্রবা? ঐনা তৌরিবসিবু কনাগীনো? মীগী মচাগীদমক্তরা? নত্তে! নত্তে! মসিদি শাজিন্নবা চেনি। ইচানুপা, দেবচন্দ্র ঐগীনি। ঐগী ইচানি।" – ঐগী থম্মোই

"কদায়–কদায় ঐঙোন্দা পীরকও।" মামতোন্না হায়রকই।

ঐ ফিজি পায়দুনা মায় নাম্বোকপা শারগা লোন্না পিরাং তৈথোকই। অদুগা মামতোন্দা ইচাগী এদমিট কার্দ পীশিল্লি।

তাং : ০৬।০৭।১২

## ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মি

মবক মরক্তা মথৌ তৌবিবা পুলিসনা কোয়না চৎপগী খোঙউপ মখোল অমদি হুইসল খোংবগী মখোল নত্তনা কনা অমত্তগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে।

ঙসিদগী নে-না তানা পোখাবা ফংলগনি খল্লুই। অদুবু পোখাফম খঙদে। হেন্না মিপাইরকই। পুনম অমদি ইচাশিংনা কদোমদা? ঐনা কদাইদা? পুম্নমক কাংখোং চায়দুনা মাঙলগদ্রা? খনফম খঙদে।

তুমথগে কন্না হোৎনৈ। অদুবু পাক হেক য়াদে। য়েৎলোমদা চেপ্লম্বদগী ওইরোমদা চেপ্লগা তুম্বা য়াগদ্রা য়েংলুই। মদুসু য়াদে। য়েৎলোমদা অমুক চেপ্পি। মদুসু মঙাই। তুম্বা য়াদদুনা ওন-ওন্দুনা খাঙলি।

ঐবু পোখাহন্দবা অহিং কয়া অমসু হৌখ্রে। কৌজেং হাবৌগী খোঞ্জেল নত্তনা কনা অমত্তনা চেক-মোক লাউনদ্রবা অহিং কয়ানি। মিৎ কক্লা অমা ফাওবা উইশিনবা য়াদনা নোংঙানবা ঙাইনা ঙাইনা অহিং কয়া লেনখি। ইনাক্তা ইচাশিংগা লোয়ননা পুনমদি নিংঙাইদনা তুমখি। করিগুম্বদা ঐনা মাগী মফমদা শাউনীংখি। পুম্নমক মানা খোকহনবনি।

খল্লু–খল্লুরগা ঈ কারকই। ইশা অসি হুমাং মরিক মরিক লৌরকই। নিংথমথাগী অহিং অসিদা ফৈজুপ তংখায় অমা থাদোক্তুনা হুকচাং অসি ঈংহন্নবা হোৎনরি। অহিংগী অচিকপনা অসুম অসুম হেল্লকগা ঐগী নীংশিংবগী ফল্লাক্তা হৌন্নবা থৌদোক কয়ানা অমম্বা অহিংগী তন্দনগুম কুপফেৎ–কাফেৎ ঙান্দুনা শান্নরক্লে।

ওফিস কানবা ঐ ফি হোৎদোক্লি। পূনম চ লক্তুনা হায়বকই,

"মোয় পাবুং, ঐখোয় তাম্মোদো হোরেল নুমিদাং লাক্কনি হায়রকপনি।"

"নোংমাইজিং নুমিত্তা ওইনা লাকউ হায়বা য়াদরো?"

"তঙাই ফদবা, উনদবা য়াদবা অমা লৈয়েয়ে।"

"উম খঙলে। ঐখোযগী দিপার্টমেন্টকী ওফিস খরা শানবা টেন্দর কৌরিবনি।"

"ঐখোয় তাম্মোদো নহালদি করোড়পতি ওইগদৌবে হাযদুনা খোঙ্গাই নীক্তুনা লৈহৌরিপোৎনি।"

অসি হায়দুনা পূনমনা থবাই তানা মোমে নোকচে।

ঐনা মঙোন্দা হংলুই,

"কনট্রেক্তর করোড়পতিগী মচন ইবেম্মদি করি ওইবীদৌরিগে?"

"লাখপতি।"

ঐনা ওফিসতগী থুংলবা মতুং ইকান কান্নদনা ইবাই সচিন লাকখি।

ইবাইনা হায়রকই,

"বেঙ্কতগী লোন লৌগে তৌবনি। গেরেন্টর অমা চঙবগী ইশেন লৈরি হায়দুনা লাকপনি।"

"ইবাই, শেনফম কয়াগী ওইরবনো?"

"য়াম্না নত্তেদা। শুপ্নগী লাখ য়াংখৈখত্তনি। হয়েং ফংবা মতমদদি করোড়রোমদা ফংগদৌরিনি।"

"অদুক য়াম্না শেনফম! লাখ য়াংখৈবু য়াম্না নত্তে হায়বা?" – ঐগী থম্মোই

য়াম্নবা শেনফম অদু করিসু ওইদনা খনবদু উবদা ঐ গুকচাম্নখি। ঐ করিসু খুমদনা লৈ। ইবাইনা মখা তারকই,

"চহী মখায় ফাদনা শেনফম অচৌবা অমা ফংগদবা লৈ। মদু ফংগ্রি ফাওবগী শীজিন্নবা লৌবা লোননি। করিসু লৈবা শেনফম নত্তেদা। অনৌবা থবক অমা ফংলে। হেক হৌবগা করোড় অমদি ফংলগদবনি।"

ঐ তুমিন্না লৈ। পূনমনা মতেং পাংদুনা মখা তাবকই,

"মরম চাদ্রবদি লোন লৌগে হায়রবসু হেক্তা ফংবা নত্তে। তাম্মোনা তোইনা লৌখোক লৌশিন তৌবগী বেঙ্কনা থাজদুনা য়াবী ... য়ানি। গেরেন্টব ওইবদা করিসু চিংননীংঙাই ওইদে। ঐখোয় তাম্মোনি কৈনো?"

"মানিনে। ঐনা সুই কেস অমমম বেঙ্কদা হেক-হেক থমজিনবদুদা মেনেজরদি হরাউঘ্রপোৎনি। অহানবা বিল হেক ফংবগা লৈ লৈগেরা, ইংখোল লৈগেরা ঐনা লিশিং চৎপীদু মপুন মঙা শৎ থিল্লরুগা লোইরে।"

অচৌবা শেনফম অদুগী খনবদা ঐ নীংজিং-মাংজিংই। অদুম ওইনমক তঙাইফদনা গেবেন্টর ওইবা তারে।

থা নীপালগী মতুংদনি। বেঙ্কতগী পাউ অমা লাকই। ঐনা একাউন্ট হাংবা বেঙ্কনি। মেনেজরনা ৱারী অমত্তা শান্ননীংই হায়রকপনি। তুংগী খল্লগা পৈশা খরা তুংশিনবা পাম্মি। অদুনা পোলিসি অমত্তা যাওর্নাংই হায়না মমাংদা ঐনা হৌদোকখিবা লৈ। মেনেজরনদি মতমদুদা য়াওনবা হায়রকখি। ঐনা মতম খরা লৈরগা য়াওগে হায়দুনা লাকখিবনি।

মেনেজরগী কাদা চঙদুনা ঐনা হংলুই,

"সার, পোলিসি অনৌবা হেন্না ফবা লৈরবরা?"

"সার, পোলিসিদি অফ-অফবা ঙাক্তনিনে। অমা যাওশিল্লোনে।"

"করম্বা অনৌবা পোলিসি?"

"হান্নগী পোলিসিশিং অদুনি। অনৌবদি লৈত্রি।"

"ঐগা ৱারী শান্ননীংই হায়ববু করি লৈবগে?"

মেনেজরগী টেবলগী ওইথংবদা ফাইল তরেৎ-নীপাল মরোল নাইনা পৈদুনা লৈ। ফাইলশিং অদুদগী মথক ইথং-থংবা অমা লৌথদুনা হাংদোক্লগা মেনেজরনা হায়রকই,

‘‘সাব, মমাংদা সারনা গেরেন্টর ওইদুনা লৌখিবা লোন অদু নীংশিংবীরিকো?’’

‘‘হোয়, নীংশিংজবি।’’

‘‘থা খরা মতম চানা শিংকৎলন্নগা মখা শিংকৎলকখিদ্রে। বেঙ্ককী চৎনবী মতুংইন্না গেরেন্টর ওইবীখিবা অদোমগী স্যেলবিদগী থা-থাগী ওইনা ককশিনজবা তারে।’’

মেনেজরগী ৱাদু তাবদা ঐ শ্বাই লাউই। তু অসি চপ-চপ য়ুংখৎলকই। ঐনা খল্লমগী ওন্ন-তৈননা থোক্লকপা অদুদদি ঐ হায়ফম খঙখিদে। মেনেজরনা মখা তাবকই,

‘‘সারদি ৱাফম অসিগী মতাংদা খঙদবা মাল্লি।’’

খুমদবা যাদদুনা খুল্লুই,

‘‘হোয়, ঐ তশেংনা খঙদে।’’

ঐ য়ূমদা হল্লকখি। মিৎনা কুপ্পদা য়ূম যৌনিংখি।

লোন হেক ফংখিবদগী ইবাইগী মশক অদু উবা ফংখিদবনি। করিগুম্বা থবক অমগী চৎলুবদা থেংনরবসু কবোড়গী ৱারী ঙাক্তা শাবকখি। কবোডদা যাহিপ্লা করোডদা মোনখাংবা ইবাইনি। মানা ৱাবী শারকপদু ঐদি পূক্লিং চঙঙু হাযবা শুকযা য়াখিদে। কুইনা ফম্বা ঙমখিদে। পূনমদি থৱাই যাম্না তানা তাবা ঙম্মি। হৌগৎকনি হাযবা খঙদে।

খল্লু-খল্লুবগা ইশা অসি শাউনিংবনা নীকই। ফম্বা ঙমদে। হকচাং অসি হুমাংনা চোৎলক্লে।

ইমুং চঙদুনা পূনম হেক উবদা ঐনা ঙাংলুই,

‘‘পূম্নমক অসি নঙনা, নঙনা থোকহনবা নৎত্র?’’

‘‘কবিনো সিনি মাইনি, করিনোসু খঙহন্দনা ঙাংলিসিবো?’’

‘‘নবুং করোড়পতি অদুনা বেঙ্ককী পৈশা শিংদবদগী ঐগী থাগী স্যেলরি বেঙ্কনা ককপা হৌরে। শুপ্পগী লুপা লীশিং মরিখক্তা ঙাইরে। মসিনা করি শীন্নগদৌরিনো?

"মদুবু ঐনা থোকহনবরা?"

"নঙনা নৎত্রবদি কনাননো? নবুং কয়েংপাত্তি অদ ঙনা কৌশিল্লকপা নৎত্র? ঐদি গেরেন্টর ওইবা পামখি হনি নংমক্কা তকশিনবা য়াওরকপদগী গেরেন্টর ওইখিবনি।"

"ঐখোয় তাম্মোনা অদুম্না লৌদগী ইশাশা ঐনা খঙবরদো?"

"শেনফমদু অঙাং নত্তেনে, খনসু খঙ্খবা নি।"

পূনমনা তপথবদুনা হায়রক,

"হন্তক মরক নাত্তে চাদদুনা তৌবা ওইখিনি। বিল বে বেগা বেক্কী শেনফম অদুদি লাইনা শিংদোকখিবা য়াই।"

"ফংদ্রগদি কৈদৌবা তাবা?"

"খরা ঙাইথোক ঙাইশিনগী বাদি। করিগী হঙোইনি তেনা।"

"ফংদবগীনিন্নে ঐনা খোইদৌ মসি প্রোক- প্রোক চাক্লিবসে।"

শাউমনবনা চাক চাবগা চঙদনা ফম্মুংদা চর্মাট্রিং ১৩৬।

নুমিৎ হেক থোরকপগা পূনমগা ঐনা ইবাই উনবা ংৎলুই। ইবাইগী মায়থোঙদা অৱাবগী মাম মচেং অমা উবা তাদে। ঐ শাউমনবনা বা ঙাংদা থোক্লমদে। পূক্লিং ঙাইহাক ফাথরগা ঐনা ইবাইদা হায

"ইবাইনা বেক্কতা পৈশা মতম চানা শিংবীদগী ঐগী সোলরি ককপা হৌগ্রে। করম্বা মতমদা ইবাইনা বেক্ককী পৈশা শিংদোকখিবা?"

"ঙাইখো, ঈংথবো ঐ ম। য়গে।"

"ওইহ্রিবা ফিভম অসিদা কদাইদগী ঈংথগদৌরিবনো?" – ঐগী থম্মোই

"বিল শোয়দনা ফংগনি। খরা ঙাইথোক–ঙাইসিন তৌবা হৌনবনি। লোনগী শেনফম অদু থবক তৌবদা থাদাখিবানি। মাঙহনাখবা নত্তে। মতম খরা থাঙখো। কুইগদবা নত্তে।"

"নঙনা লোন লৌরগা ঐনা শিংবা অসিদি হৌনবা থবক্লা?" – ঐগী থম্মোই

ঐনা মৈ হৌদুনা লাক্লি। অদুবু ইবাইনা করিসু খন্দনা ঈংনা লৈরি। ঐ হায়নিংবা কয়া লৈদুনসু হায়দনা লৈরি।

পূনমনা হায়রকই,

"তাম্মো, ঐ অদু–অদা খঙদে। মখোয় পাবুংগী স্যেলরি কক্লিবসি ককহনগনু। ইচাশিংগী মহে তন্বগী থাগী ফী হুনবগা ইমুংগী চাদিং হুনবগা লেমহৌরিবা শেনফম খরসিনা কোন্নবা নত্তে। ইমুং লান শান্নরবনি।"

"ইবুং লৈরিসিদি। ইচনগা ইশেনগা করিগী ৱাগনি? বিল ফংবগা শেন শৎ শিংদোক্কনি। নখোয়গী থাগী স্যেলরিসু মপুং ফানা ফংগনি। অদুগা নখোয়গী লৈনিংবা লম লৈনবা লাখ মঙা–তরুক শৎ পীথোক্লগা লোইরে।"

ঐনা শাউরপ্পা হায়,

"ইবাই, ঐ ঐগী ফংফম থোকপা থাগী স্যেলবি অসিদগী হেনবা অতোপ্পা পৈশা পামদে। ইবাইনা লোন লৌথোক–লৌশিন তৌবদা ঐবু চেন্নবা তৌহনবীগনু।"

তাংদাংবা অমত্তা খঙদনা হল্লক্লে।

ফমুংদা লোংনা হিপ্লি।

"লুপা লিশিং মরিখক্তনা করি শীন্নগনি? অঙাং অনীগী স্কুলগী চাদিং, এলঃআইঃসিঃ গী থাগী শেন্থাং, লৈকাইগী পোৎযেং, ইমুংগী চাদিং কবম্না শীনগনি? মীঙোন্দগী পূদুনা শীজিন্নগদবসু থা অমা–অনী মঙাই। কযাম কুইনা পূদুনা লৈগনি? ইবাইগী বিল কবস্না মতমদা ফংগনি হায়বা অবেপ্পা খঙবা নত্তে। লাখ খবদসু নত্তনা যাংখৈ শিংবা ঙস্না ওইথোকপা বা নত্তে।" – ঐগী থম্মোই

ওফিসকী থবক অমত্তদা পূক্লিং চঙখিদে। চঙঙু হায়বা যাখিদে।

নহান্দি ঐ ওফিসতগী হল্লকপদা পাউনা কৈথেল ফাওদুনা লাকখি। মোবেহগী পোৎ য়োনফমদা ষ্টিলগী থাঙ য়োনবা উবদা পূনমনা য়েনশাং শেম্লবা হৈজ্রাং অমা লৈরকউ হায়বদু নীংশিংলকখি। মখল কয়াগী নীংথিরবা থাং কযানি। ষ্টিলগী থাঙ মচা অমত্তা লৈগে হাযনা চঙলুই। মখুম পানবা মনমদা হোরাই ময়াগুম চাউনা ময়া পানবা থাঙ অমা খনখি। ঐনা নান–নান্দুনা ময়াদা অমুক য়েং, মনমদা অমুক যেং, থাঙদোনদা অমুক যেং, মওং–মওংদা পাযদুনা যেংবদু উবদা থাঙ য়োনবীদু ঙক্লা থোকখি। খঙশিন্নদবা শাদুনা থাঙদু লৈরগা ঐ পবপ–পবপ থোক্লকখি।

মী পূম্নমক তুম্নখ্রে। অদুবু ঐদি ফনা থেংলবা ফাওবা তুম্বা য়াখিদে। ৱারেপ অমত্তং লৌনবা কন্না হোৎনখি।

য়েংলু-য়েংলুবা খুদিংদা ইবাই সচিনগী শক্তমগী শক্তম ঙাক্তা উরি। মহাক্কী শক্তম খুদিংমক্তা ঐবু করেম্নরি। ঐবু অপঙবা শীদুনা লক্লরি। ঐনা উপাই লৈতনা লেপ্লি। ইশা অসি অশাউবগী মৈরিনা চাকথেক্লি।

"ঐনা তৌগদবসি করিনো?"

কপ্পি থোক্লা ঐগী থম্মোইনা হংখি।

ঐগী হকচাংদগী মী অনী থোরকই। অমনা অঙৌবা ফিজোল শেৎলি। অমনা অমুবা ফিজোল শেৎলি। মখোয় অনীনা ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীরকই।

অঙৌবনা হায়,

"খাঙগু। খাঙবা কনবা তস্মু। হেনজিন্না খনজিন্দুনা নশা মাঙহনবতা নত্তনা ৱাখল লায়না পোকহনগনু।"

অমুবনা অঙৌবগী মায়োক্তা হায়রকই,

"লমন খুমগদবনি। লেম্না থারোইদবনি।"

"নঙগী নখুত্তা লৈবা থবক নত্তে। ঙাইবা কল্লু। লমন খুন্নগা করি কান্নগনি?"

"ঙাইবা! ঙাইবগী কান্নবা লৈতে। ঙাইবিমখে নঙগী মৈচাক হেনগৎকনি। নঙবু মাঙহল্লিবা, ওৎলিবা মীশক অদুগী মথক্তা লমন খুমগদবনি। লমন খুন্নবতদা নঙগী মৈচাক কোক্কনি।"

অমুবনা শাউনা হায়রকপনি।

অঙৌবসু খোল কল্লপ্না হায়বকই,

"লমন খুন্নগা নঙগী মৈচাক কোকপা ঙম্লোই। কোকপগুম নীংলবসু নীংশিংবা খুদিংদা মৈশা ফাওগনি। নীংশিংলোই হায়বসু ঙম্লোই। লমন খুন্নবা মতুংদা করি মহে ফংগনি? মদুসু খল্লু। পূক্লিং ফাথদুনা লৈয়ু।"

ঐনা লাউবদুনা হায়,

"ঐবু মী ওইনা হিংবা ঙমহন্দ্রগা করম্না ঐনা পূক্লিং অসি ফাথদুনা লৈবা ঙমগনি?"

অমুবনা খুন্নকই,

"লমন খুম্বা। মদুতদা নহাক্কী থম্মোই ঈংগনি।"

লমন খুম্নিংবগী মৈনা চাক্লবা থম্মোই অসিনা অমুবগী ৱাফম অদু য়ানিংলদুনা হায,

"ঐ লেপ্লে। লমন খুন্নগে হায়না লেপ্লে।"

মখোয অনীমক ঐগী হকচাংদা অমুক হন্না চঙশিনখ্রে।

ঙবাং অয়ুক্সি ঐনা ইবাইগী য়ুমদা ইবাই উনবা চৎলুবদু।

ইবাই হেক উবগা ঐনা হায়রুই,

"ইবাই, ঐ লাকচরি।"

"চঙঙু। ফম্মু-ফম্মু। লোনগী শেনফমদু বিল হেক ফংবগা শিংদোক্লদৌনি। অদুগা নঙোন্দগী ককখিবা শেনফম অদুসু সিকি অমা ফাওবা ৱাৎতনা পীগনি। কবিগী ৱারুগদগে? নঙগীদমক ইবাই লৈরিসিদি।"

ৱাইতিং রুমদা চঙামিন-চঙমিন্ননা ইবাইনা হাযবকপনি। সোফাদা হেক ফমথবগা ঐনা হংলুই,

"করি থাদা ফংগদগে?"

"কুইররোই, শোয়দনা ফংলনি।"

"অরেপ্পা অমা খঙনীংই।"

"অরেপ্পা খঙনীংলগা খাঙবগী খাঙবা থা মঙাদংগা খাঙখো। মতম শাংনা পীরবনি। মসিগী মনুংদদি শোয়দনা ফংলদৌনি, ফক্লাংদা লৈতুম্না থাবগুম্বনি।"

" লোনগী থাগী শেনফম ককখ্রগা লেমহৌবা শেনফমনা এলঃআইঃ সিঃ গী শেম্বাংবু হনগদ্রা নৎত্রগা অঙাংশিংগী মহে তম্বগী চাদিংবু হনগদ্রা? অনীমক শীন্নবা কোনবা নত্তে। অদুগা ইমুংগী চাদিংনা কদাইদগী লৌরুগনি? য়াওশিল্লুরবা পোলিসিশিং অসি মাংহনবা তারবরা নৎত্রগা অঙাংশিং অসি মহে তমহন্দনা মাঙহনবা তারবরা? নৎত্রগা ঐখোয়বু কংশি শিরো হায়বরা?"

"ঐনা শোয়দনা পীনি হায়রেদনা? অরেপ্পা হায়বদু ঐনা হায়রেদনা। মরকসিদদি উপাই লৈতে। নওনা থোকপা হোৎনৌ।"

ইবাইনা শাউরপ্পা অদুগা থৌওই-ৱাওইদনা হায়রকপনি।

ইবাইগী ৱা অদু তারগা ঐগী থম্মোইদা চাক্লিবা মৈ অদু মৈবি ৱাংনা ত্রং লাউনা চাকখৎলকই। ঐ ফম্নম্বদগী ফুক হৌগৎলি।

অদুগা হায়রুই,

"ঐনা থোকপা হোৎনৌ হায়রবদি ঐনা ঙম্বদি মসিদনি।"

নাকন্দা য়েপ্লকপা বম্বো নাইফ অদু ফৎ শৎতোক্লগা ইবাইগী মবুক্তা থুম্না থিংজিল্লি।

অদুগা ঐ হন্না য়েংলমদনা থোক্লকখি।

ঐনা যূম য়ৌবকপদদি শুমাংদা পুলিসনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মি।

তাং ঃ ২৬।০৮।১২

# জেলবার্দ

জেলনা ঐখোয়গী ঈযূমনি। জেলগী ইমপ্লোয়য়ীশিংনা ঐখোয়গী ইমা-ইপানি, ইচিন-ইনাওনি। ঐখোয় ইমুং অমত্তগী -।''

''কাক-কাক-কাক! কাক!''

মন্ত্রীবগী ৱারী অদু জেলগী য়োংচৈগী খোঙদা লীচৈনা কনবগী খোঞ্জেল অদুনা মরক্তা থদংলরে। মন্ত্রীর অমদি মহাক্কী ৱারী তারম্বা ফাদোপ পূম্নমক খোঞ্জেল তাবা মাযকৈদা লৈখোক্তুনা য়েংই। জেলব লেপ্তুনা লৈবা উই। করিগুম্বা অমা হায়নিংবা মাল্লি। মন্ত্রীর ফুক হৌগত্তুনা চঙশিল্লি। অদুগা হংলুই,

''গুদ অপ্তরনুন সাব। করি হায়বীনিংবগে?''

''গুদ অপ্তরনুন মন্ত্রীব। চে-চাং পূম্নমক লোইশিল্লক্লে। তিহার জেল অসিদা নঙনা নঙগীদমক শাবীবা নকোনগুম খন্দুনা অমুক পাইখোক, অমুক পাইশিন তৌবদু কুইররোইনে।''

''হোয, কুইররোই।''

মন্ত্রীর অমুক হন্না মাগী ফম্ফম অদুদা চঙলক্লে।

মানা হায়রকই,

"হৈচিন-ইনাও, মরূপ-মপাং পুম্নমক ঐগী মমল য়াওদ্রবা পুলিসগী ৱারীসে ঙসিদি লীরগে।"

মন্ত্রীনা মখা কবি তারক্লদগে হায়বগী ফাদোপ পুম্নমক খৌরাংনা ঙাইহ্রি।

মন্ত্রীনা মখা তারকই,

"অহানবদা ইশাগী শক হান্না তাকচগে। ময়ামসু তাকপীয়ু। ইমা-পাবুংনা নুংশিনা খোনবীবা ঐগী মিংনি গোলুরাম। শম্না গোলু হায়রগসু খঙনে। ময়াম্না নুংশিবীদুনা মন্ত্রী নংত্রগা মন্ত্রী গোলু হায়নসু কৌবী। ঐগীনি হায়বা ক্লনাসু লৈতে। ইয়ুমসু লৈতে। য়ুম্ফমসু লৈতে।"

মন্ত্রীগী ৱারীদু তারগা ময়াম পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনে। নুপা অমত্তংদি খুবাক হৌনা খুরুমগা চঙক্লনা চপ লেপখি। মহাক্কী ওইথংবদা ফম্বা নুপা অমনা মশাগী মশক তাক্লকই,

"ঐগী মিং অক্কিৎ। নুপী অমদা এসিদ চাইশিন্দুনা সনাগী লীক, খুজি অমদি পৈশা মুম্নবা হোৎনরুবগী জেলদা চঙলকপনি। কেস লোইশিন্দ্রি। চহী কয়া লৈগদগে হায়বা খঙদ্রি।"

মন্ত্রীনা লোয়ার অমগুম্না ৱায়েন পথাপ মশক খঙনা হায়রকই,

"এসিদ চাইশিন্দুনা মী অমগী পুক্তি মাঙহন্নবা হোৎনকবগী আই,পি,সি, সেক্সন ৩০৭ কী মতুং ইন্না চহী তরা জেলদা লৈরবা য়াই।"

মথংগী নুপা অমনা মশাগী মশক তাক্লকই,

"ঐগী মিং সন্নি। মিনিষ্টরগী মীনি। থবক হাপ্পগী শেল চারুবগী ফারকপনি।"

মন্ত্রীনা হায়রকই,

"খঙেঙ। প্রিবেন্সন ওফ করপসন এক্টকী আই, পি, সি, ২১৮, ৭, ৪৯ নচিংবগী আইননি নঙোন্দা পাল্লিবদু।"

সন্নিগী হেক মথংদা ফম্বা নুপা অমনা হায়,

"মন্ত্রী, ঐ প্রবিন কুমার। অরানবা চে-চাং অমদি নম্বর প্লেট শীজিন্নদুনা গাড়ী থৌরুবগী ফাবনি। মন্ত্রী, ঐঙোন্দা পাল্লিবা এক্টসি করম্না এক্টনো?"

"মোটোর ভেহিকল এক্ট মতুংইন্না ফাবনি। আই, পি, সি, ২৭৯ অমদি ৩৩৭ ওইগনি।"

থংনবা নুপা অমনা হায়রকই,

"মষ্টর, ঐ নীরজ কৌই। ফারমাসিষ্টনি। দ্রগ লল্লোল্লুবগী ফাবনি।"

"ব্রাউন সুগররা?"

"নত্তে। এলপ্রজোলামনি। টেব্লেট কবোড় অনী য়োল্লুবনি। নীয়ম চুমা লল্লোনবা নত্তবনা চে-চাং উৎপা ঙমদবদগী দ্রগ এন্দ কোসমেটিক্স এক্টকী মখাদা ফাবনি।"

"মদুদি ২২ (৩) গী মখাদা ফাবনিনে।"

মথং মথং ময়াম্না শক তাক্লরকই। কেস খুদিংমক মশক খঙনা অকক্লবা এক্টকা লোয়ননা মষ্টরনা তাক্লুনা খঙহল্লি।

মষ্টরনা মহাক্কী ৱারী হৌরকই,

"নোংমা,

বেঙ্কতগী পৈশা লৌথোক্লগা থোরকপা নুপা অমবু ইমান্নবা অনীগা ঐগনা কোয়শেন-শেন্নদুনা লৈ। মী খরা লনবা তাঞ্জা অমদা থাঙ উত্লুনা নুপা অদু খুরবা লন্নী অমদা চিংশিল্লি। নুপা অদুনা নাম্বোক্লবা কন্না হোৎনৈ। তাঞ্জা অদু নাম্বোকপ্রনি খনবদগী ঐনা নুপা অদুগী মবুক্তা থাঙনা থিংজিল্লি। থাঙগী চৈনাখোল খাঙবদা নুপা অদু তুখরে। মহাক্লা হেক তুবগা অমনা খংগ্রাউগী য়েৎথংবা ফুরিংখাউদা অমনা ওইথংবদা ঐনা তুংগী ফুরিংখাউদা হুমদুনা অয়াউবা পৈশা মখে লৌথোক্লে। অদুগা মিৎনা কুপ্পদা মফমদু থাদোক্লগা লাক্লে।

মিনি বস মতেক অমা তোংলগা লাক্লে। চান্দনী চোক্কী অহাংবা লম্পাক অমগী কাচিন্দা ফমদুনা মী হাংবা তাঞ্জাদা ঐখোয় অহুম পৈশা য়েন্নরে। য়েন্নবা লোয়দুনা হৌগৎলকপদা পুন্সিসনা কোয়শিন্দুনা লৈরম্নে।

লাইবক থিবদগী থাঙনা শোক্লুনা তুহৌবা নুপা অদু হোসপিতাল য়ৌরকপদা লৈখিদ্রে। মদুদগী ঐখোয় অহুম জেলদা চহী তরেৎ লৈরম্মি। মদুগী মমাংদা মীগী ফুরিংখাউ চপ্পা, বেগ মুনবা, সনা থৎপনচিংবা মশীং খঙদনা তৌখ্রে। অদুবু নোংমতা জেলদ চঙখিদে। চহী তরেৎ জেলদা লৈবা অদুদগী জেলগী মহাও খঙবা হৌখি।

ইশাগী চহী তরামরি শুরকপা মতমগী বানি।

নোংমা,

লৈশাবী অম' খুরবা লম্বী অমা ফাওদুনা চৎলি। মগুক্তা সনাগী লীক অমা শি। মদু উবদা মনাক নক্লা ইন্নদুনা চৎলি। মহাক্লা য়েংথোরকপগা ঐনা করিসু তৌদবা শাদুনা উশিন্নদনা চৎলি। মহাক্লা হেক লৈথোকখিবগা ঐনা সনাগী লীক অদু থৎলগা হোত্নুনা চেন্নরকই। অদুবু মহাকসু থৌনা ফনা ঐবু ফানবা তান্নরকই। লম্বী অদু ফাওদোরক্লগা মীয়াম মরক্তা লৈ-লৈদুনা চেন্নি। মহাকসু ঐবু ফংদ্রি ফাওবা তান্নরকই। ফনা য়াম্না চেন্নবা মতুংদা ঐনা তুং হন্দুনা য়েংলুবা মতমদদি মহাক ইনাক য়ৌশিন্নক্রে। মহাক্লা ঐগী শম পায়দুনা খংচিং চিংবদা ঐ লোংনা তুরে। মহাক্লা ঐবু কাওবও-থিনবও তৌদুনা ফুরকই। ঐ উপাই লৈতনা কপ্পুনা খাংই। মমৈদা মাগী মখোঙ পায়দুনা ঙাকপীনবা হায়জরে।

থৌদোক অদুগী মতুংদগী থবক খুদিংমক হেন্না চেকশিন্না তৌবা তাখি। মদুনা ঐগী অহানবা মায়থিবনি।

ঐনা বাখল তাবকপা মতমদগী ইশাগী চহী তরাহুমদোই ফাওবা সরাই রোহিলাদা লৈরকই। মফমসিদা লৈবা শেগাইরবা চেরংনা নৎত্রগা তিন মচেৎনা কুপ্পা, চেরং নৎত্রগা ফি মতৎ-মরাংনা ফক্লাং খাবা খাংপোকশঙ মচা-মচাশিংগী মরক্তা ঐখোয়গী য়ুমসু অমনি। কনাগুম্বা খরদি শেন য়াম্না চঙহন্দনা য়াম্না পীক্লা চেক্কী য়ুম শাবা য়াওই। মদুদি মীওই খুদিংনা ঙম্বা থবক নত্তে।

নোংমা,

"গোলু! ও, গোলু! য়ুমদা থুনা চৎলো। নখোয় ইমাগা পাবুংগা কন্না নাদুনা লৈহৌরে।"

মরূপ মনিশনা কৌরদুনা হায়রকই। অহাংবা লমলেম অমদা কৃকেট শান্নদুনা লৈবা মতমনি। লংগে হায়না খুৎ হাইগৎলম্বদগী বোল অদু লৈমায়দা থংথা থাদরম্লগা মনিশকা চেন্নক্রে।

য়ুম য়ৌরকপদদি ইমাগা পাবুংগদু ফিভম শোক্লন্নে। ইমাদু হোয় মায় হায়দনা তাদুনা লৈরম্মি।

"ইমা! ইমা!"

ঐনা ইমাবু কৌরম্মি। অদুবু পাউখুমদি ফংলমদে।

ককা সোনুগী ওক্তো হায়রুদুনা হোসপিতালদা পুরক্লে। ইমাদি ঐনা থুংলদ্রিঙৈগী মমাংদা চংশ্রবজাৎনি।

হিদাক লৈনবা পৈশাসু অমত্তা লৈতে। হোসপিতালদা ফংবা হিদাক খরা থাদুনা পাবুংবু ফগৎলকপ্র য়েংই। অদুবু মহে য়াদ্দে। পাবুংসু ইমাগী মতুং ইন্দুনা চংখ্রে। ঈশিং ফত্তবা থকপদগী খোঙ হামদুনা নাবনি।

ইমা–পাবুংগী মতোমতা পোকপা মচা তোম্পোক্লি ঐ। মখোয় কায়নবগী অহিং অদুমা করি অমত্তা চাদনা লেনখি। চানিং–থক্লিংবা পোকখিদে। অহিং চুপ্পা তুম্বা য়াখিদে। মণ্ডল–মণ্ডল খন্দুনা লৈখি।

"ঐবু ইদোমত্তা হিংবা শুমগদ্রা? করম্মা হিংগনি? রামু, সুমিৎহোয়গী মতুং ইন্দুনা চৎপা তারবরা?" – ঐগী থম্মোই

ৱাহং কয়ানি, পাউখুমদি ফংদ্রবা।

হৃম্মি শুবা নুমিৎনি,

রামুগী মতুং ইন্দুনা ট্রেন অমদা কাখৎলকই। রামুনা শুমজিৎ মচা অমা পায়দুনা চেথি–চেক্লুম, দিস্পোজিবল গিলাস, লৈবাক হৱাই মকুশিং শিংতোকই। ঐনা মাগী মতুংদা খুৎ তিংথোক্লুনা শেন নী। চাক লাম্লুরুগা পেসেঞ্জরশিংনা চাখিবগী অরেম–অপাশিং খুন্দুনা চায়।

চহী অনীরোম চাকনীদুনা লাকখি। ইন্দিয়াগী মফম কয়াদা ট্রেন কয়াদা কোয়না চৎখি।

নোংমা,

য়ুম থাদোরকপা হাপ্তা অমা ফারে। ট্রেন মনুংদা চাকনী–চাকনীদুনা ফনা লাপ্পা চৎলুরে। রামুগা ইবান্নি হরাউ–হরাউনা য়ুমদা হল্লকই। অদুবু ইবান্নি শুকপনা খম থেংলে।

"ঐখোয়গী খাংপোকশঙশিং কদায়দা চৎখ্রে? সরাই রোহিলাগী স্লম এরিযা অসিদা লৈত-লায়ববশিংগী শেগাইববা খাংপোকশঙ চা কয়া লৈবম্মি হায়বগী খুদম অমা ফাওবা লৈত্রবা? মসিদি চাউরবা অহাঙবা লমজাউ লম্পাক অমা ওন্দুনা লৈরম্রেদনা? পূম্নমক গবমেন্টনা তকথোকপদা যাওখ্রেদনা?" – ঐগী থম্মোই

বামুনা কপ্লি-কপ্লি, লেপ-লেপ্তুনা হায়বকই,

"ঐ-খোয় ইমা-হোয-না ক-দাই-দা চৎ-খ্র-জাৎনো?"

থবক শুদুনা লৈরম্বা নুপা অমদা হংলুবদা হাযবকই,

"মীওই পূম্নমক গবমেন্টনা পীবা মফমদা হোংখ্রে।"

নুপা অদুনা তাকপা মফমদা লাক্লে। মাগী মাগী অকক্লবা মফমশিং ফংলম্লে। অদুবু ঐগীদি কদাই?

কনা লৈত্রবা ঐবু কনানা মচা শক্লা যোক্লিংগনি? অহিং অদুমা বামুগীদা লেক্লগা ঐ থোবক্লে।

লম্বীগী মতাইদা, ওভব ব্রিজগী মখাদা য়াইবেকপা হৌবে। থুংলু-থুংলুবা মফম অদুনা ঐগী যূম ওইবক্লে।

মষ্টবগী ৱারীদু তাবগা মযাম পূম্নমক তুমিন-তুমিন্না লৈবম্মি। মষ্টবনা মহাক্কী ৱারী মখা তাবকই,

"অঙাং ওইৱিঙৈদা ঐ মহে্ তম্বদা থৱাই যাম্না য়াওরকই। ওজানা অমুক্তং তাকখিবা পারাশিং অদু লোয়না ফাবা ঙম্লকই। ঐগী নীংশিংবগী পাঙ্গল অদু উবদা ওজানা ঐবু য়াম্না থাগৎখি।

ইমা-পাবুং লৈখিদ্রবা মতুংদা জেলদা তোইনা চঙবদগী কনানা কবি মবালদা কবি চৈবাক ফংবগে হায়বা অমুক্তং তাখ্রবদি নীংশিংদুনা অদুম্মক লৈ। অদুগা ঐ অঙাং ওইৱিঙৈদগী অকিবা কযা ফাওরক্তে। ৱাং-চাউববা অমদি শাথীবা মানবা শকফমগা লোয়নৱবা ঐগী শাবান উবদা মীনা ঐঙোন্দা ৱা হায়গদবদা হঙ্গোইবা পোক্রে। পূম্নমক অসিদগী মষ্টব হাযনা কৌবীবগা লোযননা মখোয়গী লুচিংবা মষ্টর ওইনা খনবী।"

নীরজনা হংলকই,

"মষ্টর, অদোম্বু মসিদা থমদদুনা চেন্নাইদা থাগদবগী মবম করিনো?"

"ঐগী পুন্সিগী শরুক অয়াম্বা জেলদা লৈরক্রে। ইশাগী চহী তরাতরুক শুরকপদগী জেলদা লৈবা হৌরকখি। মতম লোয়দুনা থোরক্লবসু মরম অমা নংত্রগা অমদগী অমুক জেলদা হেক্তা চণ্ডলম্মি। থওইনা চণ্ডনবা হোৎনখিবসু কয়ানি। অদুনা মশীং খণ্ডদনা জেলদা চণ্ডলক্রে। হৌজিক ইশাগী চহী কুন্থ্রামণ্ডা চণ্ডলক্রে। অদুনা ঐনা হন্না হন্না হায়রিবনি জেলনা ঐখোয়গী ইয়ুমনি। ঐখোয়না জেল অসিগী জেলবার্দনি। চেম্নাই সেন্ট্রেল জেলদা জেলবার্দশিংবু মখল কয়াগী ট্রেনিং পীরি। মসিনা জেলদগী থোরক্লবা মতুংদা ইশানা ইশাবু থবক পীজদুনা অংদু লৈতানা লৈবা ঙমহল্লগনি।"

তাং ঃ ৩০।০৯।১২

## ওঙ্খোকপা মওগুম্বা

''কমল! ও, কমল!''

মপালদগী কনাগুম্বা অমনা কৌরকপগী খোঞ্জেল অদু তাবদা পবপ-পরপ থোক্লুই। খুনমৈগী রামবীর ওইরম্মি।

ঐনা হংলুই,

''রামবীর, করি হায়গে?''

মহাক্কী মায়খোঙদু হরাউ-নুংঙাইবগী মওং উদে। শকফম অদু ইহন হুঞ্জিন্দুনা হায়রকই,

''নুংঙাইতবা পাউ অমা লাকই। উতরৌৎতগী লাকপনি।''

উতরৌৎ খুনগী মমিং তাবদা ময়ুম পানগ্রবী ইচানুপী স্নেহাবু ইমিৎসিদা শঙ-শঙনা উরকই।

তহা-তহা ঐনা হংলুই,

''করম তৌবা পাউনো? কনানা পীরকপনো?''

"নরেশতু গৌরী খুন্দা মচানুপীগী মনাক্তা চৎলুই। হল্লকপদা উত্তরৌৎ খুন্দা ওইহ্নাক পল্লিডো স্নেহাগী য়ুম্লোম্নবনি হায়দুনা নুপা অমনা খরা য়ৌবিখো হায়দুনা পাউ অসি হায়রকপনি। ঐগা লম্বীদা থেংনবদগী নরেশনা হায়বীদবা য়াদবনি হায়রকপদগী লাকপনি। স্নেহাদু লৌবুক্তা চৎপদা লীল্লা চিক্লে। কন্না লাইক্নদুনা হোৎনবদা ওমদ্রে হায়না তল্লকই। পাউ অসি হেক ফংবগা য়াম্না থুনা য়ৌরক্লবা হায়রকই।"

পাউসি তাবদা কোকসিদা নোংমৈ শীংজংনা পানবগুম থোকখি। মিকুপ খরা তৌফম খঙদনা লৈখি। পাউ অসি তারগা স্নেহাগী মমাদি তেংথা–তেংথাদুনা কপখৎলক্লে। মাগী খোঞ্জেল তারগা য়ুম্লোম্নবসু চঙশিল্লক্লে। থেমজিনবীবগী মহুৎতা মখোয়সু তেংথাবা য়াওররে।

মিকুপ খরগী মনুংদা য়ুম্লোন–কৈরোম্নবশিংনা শুমাং মাঙ্গোল থল্লরে।

ঐ ৱাখল অমদা লুপ্তুনা লৈরি।

"লীল্লা চিকপা লায়েংবা ওল্লবা মতমনি। মখোয়না মতম চানা লায়েংবীদদুনা শিবা ওইরমগনি। ইচা শিরগা য়ুমদা লাক্তুনা পাউ হায়বদ্রদুনা পাউথাং ওইনা থারক্লিবা করিগীনো? মখোয়না ঐখোয়বু উশিত্তে : যবা নৎত্র? – ঐগী থম্মোই

ঐনা ময়ামদা হায়,

"ইচানুপীদু লীল্লা চিক্তুনা শিবা ওইরম্লোই। ঐ থাজবা ওমদে। মখোয়না হাৎপা ওইরমগনি।"

তাদা শিভমনা হায়রকই,

"উম, মদু ওইবা য়াবা ৱানি। লীলনা চিকপদা খুদক্তদি শিরোই। লায়েংনবা মতম শোয়দনা ফংগনি। লায়েংলগা ফবা ওস্বা অনাবনি।"

মমাংদংগী সাগরনসু য়ানীংবা উৎলদুনা হায়,

"লীল্লা চিক্তুনা শিরে হায়বসি চিংননীংঙাই ওইবা ৱানি। হৌজিক পদ্দুনা লৈবা মতম নত্রে। ঐখোয় নুপা মখৈ চৎসি। কনানা খঙগনি পোৎলোইবনা হাল্লন্নবদি করিমত্তা খঙলরোই।"

স্নেহাগী মমানা হায়রকই,

"ঐখোয়না থুংত্রিডেদা পোৎলোইবা য়াবা হৌনদে।"

মাগী ৱাফমদু তারগা ঐনা হায়,

"করিগী য়াদনি। মখোয়না ইচানুপীদু হাৎপা ওইরন্নবদি খঙদনবা হায়দুনা ঐখোয় লাকপা নংথ্রিঙেদা পোৎলোইগদৌরিবনি।"

মিকুপ অহ্মদং লেপ্লুরগা ঐনা মখা তানা ময়ামদা হায়রুই,

"অদুদি ইচিন–ইনাও, ময়াম পুম্নমক উতরৌৎতা খরা চৎমিন্নরুসি।"

পন্থবা তৌদনা ঐখোয় তরামাথোই জীপ অমদা লাক্লে। ইশা–ইশাগী অরৈবা নোংমৈ – দবল বেরেল অমদি সিঙ্গল বেরেল মঙা তরুক হাপচিল্লে।

মুগল সরাইদগী ববুরী লেৱাং লম্বীদা উতরৌৎ তম্না থৌরক্লে। য়াম্না থুনা য়ৌনিংবনা কন্না থৌরিবা জীপ অদুদগী কুমথদুনা চেন্নসিরা খল্লি।

মমাংগী চহীদা স্নেহাগী মচননুপী লুহোংখি। মদুগী মতাংদনি – অয়ুক্লি। ইথা থাজদনা ইচানুপীগী মকুবোক ভুপেন্দ্র লাক্লুনা হায়রৈ,

"চাদিং য়াম্না তৌবা তারি। ইবাইনা শেন খরা পাংবীরবদি য়াম্না মতেং ওইগনি।"

শেন য়াম্না চিনবা মতম্লি।

অদুনা ঐনা হায়,

"নাতে চাদবা তাঞা হায়বদু থোক্লে। নতেং পাংনিংবনি। হন্দক্কী মতাং অসিদদি ঙম্লোইদৌবি।"

মতেং পাংনিংনা পাংবা ঙমখিদে।

"মদুগী মলোম থমদুনা ইচা॰ ৢসীদা তাইনরিবরা?" – ঐগী থম্মোই

মদুগী মমাংদা নোংমসু,

"ইবাই, জীপ অমা লৈনীংই। পৈশা খরা ৱাৎকদৌরে। ইবাইনা খরা পুথোকপীয়ু। য়াম্না থুনা পীরক্কে।"

ঐনা ঙমদদুনা পীখিদে। তশেংনা লৈতবা মতাং থোকখি। মতেং পাংবা ঙমখিদবগী নুংঙাইখিদে।

অৱাং লৈকাইগী পঙ্কজগী মচানুপী পারুল লুহোংবা চহী ফাম্রিঙেদা শিরমগদবদগী শম্মাদা লীৎহৌই। লুহোংবদি নীংথিনা হায়ন–শীংনদুনা

লুহোংখিবনি। অউনপোৎকী মতাংদসু অঙম্বা পীবদা য়ানখি। ময়ায় ওইরপ্পা অউনপোৎ পীখিবনি। অদুবু থা তরেৎ-নীপাল লৈরগা লুপা লাখ অনী হাপ্পক্রবা খঙহল্লকখি। পঙ্কজনা ঙমদদুনা পীখিদে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা থবক শুবা চৎমিন্নবগী মিংদা পারুলবু লৌবুক্তা পুরম্মি। অদুগা গুহাদা ইন্দ্রদুনা হাৎনবা হোৎনরম্মি। পারুলনা মনাক নকপা মীওইশিং তানবা কন্না লাউবদগী নাম্থোকহৌখি।

''মসিবা নীঙোল পোকপা পাপ্নি হায়বদু? ইচা নীঙোলবু শিননবা লুহোংবিবা তারববা? লুহোংবা হায়বসিবু অউনপোৎকীদমক লুহোংনবরা? মীওইবগী নুংশিবা হায়বদু মতম অসিগী মীওইশিংগী থম্মোইদা মরীক অমা ফাওবা পক্রবরা?'' – ঐগী থম্মোই

ৱাহং কয়ানি, পাউখুমদি ফংদ্রবা।

মথং-মথং লাকপনা লেৱাং য়ৌগদবা কিলোমিটব মঙারোমদা ঙাইরক্নে। খুন অসিগী মথংদা চৎলগা উতবৌৎ য়ৌবগনি।

ইমিৎ অসিদা উবি ইচানুপীগী খুন উতবৌৎ। ঐ লাকপা উবদা ইচানুপীনা হবাও-হবাওনা চেম্থোবকই। অদুগা খোঙ শোক্লা খুরুম্লরি। অদুবু কদাই? লেৱাং তাবা ফক্রবা লম্বীদা জীপনা অমুক্তং য়েৎ-ওই খঙহাই হাইরকপদা ঐগী ৱাখল মঙলান কাযথ্রে। জীপ্পা থোক-থোক নোমদুনা চৎলি।

চহী অনীগী মমাংদা,

ইচানুপী স্নেহাবু ভূপেন্দ্রগী মচানুপা নিতিনদা লুহোংখি। ৱাখল তামিন্নবগী হৌনবা য়াম্না ফজনা চাদিংদি যামহন্দনা লুহোংখি। ঐখোয়না পীবা ঙন্না অউনপোৎ খবা পীবদা মখোয়নসু হবাউনা য়াখি। অউনপোৎ পীবদা হীদান্নবা, অউনপোৎ তানবগী চৎনবীনা লাকহৎলবা লমদম অসিদা ইচানুপীগী লুহোংবদু ময়ামদা ঙক্না থোকখি।

অরেম্বদা চাদিং য়াম্না তৌহল্লগা পেনজবা মীওই খরনদি কল্লকপোই-করিবোই মচিনমক্না ঐঙোন্দা হায়খি,

"হৌজিক্না ৱাখল তান্নবা, লৈবাকমচা তাবা শারগা হয়েংনে অউনপোৎ হাপ্লকখো হায়দুনা ইচাবু ওৎলক্লোইকো?"

ময়ামগী ৱাসি তাবদা ঐ শাউনিংবা পোকই। অদুবু ফাথদুনা খুন্নুই,

"অউনপোৎকীদমক মীওৎ-মীনৈ তৌবা ৱাখল তাবা ৱাৎনবদগী থোকপনি। ৱাখল তান্নবশিংদি মদু তৌদে।"

মতম অদুদা ঐনা হায়খিবা ৱাফমশিং অদু ঙসিতদা নীংশিংলক্লে।

উতরৌৎ য়াম্না লাপ্পা খুন নত্তে। কিলোমিটর কুন্তরুক-কুন্তরেৎমুক্তগী লম্বীনি।

"নকখ্রবা লম অসি ফাওবা ইমুংগী মী লাক্কুনা পাউ হায়রদে। করিগী মখোয়না পাউথাং ওইনা মীঙোন্দা পাউ পীরক্লিবনো? মখোয়না মরাল লৈবদুনা ইমুংগী মী লাক্লগা পাউ হায়রবা ঙমদবা নৎত্র?" - ঐগী থম্মোই

লেবাং খুন য়ৌরক্লে। মসিদগী কিলোমিটর তরুক্তং চৎলগা ইচানুপীগী খুন য়ৌবগনি। গাড়ী মতীক চানা চেন্দবদগী তেনখ্রবা লম অসি করি-করিগুম্বদা মতম কুইনা চঙহল্লি। করিগুম্বদা লম্বী অসিদা চৎপা মীওইশিং খুদোংথিবা নংদবসু নত্তে। মরক -মরক্তা গেং কাঙবুশিং মথি ফোঙবা য়াওই।

ইচাগী খুন উতরৌৎ য়ৌশিল্লক্লে।

"ইচানুপীগী মনাক্তা চৎপা খুদিংদা ইচানা হরাউ-হর।উনা থোরক্কুনা ঐখোয়বু ওকখিবা। ঙসিদি কনানা ঐখোয়বু ওকপীগনি? ইপাগী ইবেম্মা, স্নেহা নঙবু ঙসি ইপাবু ওকপা থোরক্লোইদ্রা? ঙসি নঙগী ননাক্তা ইপা লাক্লিনেহে।" - ঐগী থম্মোই

ইচানুপী ৱাখল খল্লুবদা ঐগী মিৎলুদগী পিরাং মরীক অমা-অনী নাম্বুখিবা খঙহৌদে।

ঐখোয় ময়াম শেম-শাবা হৌই। য়াওরকপা নোংমৈশিং লৌথোক্লুনা ফিভম শেমদুনা পায়। জীপকী খোঞ্জেল হন্থবা তৌদনা ইচানুপীগী থোঙ্গাল তম্না থৌজিল্লক্লে। থোঙ্গালদা ফল্লম্বা, লম্বী চৎলম্বা পূম্নমক হৌদুনা চেনখ্রে। থোঙ্গালদা শক্তি খোইবাক শাদুনা লৈরম্বী নুপীশিং হোৎতুনা ইমুংলোমদা চেনশিনখ্রে।

নোংমৈ মরু অহুম-মরি কাপথোকই। জীপ হেক খাম্নগা ঐনা মাং থাদুনা থিংজিল্লম্বা থোঙ্গাল অদু খোঙপাক্লা কাউদুনা হাংদোকই।

লাপ্তক্লা নুপী অমনা অবৈবা খোঞ্জেল থাদুনা লাউবদুনা হাযবা তায,

"থোঙ লোনশিল্লো। গেং কাঙবু লাক্লে।"

নুপী অঙাংশিংনা কিদুনা লাউনবগী খোঞ্জেল তাই।

ঐনা শাউনা লাউবদুনা হায়কই,

"ভুপেন্দ্র! কদাযদা লৈ? নুপী-অঙাংদা নথৌনা ফবা, নবিল লৈবগা থোবকউ।"

নোংমৈ কাপ-কাপ্লুনা চঙশিল্লি। মমাংগী থোঙজাউ অদু খোঙনা হঞ্জিন হঞ্জিন কাউবগা কৌবাউ-উবাউদুনা হায,

"মীকিথি, থোঙ করিগী লোনশিল্লি? ইচানুপী স্নেহা হাৎপগী নঙগী ইমুং তুম্না হাৎত্রিবমখৈ যুমদা অমুক হনখ্রবোই।"

মীওই খবনা নোংমৈ মনিংনা শুদুনা থোঙনাউগী মিংশেল থুগাইবা হৌবকই। শুমাংদা ফৌবম্না গেহু চাইখাইবকই। শুমাং মচিদা পুল্লম্বা ইবোই উচুক ফুক্লুনা মমৈ থেকৎলগা চেম্লোকখ্রে। ইবোই মচা অমা মপী চেনখ্রবা অদুদা উচুক ফুকপগী মপাঙ্গলদি যাওদ মতুং ইন্নিংদুনা খোঙল-খোঙলদুনা উচুক অদুদা উক-উক লৈদুনা লৈরি।

অহল অমা য়েন্নখাবোমদগী চৈশু শুদুনা থোবকই। তপ্না-তপ্না চঙশিল্লকই। ভুপেন্দ্রগী মপানি। ইমাংদা লেপ্লবদুনা হায়রকই,

"ইবুংঙো কমল, নহোয ওইবে।"

অকিবা, পাখৎপা কবিসু য়াওদনা কৌবদুনা হায়রবা অদুদা ঐ ঙক্লুই।

মানা মখা তাবকই,

"ঐখোয়দি কনাগী গেং কাঙবু লাকএ হায়দুনা কযাদা পাখৎলুরে। ঙাইখো, তপথখো। ঐ ৱা হায়গে।"

ঐখোয়গী অশাউবা শকফম, নোংমৈ কাপ্পুনা য়েখাই-থুগায়ররিবা অদু উবদা হায়রকপনি।

ঐনা হায়,

"মাম্মা, থোক্লিবা থৌদোক অসিদা করম্না তপথগদৌবিবনো? মাম্মগী নশুনুপীদা থোক্লবা ওইরবদি করি তৌগনি?"

"ঐগী ৱাসি অমুক্তা তাখোনে। অতো, সুম তৌবনি। ইশু মতু নাম্মা তেক্কেনে। করিসু তৌদেনে।"

ঐখোয় ময়াম ঙকপনা খম থেংই। অমনা অমদা য়েংনৈ। অদুগা মখা কবি তারক্কদগে হাযদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈ।

মানা হায়রকই,

"ইশুদু লৌবুক্তা চৎপদা কাক অমনা মকোক্তা হেক তোংলম্লমাল্লে। ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকপা থাজনবী মতুং ইন্না ফত্ত-নুংদা থোক্তনবা হাযদুনা পাউ অদু অতোনা থাখিবনি। মাগীদমক্তা মমিৎতগী মপী তানা কপ্পুনা তেংথাবীববদি ফৈ হায়দুনা তৌখিবনি।"

মাম্মগী ৱাদু তাবদা অমম্বা অহিংদা খঙহৌদনা নোংথাং থাউমৈ কাপ্লকপদা মা-মাদুনা থিরম্বা পোৎশক অমা খঙউ উরকপগুম ৱাখল খঙতা তারকখি। তাল্লক অসিদা মমাংগী থোঙজাউ হাংদোরকই।

স্নেহাগী মনেম থোরক্তুনা হায়রকই,

"তাদহোয় ওইরে। ঐখোয়দি গেং লাকই হায়দুনা মিহুনকাসি আ য়ৌনরুরে।"

চরপাই লৌথোক্তুনা শুমাংদা থারবে। ঐখোয ময়াম ফমদুনা নে-না তানা ঙাইহাক নুংশা হোন্দোক্লে।

লৌবুক্তা চৎখিবা ইচানুপী পাউ থাদুনা কৌরুরে।

ইরোই পীজনবা জ্বর কোকথোং অমা মকোক্তা থোংগৎলদুনা স্নেহা থোজ্জালদগী চঙলকই। মপুরোইবা নিতিন অমদি মকুবোক ভুপেন্দ্রসু তুংথা-মাংথা লাক্লে।

ওন্থোকপা মঙগুন্বা থৌদোক্নি। মৈ হৌনা শাউদুনা বোম্না হৌরগা চঙশিল্লুবা লান অদু পোকলাউবীনা লোইশিন্দুনা হল্লক্নে।

কমলগী ৱাবীদু তারগা মগুনুপা মনিশনা হায়রকই,

“ইপুহোয়গী মতমগী ৱারী অসিদি নহানঙেগী ৱারীদগী পুংতোন তোঙাল্লিহে।”

তাং ঃ ০৮।১০।১২

## তমগে হোৎনরুদ্রবসু

মৰূপ দেনিসকা লোযননা মী অমত্তা উনকসি হাযদুনা থোবকই। নুমিৎ থোবকপা কুইদ্রি।

নুমিৎ তকক্লিগী মমাংদা,

সম্মব ৰেকেসন হৌবদগী সনামনিক্কা ইবানি যূমদা চৎনবা শেম শাবি। যূমদা পুনবা পোৎ-চৈ খবা লৈশিল্লুবদগী খাউ অনী শুবে। সনামনিক্কীদি অনীদা নত্তে, অহুম্নি। মাদি পোৎ-চৈ যাম্মা লৈগল্লি। খোঙনা মতেক অমা চৎকদবদু বেগ মযাম অদুগী য়েংলগা বিক্সা অমা কৌকদুনা মদুদা লাক্লে।

চান্দপুবদগী বস তোংদুনা লাক্লে।

লম্বীগী য়েৎ-ওইগা চুগী লৌবুক্তা পাক-শন্না শন্দোকখ্রি। পবেং-পরেং হৌবিবা হৈনৌ পাম্বীগী হৈকোলশিংনা পূক্লিং নুংঙাইহল্লি। মসিদসু নত্তনা পরেং চুম্না-চুম্না হৌবিবা পোপুলর পাম্বীশিংনা নুংঙাইবগী মথোই হাপ্লি। পোপুলবশিং অসি প্লাই লৌনবগীদমক যাম্মা কান্নে।

মুরাদাবাদ রেলৱে ষ্টেসন য়ৌরে। অৱাদ–আসাম তোংদুনা গুৱাহাটিগীদমক খোঙশাল্লক্লে।

খোঙনাউদগী উরি – শন ইরোই পীজনবা থারিবা রজকা, কাসনি অমদি ষ্বর পাম্বীশিংনা পাক–শন্না শন্দোকখ্রিবা। মনা–মশীং কয়াসু মরাং কায়না উরি।

রেলগাড়ীগী কাংখোঙগা ট্রেক্কা তক্লবদগী থোরকপা 'ছক–ছক, ছক–ছক' হায়বা মখোন্না থোইদোক্লা নুংঙাইবা ফাওহল্লি। ম্যুজিক ষ্টুদিওদগী নীংথিনা শেমদুনা থাদোরকপা নুংশিরবা খোল্লেলগুম্মি। লোইবা নাইদ্রবা সুরনি। তাবগী পেনবসু নাইদে।

মবক–মরক্তা নীলগায় উবা ফংই। মখোয় অসি মশাদি শগোল মাল্লি। অদুগা মকোক্লা শজিগুম্মি। নীংথিববা ৱাহোং কয়াসু মরক–মরক্তা উবি।

খোঙনাউদগী উবা অযুক্কী শক্তমদি য়েংবদা কয়া নুংঙাইবা পোক্কে। খুন–খুনগী নুপা–নুপীশিং থোরক্লুনা রেলগী ট্রেক ময়া নক্লা মখোঙ হাল্লি। তুং ওনশিল্লকপনা য়াম্মি। মাঙ ওনশিল্লকপসু কয়ানি। মখোয়দি নীংঙাইদনা ফল্লি। অউবা ঐখোয়নদুম ইকাইবা ফাওই। নোংমা পাউচে অমদা ইন্দিয়াগী ইমুং অয়াম্বগী অমাংশঙ শাদে হায়না য়াওরকখিবদু নীংশিংলকই।

খুনগী লৌবুক্কী লম্বীদা নুপা–নুপী খাইদনা মী য়াম্না চৎপা উই। য়াম্না হরাউ তয়াম্না চৎলি। কুম্মৈগুম্বা লৈরমগদ্রা হায়না খল্লি। ময়োম অমমমসু পায়দুনা চৎলি। য়োৎপাক পায়দুনা চৎপসু কয়ানি। খঙলে, লৌবুক্তা থবক শুবা চৎপনি। মখোযনা হরাউ–তয়াম্না চৎপদু উবদা ঐদি ঙক্লুরে। অশেংবা খঙলবা মতম অসিদনা কয়াদা অমুক নুংঙাইরবা!

বিহার য়ৌরকপদদি হাংলবা লৌবুক কয়া ঈশিং থুমজিন্দুনা চাউরবা পাৎকুম্না উরি। ঈথে–লৌখোং নীংথিনা শেম্বীরবদি মনা–মশীং নৎত্রগা মতম মতমগী লৌউ–শিংউবগী পোথোক কয়ানা পুমশং শংনা উরমগদবনি।

অয়ুক নুংথিলগী মতমদদি লোকেল পেসেঞ্জর কয়া চঙলক্লুনা ফল্লরে। সিট মপু শাববসু কয়ানি। অহিংগী মতমদদি নীংথিনা তুম্বা ফংই। করিগুম্বদা তুম্বা থুগাইরবসু য়াওদবা নত্তে।

মমাংগী চহীদনি নুপা অমনা হৌদোরক্লুনা তুম্বা থুগাইরে।

"ভাই, নখোঙ কোনশিল্ল। ফম্নম লৈত্রে।"

ঐনা মাগী সিটতা হিপচল্লুবগুম নুপা অমনা হায়রকপনি। মাগী ৱা তাম্রবদি মখা করি তৌরক্কদগে হায়বা তম্না ওমদে। অদুনা খোঙ কোনশিন্দুনা নুপা অদু ফমহল্লে।

লফু পাম্বী কয়া মরাং কায়না হৌরি। অনেম্বা লফু কাওলুপশিংনি। লফোই লকউশিংদি য়াম্না শাংনা-শাংনা য়ানবা উই।

অয়ুক পুং তরা খরা হেল্লকপদা গুৱাহাটি য়ৌরে। রেলৱে ষ্টেসন্দগী খোরক্কুনা মণিপুরী বসটি তম্না লাকই। তুং ওইরগা মৈতৈমচা অমসু লাক্কুনা ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরক্লে। ইম্ফাল য়ৌগদবা মাল্লি।

ৱারী-ৱাতাই শান্নবদগী সুরেন্দ্র কৌই হায়বা খঙলে। দিল্লিদগী হল্লকপনি। ইম্ফাল ৱেষ্ট য়ৌগদবনি।

ইম্ফাল য়ৌগদবা বস কাউন্টর অমদা থুংলে। নুংথিল পুং ২.৩০ দগী গুৱাহাটি থাদোক্কদবনি। চঙশিন্দুনা টিকেট কক্লে। লৈথোরকপদা সুরেন্দ্রনা হায়রকই,

"ইতাও, ঐগী পর্স মীনা শংহৌরে। ষ্টেসন্দা রেলগাড়ীদগী কুমথবা মতমদা শোয়দনা ওইরমগনি।"

হয়েং য়ুমদা য়ৌরগনি হায়বগী ৱাখলদা মাসু হরাউনা লাকপনি। মীনা পৈশা শংখ্রবা অদুদা মমায় অদু মকশিন্দুনা নুংশুক-নুংজাম্লে। মতৌদু য়েংবদা নুংঙাইহিতে।

মানা হায়রকই,

"ইতাও, ইম্ফাল হেক য়ৌবগা ঐ পীগে। ঐগী টিকেট কক্লবা শেন খরা পীবিয়ু। ইমুংগী মী বস পার্কিংদা ঙাইরম্বা হায়গে।"

ঐ মিকুপ খরা খল্লাম্লে। করি তৌসিগে খল্লি। অদুবু পঙ্খবা তৌদনা হায়রকই,

"করিসু কায়দে। অসিগুম্বা মতমদা ঐখোয় মশেন মতেং পাংনদনা করম্বা মতমদা পাংনগনি?"

মাগীসু টিকেট ককপীরে।

ঙাইহাক কাউন্টর মনাক্তা ফমদুনা লৈ। সুরেন্দ্রনা পি.সি.ও. দা চঙদুনা ফোন তৌই। ফোন তৌবা লোইরগা ঐঙোন্দা হায়রকই,

"ইতাও লুপা নীফুদা পীয়ু। পি.সি.ও. গী পৈশা পীগে, ঈশিং লিক্লি অমগসু লৈগে।"

ঐ পৈশা শত্তোক্লিংদে। শত্তোক্লিংদে হায়বদনি খূৎ যেৎনা তুংগী ফুবিখাউদগী পর্স শত্তোক্তুনা লুপা নীফু পী।

মানা মখা তারকই,

"লুপা তবাদংগা হাপ্লকউ। চুরুপ মচে অমত্তংগা চিংগে।"

ঐনা লুপা তরা চৎপী অমগা শত্তোক্তুনা পী।

বস ঙাইবা ওইনা গুৱাহাটি কৈথেল মনুংদা কোয়বা য়াবা কোয়দুনা য়েংলুই। অদুগা বস কাউন্টর মনাক্তা অমুক লাক্লে। তাল্লক য়েংদুনা সনামনিক্লা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই,

"কবম্না মীনো হাযবসু খঙদে। শেনগা য়াম্না পীজকনু।"

ঐনা খল্লি। তঙাই ফদনা টিকেটকী লুপা ৪৫০ গা ফোন তৌবগী, ঈশিং লৈবগী লুপা ৫০ গা পুন্না লুপা ৫০০ দনি। মতুংদদি পীরবোই।

হোটেলদা চাক চাবা চৎলি। সুবেন্দ্রসু তুং ইন্নবকই। ইনাক্তা ফমদুনা চাবরে। কুইনা চারুদ্রবা মতুংদা মণিপুবী হোটেলদা ফমদুনা মণিপুরী চাক-য়েনশাং চাবা ফংবদি নুংঙাইবা অমনি। পুক থন্না চারবা মতুংদা শেন পীগে হায়না তৌরকপা মতাংদা সুবেন্দ্রনা হায়রকই,

"ইতাও, ঐগীসু খরা পীবীয়ো। হয়েং পুন্না পীরগে।"

ঐ পীদি পীনিংদবনি। অদুবু মাগীসু য়াওনা লুপা ১৫০ পীরে।

নুংথিল পুং ২.৩০ তাবদগী ইম্ফালগীদমক বস থৌবক্লে। পুং মরিবোম থৌরক্লবা মতুংদা লম্বীদা জাম ওইবদগী ঙাইহাক লেপ্পী। ফম্না ৱাবদুনা মী খরদি মখাদা কুমথনে। সুরেন্দ্রসু মখাদা কুমথগ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ঐগী সিট মপাদা লাক্তুনা মপান্দগী হায়রকই,

"ইতাও, লুপা য়াংখৈদা পীয়ু। ঈশিং বোটল অমগা চিপসকা লৈরক্লে।"

মীনা হায়বদা ঙম্মোই হায়বসি কয়া হৈনরক্তে। অদুনা ফম্না পীনিংদবা লৈরবসু লুপা য়াংখৈ শৎতোক্তুনা মত্তোন্দা পী। পোৎশিংদু লৈরুরগা সুরেন্দ্র কাখৎলকই।

অহিংগী পুং ১১.৩০ তারে। জখলাবন্দদা ময়াম চাক চাননবা বস খাম্মি। মসিদা পুংখায় অমরোম খামগনি। হোটেলদা চঙদুনা মায়-মিৎ তাথোক্লগা সিট অহাংবা থিরি।

সুরেন্দ্রনা নাকন্দগী হায়রকই,

"ইতাও, সোমদা লৈরে। হয়েং অয়ুক ফাওবা লেনবা য়ানবা করিনো খরা চাশিনবা হায়বদুনি।"

মাদি ফমদুনা ঐবু ওাইরম্মি। ঐ খুমদে। মনাক্তা চঙদুনা অহাংবা চৌকি অমদা ফমদুনা চাক চারে। ঐখোয় অনীগী চামগা হুমফু পীরম্লগা থোরকই।

লম্নী ময়াদা য়ুবী য়াম্না য়োনবা উই। মকু খোক্লবা য়ুবী মঙা-মঙা প্লাষ্টিকী অরোনবা খাউদা হাপ্পুনা য়োম্লি। ময়োম অমমমদা লুপা হুম্ফুতরা-হুম্ফুতবানি। ময়োম অমা লৈরে। মদু উরগা সুরেন্দ্রসু ময়োম অনী পায়বগা হায়রকই,

"ইতাও, মচিৎ-মচিৎ লৌবসি নুংঙাইতে। লুপা চানীদা পীয়ু। য়ুবী ময়োম অনীসি লৌরগে।"

মাগী পৈশা ঐনা পায়বীবগুম মানা খল্লি। ঐ কয়া হৈনদে। অদুবু থোইনা খনজিল্লুবা ওমদে। লুপা চানী শত্তোক্লুনা পী।

বস লেপ্পুনা থৌরকপনা মিকপ থোক্লকপদা নোংঙাল্লম্লে। নগালেন্দগী লমখৈ লাম্থোরক্লুনা মণিপুর য়ৌরক্লে। পামলৌ উবগী লৌ ফৈদোম মচা-মচা থাক-থাক নাইনা লৈবদু উবদা নুংঙাইবা পোকই।

লোইরোই-লোইরোই ঙমথরক্লুনা তম্পাক য়ৌরক্লে। লেপ্পুনা অসুম লাকপনা অবাং বি. ও. সি. য়ৌরদুনা পেসেঞ্জর পুম্নমক কুমথনরে।

পার্কিংদা সুরেন্দ্রবু ওকপা কনাসু লাক্লে। পি. সি. ও. অমদা চঙদুনা মানা ফোন তৌই। ঐ পি সি. ও. মমাংদা লেপ্পুনা লৈরি। সুরেন্দ্রনা ফোন্দা ৱারী শাবদু তাই।

"ঐ বি. ও. সি. য়ৌরকএ। – কনা চৎখিবগে? – থবক চৎথোকব্রে হায়বা? – সিদা লাকউ হায়খিবদুদি? – হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি হায়বা? – থম্মগে অদুদি।"

সুরেন্দ্রনা ৱারী শান্নবদু তাবদা পি. সি. ও. মপু অদু ঙক্লা থোকখি। মখোয় অনী য়েংনখি। সুরেন্দ্রনা করিগুম্বা ঈঙ্গিৎ অমা তৌখিবরা হায়না খল্লি। পৈশা অচোইবা অনী অহুম থনম্লগা থোরক্লে। নুপা অদুদি ঙক্লুনা লৈহৌই।

সুরেন্দ্রনা ঐঙোন্দা হায়রকই,

"ইতাও, ইমুংদা মী অমত্তা লৈতে। চৎথোক্লব্রে। ঐ হোরেল নুংথিল নংত্রগা হয়েং অয়ুক্তু শোয়দনা লাক্লগা পীরগে।"

ঐ থাজবা মাঙখি। অদুবু করিদি তৌরুনি?

লাক্কে হায়গ্রবসু মা লাকখিদে।

মথংগী নুমিত্তা দেনিসকা চৎলুই।

মানা হায়রকই,

"ইতাও, অনাবা অমা য়াওশিল্লক্তুনা লাক্কে খনবদু ওমহৌদ্রে। পৈশাদু পীগে হায়দুনা খাক্তুনা থম্বনি। গাড়ী ৱাইবগা হিদাক-লাংথক লৈবগদা শীজিন্নথোকখ্রে। ঐ উপাই অমা তৌদুনা থীরগা হয়েংদু য়ুম খঙবা ওইনা ইতাওগীদা লাক্তুনা পীরগে।"

নুমিত্তু উপাই লৈতনা হল্লকখি। ঙরাংসু মা লাকখিদে। অদুনা ঙসিদি অরোইবা ওইনা লাক্রবনি।

সুরেন্দ্রগী লৈকায় য়ৌশিল্লক্রে। দেনিসকী মমান্নবা অমা থেংনৈ।

মানা হংলকই,

"কদাইদা লেঙবীগদবনো?"

দেনিসনা খুম্মি,

"নখোয় সিদগী এক্স কম্মিসনর, সুরেন্দ্র খঙব্রা?

"এ! ঐখোয় লৈকাইগী কম্মিসনর! হুরানবদো কদাইদগী খঙনরুইবা?"

"হুরানবা! হুরানবা হায়বা! মাবো?" - ঐগী থম্মোই

দেনিসনা ঙক্না হংলকই,

"মা-বো! হুরানবা হায়বা?"

"গাড়ী মখোঙ অনী পানবা, অহুম পানবা, মরি পানবা অমত্তা থাবা নত্তে। অফাওবা হুরানবনি হুরানবা। নম্বর টুগী পোৎ লল্লোনবা অফাওবা খদ্রক মপীনি।"

ঐনা হায়রুই,

"ময়াম্নগী মনাক্তা কোয়রুবনি হায়দুনা গুৱাহাটিদা থেংনৈ। মীনা শেন শংহৌরে হায়বদগী ঐনা টিকেট ককপীখিবনি। চাবা থকপগী মচিং-মচিং পুন্না লুপা চামাপন মঙা হাইজিনখ্রে। মদু লৌরুগে লাকপনি।"

"এ! ফগুগরোই ফগুগরোই। কদাইদগী মপান্দা কনাসু লৈতে। নম্বর টুগী লম্রোনবদা নত্তনা লাম্নীগী ইনফোর্মর ওইরুবদগী নহারোলনা ফানবা তান্নরিবনি। মথ্বাই হিংনবা চেন্দুনা লোৎলুবনি। ইতাওগী শেনদু ফগুলরোই।"

দেনিসকী মমান্নবনা হায়রিবা বাদু তাবদা ঐনা গুবাহাটিদগী ইম্ফাল ফাওবা লাকপদা সুরেন্দ্রগা লোয়ননা থোকখিবা থৌদোকশিং ঐগী বাখলগী ফিজংদা থোঙলে থুনা থোরক্লে। পর্স শংহৌরে হায়দুনা টিকেট কক্লবা হায়রকখিবা, ফোন তৌবগী, চাক চাবগী, যুবী লৈবগী তাং তৌ-তৌদুনা পৈশা লৌথোকখিবা, ইম্ফাল য়ৌরগা ফোন তৌশিন্নখিবা – থৌদোকশিং মথং মথং থোরক্লন্নগা অমুক মাগুশ্রে।

মাগী ময়ুম য়ৌরকপদদি মাদি লৈরমদ্রে। মাগী নুপী অমদি মচানুপা অনী লৈরম্মি।

ঐনা মাগী নুপীদা হংলুই,

"সুরেন্দ্র লৈবরা?"

"অয়ুক ঙন্না থবক অমা লৈ হায়দুনা চৎথোকশ্রে।"

"করম্বা মতমদা হল্লক্কনি?"

"খঙদে। হায়বা ঙমদে।"

পীক্লিবা চহী মঙা-তরুক্তা ঙাইহিরিবা সুরেন্দ্রগী মচানুপা অহন্না হায়রকই,

"ঐখোয় পাবদি নুমিদাং থেংনা হজিল্লক্কনি। উনবা ফংঙোই।"

"হুরানবগী মচাসিসু মপা হুরানবদৌনা খরক হৈনে।" – ঐগী থম্মোই ঐনা হায়রুই,

"লোৎকে হায়দুনা লোৎশ্রবনি। ঐ মাবু উনবা অমুক হন্না লাক্লরোই। সুরেন্দ্রদু বানা অমুক লোৎলুবগী মথৌ তাদ্রে হায়য়ু। শেন খরা অদু মাগীদমক ঐনা মতেং পাংলবনি।"

দেনিস ইবানি থোরক্লে।

করিগুম্বদা পুন্সি অসিদা তমগে হোৎনরুদ্রবসু মতমনা পুরক্লুনা পারা হেক-হেক তম্বীরম্মি।

তাং ঃ ২০।১০।১২

# লোইরেদনা

"হেবোং মখোঙগী নীলমদো মকোক কন্না চি .ই হায়দুনা হোসপিটালদা পুত্রেয়ে।"

কৈথেলদগী হল্লিনরকপগা লক্ষ্মীনা কিশোরদা তক্সি।

নীলমগী মমিং পল্লকপগা কিশোরগী মমিত্তা নীলমগী শকতম উরকই। নোকমি-নোকমি তৌরদুনা নীলমনা মাগী মমাংদা লেপ্লরি।

লক্ষ্মীনা মখা তারকই,

"কোক চিকপবু চুম্লগী খুচিক নত্তে হায়নে।"

"কাউন্সিল্লর ওইবীদুরনে হায়রিসিবো?"

"মানে। তৌঙগী অফাওবীদুনে। মানগা লৈত্রদি খুনসিগী নুপা কয়াদি বাবা তারেদো।"

লক্ষ্মীনা কল্লক পেন্না হায়রকপনি। মদু তারগা কিশোর কয়া নুংঙাইতে।

কিশোরনা হায়রকই,

"আ! মা শিরগা হরাউদৌবগুম তৌরিসিবু করি নুপীনো?"

"এ! মখোয তাম্মোগী ৱাসিদি ঙক্পু ঙকচরেদা। মখোয় তাম্মোদি মাগীদমক ৱাবীরিবোইরে?"

"কাউন্সিল্লব ওইদুনা লৈকাই খুনগী থবক তৌদুনা লৈজবী নুপীনি। মা অমা লৈখিদবা হায়বসি খুন অসিগী অচৌবা অমাঙবনি। নত্তে, চুন্নদা মকোক চিকপনি হায়বরনে মাবো?"

"ও, খঙদে খঙদে। নুপী মযামদি হরাউনহৌরে।"

লক্ষ্মীগী ৱাদু তারগা কিশোব হুমাং মবিক–মবিক কারকই। নে–না তানা ফম্বা ঙন্নক্তে।

নীলমগী পুন্সিবু হঙ্গৎনা য়েংলুই, –

শক ফজবী, শবান নীংথিবী নীলমনি। শেত্তোক–চাখোবকপদা অউবা কযাবু কল্লকসনু হাযবগী মওংদা শেৎ–চায়। ঈরাং পুবী মীযেং নাযেংনি। মপুরোইবা লৈরিঙেদদি অসুম্না তৌরম্বা নত্তে। মপুবোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদগী মাগী লমচৎ শাজৎতা হোংলকপনি।

মিৎযেংগী লাং থাক্তুনা নুপা কয়া ফাবা হৌবকই। লৈকাই খুনগী শেঙ্গাও পায়বা, মচিন চৎপা কাঙবুশিংনা মাবু যাই। মাবু থাগৎলি। মখোযনা ইনশিন্দুনা মাবু লৈকাইগী কাউন্সিল্লর মীখল লেপহল্লি। মীখলদা কাবদগী নীলমগী খোঙলোই মশীং হেনগৎলকই। লৈকাইগীদা নত্তনা খুনগী নুপা অয়াম্বনা মাবু য়াই। মাবু থাগৎলি।

ইখঙ খঙহৌদনা নীলমবু হোসপিটালদা পুখৎখ্রে হায়বা তারগা কিশোর লৈতাফম খঙদে। হুমাংনা মশা অদু চোৎলকই। মহাক্কী মমায়দা হুমাং কাবদু উরগা লক্ষ্মীনা হায়রকই,

"মখোয় তাম্মো, করি তৌরে হুমাংগা শৌরকইদুনা?"

"পেম্মা নঙনদি খঙদ্রিবা, নীলম হোসপিটালদা পুখৎখ্রে তাবদা পাখত্তুনা কারিবা হুমাংনি।" – কিশোরগী থম্মোই

লক্ষ্মীনা মখা তারকই,

"হা! কৈদৌরগে? নশা ঙমদ্রবরা?"

"করিসু তৌদেদা।"

"অদুবু ওইরদি ফৈ।"

"নীলম হায়বী অফাওবী তৌঙবী অসিনা খুন অসি মাঙহন্দৌরি। খুনসিগী নুপা মথে মাগী মৱা ওইহনগেনা খল্লিমাল্লে। মাদা খরা পুনা শিগ্রদি ফনিদা।

ইবুংঙো পৱন, নঙসু মতম চাদনা কোক হেক শিদোকখি। নঙদি খঙলিরোইদো। নঙগী নীলম অসিদি লোইরেহে। নঙ লৈরম্লবদি মাসু ফদৌবা। নঙবু কৈদৌবদগী লৈ-খি-দ-ব-নো?" – লক্ষ্মীগী থম্মোই

লক্ষ্মীনা হংলকই,

"মখোয় তাম্মো, পৱনদুবু কৈদৌবদগী লৈখিদবনো?"

লক্ষ্মীগী ৱাদু তারগা কিশোরগী মমিংতা নিশাদা লাইচুরবা পৱনবু উরকই।

কিশোরনা হায়রকই,

"কুইনা নাদুনা লৈরম্বনি।"

"করি ওইনা নাদুনা লৈরম্বনো?"

"ময়াই কাবা হিদাক মখল শুনা চারম্বনি। মদুদগী মশা খঙশোক শোকচিনখিবনি।"

"মাবু মতমসিগী লায়নানা নাদুনা শিখিবদি নত্তেকো? মদু ওইরম্লবদি মাগী নু-পী নী-লম-দ-সু!? অদুদি নীলমগী সঙ্গ ময়ামদসু!?" – লক্ষ্মীগী থম্মোই

"পৱনদুবু মতমসিগী লায়নাদগী লৈখিদবদি নত্তেকো? মখোয় তাম্মো, মদু শোয়দনা ওইরমগনি? ঐদি কন্না চিংনরকএ।"

লক্ষ্মীগী ৱাদু তারগা কিশোর চিংনবা অমা খঙফাও ফাওরকই। পাখংপা অমসু য়াওরকই। অদুবু মপূক্লিং ফাথে।

"নংলম্মোইদা। মানা লায়না অদুদগী লৈখিদবা ওইরম্লগবু নীলমনা অসুক কুইনা লৈবা ঙম্বা হৌনদে।" – কিশোরগী থম্মোই

মানা হায়রকই,

"নত্তেদা। মাগী নুপী নীলমনা মশা তগৎ-তগৎ তেক্লা ঙরাংদা লাকপী মৌ নহাদৌনা লৈরিসিদি? অমদু ওইরগবু অসুম্না তৌগদ্রা?"

"ইস! মখোয় তাম্মোদি নীলমবু ওহোক্লা ফজনা উরিবোইরে। নীলমদো মহৌশাগা মান্নদ্রবনি। মাগা চান্নজবা, মাগা য়ানজবা, নক্লবা মীতনা থাগৎচবনি। মীনা কিনরিবনি।"

লক্ষ্মীগী ৱাদু তাবদা কিশোর শ্বাই লাউই। তু চুংলকই। হুমাংনা মশা অদু চোংলকই।

"শোয়দ্রবরনে হায়রিসিবো?" – কিশোরগী থম্মোই

মপুক্লিং ফাথদুনা হায়রকই,

"করি তৌবগী কিনরিবা?"

"মাসু মাগী নুপাদুনা নাদুনা লৈখিদবা লায়নাদো নারমগনি হায়দুনা য়া–য়া লাউনরবনি।"

কিশোর হেন্না পাখংলকই। ফম্বা চঙ্ত্রদুনা ফুক হৌগংলকই।

"অদুদি মাঙলেদনা তৌবিসিদি। মদুবু ওইবা য়াবরনে? নহান্দসু উনরম্মিবনি।" – কিশোরগী থম্মোই

মশাদি খঙদনা কিশোরনা খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকই,

"মদু ওইবা য়াবা নত্তে। ওইথোক্তবা ৱানি।"

মাগী ৱাদু তাবগা লক্ষ্মীনা শাউরকই,

"এ! নীলমদু মতমসিগী লায়নানা নারে হায়রগা মখোয় তাম্মোনা ৱাবীরিসিবু করিগীনো? মাগা করি মরী থোক্লবিবগে?"

"ইবেম্মা, নঙনদি খঙদ্রিবা। মানা নারে হায়রগা ঐঙোন্দসু নাবগুম ফাওরিবনি। হায়দোকপসু য়াদা।" – কিশোরগী থম্মোই

লক্ষ্মীগী মফমদা মানা হায়রকই,

"করিসু থোক্লদেদা, ইবেম্মা। চুম্না থাজদে হায়বগী ৱানি।"

"মখোয় পাবুং! মী মমিংমক্লা উনবা য়াওরবনি। হিদাক লৌবা চৎনরুবদা পরেং লেপ্পা য়াওরম্মেয়ে।"

"অশেংবগীরনে হায়রিসিবো?"

"অশেংবনে, অশেংবা। মনিং লৈকাইগী য়াশিকাগী মমানা হিদাক লৌবা চৎপদা পরেং লেপমিন্নেয়েয়ে।"

"শোয়দ্রেদনা তৌরিসিদি! মাদসু নত্তনা মাগা তিন্নরুবা ময়ামদসু!?" – কিশোরগী থম্মোই

লক্ষ্মীদা মানা হায়রকই,

"মাদি মশাবু য়াম্না কন্না লৈনে। থাবু থাজদেনে। মানা চৎখিবা তারবদি ঐখোয খুনগী নুপা কযাদি তপ্না তপ্না মতুং ইন্দুনা চৎখ্রনি।"

"তুং ইন্নবগী বাদি মানা চৎখ্রবা মতুঙদতা নত্তে। হিংলিঙেসিদসু লাইরেন মতুং ঙা ইন্নবগুম নুপা ময়াম ইন্নরিসিদি? খোঙলোই য়াম্না চাউবীনিনা।"

"পেম্মা, নঙসু নুপীনি। মীনা অবাবা তাবগা নঙনা কল্লক পেনবগুম তৌবিদু চুমদে।"

"মা-মাগী লমচৎকী মতুংইন্না হায়বীবনি কৈনো? মখোয় তাম্মোদা শোকপগুম খল্লিদুবু ইকাইবীদ্রো?"

লক্ষ্মীগী বা অদুনা কিশোববু হেন্না মিপাইহল্লি।

"নীলমগী মবমদা পূম্নমক খঙনবোইবে। তশেংনা মানা মীযাম্না কিনবিবা লায়না অসিনা নাবম্বা থোক্রবদি লোইবেদনা।" - কিশোবগী থম্মোই

লক্ষ্মীনা মখা তাবকই,

"ঐদি মখোয তাম্মোসু যাওববা হাযদুনা কিবু কিশিল্লক্রে।"

"কদাইদৈনো তানিংদে।"

"নুপা-নুপাশিংদা নত্তনা মখোয়-মখোয়গী নুপীশিংসু মতম চাদনা মথং-মথং চৎখিবা তাবনি। কনানা খঙগবনো ঐখোয ইম্নুংসু যাওবমদনা?"

"যাওদেদা পেম্মা। ঐঙোন্দা অদুগুম্বা চিংনবা তৌনু। ঐখোয়দি পুংশেঙনি পুংশেঙ।"

"কবিনোনে থোক্রক্লিবা থৌদোকশিং অসিবো? মসিবু মঙলনে? মসিবু তাইবং নৎত্রনে?" - কিশোবগী থম্মোই

কিশোব তুম্নবদগী মমিৎ খঙশিং শিংলকপগুম মমিৎ লাউনা পাঙথোরকই। তুমদনা মঙলান অমদা লুপ্লকই।

মমিৎতা উবকই মথং-মথং,

পব়ননা শিখিবা! নীলমগী লমচৎতা হোংলকপা! খুনগী শেঞ্জাউ পাযবশিংনা মাবু তান্নরকপা! মাগী ঈবাংদা থুরিবা খুনগী নুপা কয়া-কয়া!

কিশোব মুকুম মুকম শোল্লকই। মরৈ লোম্নদুনা খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকই,

"অদুদি ঐ-ঐসু যাওরবা!?"

তাং ঃ ০৫।১১।১২

# ইন্টরভিউ

ওফিস য়ৌরকপদা নুপা অনীগা নুপী অমগা লৈরম্লে। মনাক্তা লৈবা অহাংবা ফম্ফম অমদা চঙশিন্দুনা ফম্লে।

"ইন্টরভিউ য়াওবীগদবরা?"

নুপা অমনা হংলকই।

ঐনা খুম্মি,

"হোয়, অদোমসুরা?"

"হোয়।"

ঙাইহাক লৈরগা মী খরসু লাক্লে। মখোয়গী মরক্তা সুদেশসু য়াওরকই।

সুদেশ উরগা হৌগ্রবা এম, এ, তম্লিঙৈ থৌদোকশিং বাখলগী ফিজংদা খোরক্লি,

"ঐ খঙিঙ। নঙ ক্লাসতা মতম চানা লাকই হায়বা। ঙসিসু নঙনা ক্লাসতা হেক চঙলকপগা নঙগী নমিগুম ঐগী মিৎ অসিনা নঙনা ক্লাসরুমগী মমাংথোঙদগী চঙশিল্লকপা, য়েৎলোমদা লৈশিল্লকুনা লাক্লগা ঐগী হেক তুংদা ফমদ্রিবা ফাওবা লৈ-লৈদুনা য়েংলি। নঙগী মোঙ হাদ্রবী ঈংলবী মায়থোঙ

অদুনা ঐগী থম্মোইবু ঈংহল্লি। তাঙ্গা ফংবা খুদিংদা নঙবু ঐনা লোল্লা মূনা-মূনা য়েংদুনা মঙলান মচা-মচা শাগৎলুই। নঙবু অসুম য়েংদুনা লৈনিংই। নঙতবু ইনাক্তা লৈহন্নিংই। নঙসে ঐগী ওইনিংই।"

মতম অদো হৌখিবা খঙহৌদে। ঙসিতা ইথা-থাজদনা মাগা অমুক থেংনররে।

"সুদেশ নঙসু ইন্টরভিউ য়াওগেরা?"

ঐনা হংলুই।

মানা খুন্নকই,

"হোয়। চিথবা য়াবা নত্তে। নঙদি করি হোৎনরিগে?"

"প্রাইভেট স্কুল পুরি।"

মিকুপ অহুমদং তুমিন লৈরুরগা ঐনা হায়,

"ইন্টরভিউগী মতমদি য়ৌবু য়ৌশিল্লক্রে। কেন্দিদেটপু য়াম্না লাক্লিনে।"

"পরমেনেন্ট পোষ্ট নত্তবনিনা য়াম্না লাক্লিনি। কেন্দিদেট অহুম খনগদবসিদা কনা-কনাবু য়াওরক্তৌরিনো? মমাংথোঙলোমদে লাকপশিংবু খনগদৌরিবরা? মনিংথোঙলোদে লাকপশিংবু খনগদৌরিবরা?"

দিরেক্তবগী কাদগী নুপা অমা থোবকই। নোটিস বোর্ডতা কেন্দিদেট তবামঙাগী লিষ্ট অমা থেংলরে।

মথক্তগী য়েংথরকপদা ঐগী মিং - অমা, অনী, অহুম, "মরি!" মরিশুবদা লৈরে।

মথং-মথং কৌশিন্দুনা ইন্টরভিউ লৌরকপনা অহুমশুবা কেন্দিদেট চঙত্রে। কেন্দিদেট অমমমনা মিনিট তরামঙাদগী কুনফাওবগী চাংদা মতম লৌখি। অহুমশুবা কেন্দিদেট থোরকপগা ঐগী মিং কৌরক্রে।

"সেরিয়েল নম্বর 'মরি' মাইবম মায়পাকসনা।"

ঐ ফুক হৌগত্তুনা ডিরেক্তরগী থোঙজিন মনাক্তা লেপ্পুরে। মনুংদা ডিরেক্তবনা ময়ায় থংদুনা দাঃ থাবল অমদি দাঃ সনজিংনা য়েৎ-ওইদা থংদুনা সোফাদা ফমদুনা লৈবম্মি।

ঐনা হায়রুই,

"ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে সার।"

মখোয় অহুম্না হায়রকই,

‘‘চণ্ডলকউ।’’

ঐ চণ্ডশিন্দুনা মখোয়গী মমাংদা লেপ্লুই। অহাংবা সোফা অমদা ফম্নবা হায়বকপদগী ঐ ফমথরে। দাঃ থাবলনা ঐগী বাইও-দাতা য়েংই।

মিকুপ খবগী মতুংদা মানা হায়বকই,

‘‘মণিপুরী লোন কবস্না চহীগী তাং কয়াদা কনষ্টিট্যুসনগী নীপালশুবা সেদ্যুলদা চনখিবগে?’’

‘ঐনা লাইরিক তন্নিঙৈদা –

এমসুগী রেলি কযাদা য়াওদুনা, প্লেকার্দ কয়া পাযদুনা মণিপুবী লোনবু নীপালশুবা সেদ্যুলদা যাওনবা হোৎনরকখি। লিতেবেচরগী লুপ কযানা, লৈঙাক্লোনগী লুপ কয়ানা মসিগী ৱাফম পুখত্তুনা সেন্ত্রেল গবমেন্টতা তকশিনখি। ইশামক খুনগী কৈথেলদা খুনগী মীওই কযাগা লোযননা নোংমগী ওইবা লোনগী মতাংদা খন্ন-নৈনবগী মীফম পাঙথোকপদা শকক যাখি। ঐনা তবাম্না ওকপগী ৱাবোল পীখি।

নোংমা ইম্ফালদা,

ইং ১৯৯২, অগষ্টকী তাং ২০ নি। মণিপুবী লোন নীপালশুবা সেদ্যুলদা চল্লে হাযদুনা পুংজাউ থীন্দুনা হবাওনখি। থাবল চোংখি।’

দাঃ থাবলগী ৱাহংগী পাউখুম অদু ঐঙোন্দা লাযনা থোকই। অদুনা খুদক্তা ঐনা পাউখুম পী,

‘‘ইং ১৯৯২, অগষ্টকী তাং ২০।’’

‘‘চুম্মে।’’

দাঃ থাবলনা অনীশুবা ৱাহং ঐঙোন্দা হংলকই,

‘‘মণিপুবী লোনবু অনীশুবা নৎত্রগা অহুমশুবা লোন অমা ওইনা তশ্লীবা তারবদি করম্বা মওংদা তশ্লীগদগে?’’

ঐগী ৱাখলদা উরি,

ঐনা উখ্রুলদা প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইবা চৎলমদাইদা বিইদকী ওজা তোম্বীমচা উনবা চৎলুই।

মানা হায়বকই,

"য়াবিমখে মণিপুরী লোনখক্তা ঙাংগদবনি। মহেরোইশিংগী মমালোন খঙলবসু তঙাইফদবা মতাংদতা ঙাংগদবনি। অয়েকপা লাইনচিংবা খুদম কয়া, সাইন কয়াগা লোয়ননা তম্বীগদবনি।"

ঐনা হংলুই,

"মহেরোইগী মমালোন্দা ৱাহন্দোক পী–পীদুনা তম্বীবদা করি কায়বগে?"

"ৱাহে খুদিংগী ৱাহন্দোক পী–পীদুনা মহেরোইশিংদা তম্বীবনা তম্বীবিবা লোন অদু খঙহনবদা খোঙজেল তপথহল্লি। মসি অচুম্বা খোঙথাং নত্তে।"

ওজা তোম্বীমচানা হায়বকপনি।

দাঃ থাবলগী ৱাহংগী পাউখুম অদু ঐনা ওজা তোম্বীমচাগী ৱাফম অদু তেনশিন্দুনা পী,

"যাবিবমখে মণিপুৰি লোনখক্তা শীজিন্নদুনা খুদম সাইন, অয়েকপা লাইনচিংবগী মতেংনা তাক্কনি।"

"ৱাহে খুদিংগী ৱাহন পীদুনা তম্বীবদি য়াদ্রা?"

"মদুনা তম্বীগদৌরিবা লোন অদু খঙহনবদা মতম চঙহনগনি।"

"ফরে। মদু যাবে। ঐগী মবিশুবা ৱাহং – অনীশুবা নৎত্রগা অহুমশুবা লোন ওইনা মণিপুরী তম্বীবা হৌবগা গ্রামারসু তম্বীবা হৌগদ্রা?"

ঐনা ওজা তোম্বীমচা উনবা চৎলুবা নুমিৎ অদুদা মহাক্না হায়খিবদু ঙসিতা ওইরবোই খল্লি।

'ঐনা হংলুই,

"করম্বা মতাংদগী গ্রামার তম্বীগদগে?"

"লোন খঙবা হৌরকপগা গ্রামারসু তপ্না–তপ্না তম্বীবা হৌবা য়ারে। লোন তম্বা হেক হৌবগা গ্রামার তম্বীবা হৌবদি লাল্লি। মদুনা লোন তল্লিবশিংদা চমম্নবা পোকহল্লি। লোনগী অচম্বা ট্রকচর খরদি খঙহনগদবনি।"

ওজা তোম্বীমচানা হায়রকপনি।’

মরিশুবা ৱাহংগী পাউখুম ঐনা খূদক্তা পী,

“লোন খরা হান্না খণ্ডহল্লবা মতুংদা গ্রামার তম্বীগনি।”

দাঃ থাবলনা য়ানীংবা উত্তুনা মকোক নোম্লগা হায়বকই,

“হোয়, চুম্মি।”

ডিবেক্তরনা মকোক নোমদুনা ৱাহং হংউ হায়না উৎলকপা খুদম ফংবদগী দাঃ সনজিৎনা ঐঙোন্দা হংলকই,

“হৌজিক ঐ জেনেবেল নোলেজগী ৱাহং খবা হংগে। অহানবদা – ‘সুনামী’ হায়বসি করি ৱাহেনো?”

‘ঐগী নাকোংদা ঙসিসু তাবি। ইং ২০০৪, ডিসেম্বরগী তাং ২৬ কী নুমিদাং পুং ০৭.৩৫ নি। ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালগী পাউ –

“. . ইন্দোনেসিয়াগী সুমাত্রানা মসিগী ইপিসেন্টরনি। রিক্টর স্কেল ৯ য়ৌনা ঈবেলনুংদগী নীকখিবা অকনবা যুহাব হাবা অদুনা খা অমদি নোংপোক এসিয়াগী ঈবেলগী ঈশিং পুদুনা চৎখি। অদুগা খণ্ডহৌদনা অমুক হল্লক্তুনা অকিবা ফংলবা অমাঙ–অতাক থোকহনখি। পুংদা কিলোমিটব ৭০ গী চাংদা য়াংনা লাকখিবা অকিবা ফংলবা চাউববা ঈথক সুনামীনা ইন্দিয়াগী খা থংবা ঈরেল মপানগী লৈকংলোমদা কিলোমিটর অহুম্রোম কাখৎলকখি। ঈরেন মপান নক্লা লৈবা য়ুম লীশিং কয়া মাঙ–তাকহনখ্রে। মী লীশিং কযা অমা শিবল্লগনি হায়না পানবি। সুনামী হায়বা ৱাহে অসি জাপানীজ ৱাহেনি। মসিগী অর্থনা অকিবা ফংলবা চাউরবা ঈথক হায়বনি . . .।”

মতম অদুদা অকিবা ফংলবা সুনামীগী শকক অমা ওইনা মণিপুবগী লৈমায় ফাওবা নীকখি।’

দাঃ সনজিৎকী অহানবা ৱাহং অদুগী পাউখুম ঐনা পী,

“জাপানীজ।”

“চুম্মে।”

পন্থৱা তৌদনা মানা মহাক্কী অনীশুবা ৱাহং হংলকই,

"মেরি কোমগী মপুংফাবা মমিং কৱিনো?"

'নুমিৎ অদো ইং ২০১২ গী কালেনগী ওলেম্পিক লোইশিল্লকপা মতমনি।

লন্দন ওলেম্পিক্তা মেরি কোম্না সেঞ্জেংগী মনা ফংলকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোক্নুনা মহাকপু মণিপুরগী মীয়াম্না তারাম্না ওক্পি। লমদম অসিগী মীয়াম্না চাউথোকচবগা লোয়ননা হৱাউ মথোই কানা মহাকপু মিৎ পেন্না য়েংলি। ৱাংলবা প্লেটফোর্ম অমগী মনিংদা চাউরবা বেনর অমদা ময়েক লানা ইরি –

"মাংতে চুংনৈজাং মেরি কোমবু তারাম্না ওকপগী থৌরম।"

মেরি কোমনা মীয়ামদা হায়,

"ঐনা বোক্সিং শান্নবা হৌরকপা মতমদা মীয়াম্না হায়নৈ – বোক্সিং হায়বসি নুপীমচাশিংগী মশান্না নত্তে। মথংদা ঐনা লুহোংলবা মতুংদা মীয়াম্না হায়নৈ – ঐগী বোক্সিং শান্নবগী থবক লোইরগনি। অদুবু ঐনা মথং মথং মায় পাক্লকপগা লোয়ননা মরিক্কশুবা ওইনা মালেমগী নুপীগী বোক্সিং থোইবগী মনা ফংদুনা মীয়ামনা হায়রিবদু অয়ানবনি হায়বসি থবক্না উৎখি। মালেমগী ওইবা থাক্তা ঐনা মঙারক মায় পাকপদা নত্তনা ঙসিদি ওলেম্পিক্তা নুপীগী অহানবা বোক্সিংদা সেঞ্জেংগী মনা ফংবা ঙম্লে।"

পেল্লবা মণিপুরগী মীয়াম্না খুবাক খুবা লোইশিল্লু হায়বা য়াখিদে।'

ঐনা দাঃ সনজিৎকী ৱাহংগী পাউখুম পী,

"মাংতে চুংনৈজাং মেরি কোম।"

"চুম্মে। ঐগী অহুমশুবা ৱাহং – ইন্দিয়াগী মমিং চৎলবা লাই খুরুমফম কেদারনাথ কবম্না ষ্টেটতা লৈবগে?"

'ঐগী পুক্লিং অতিয়াদা ঙসিসু উরি,

চহী অসিগী জুনগী তাং ১৬ অমসুং ১৭ গী লোন্নবা অহিংদনি। উত্তরাখনডদা খঙহৌদনা হৈথরকখিবা নোংনা কেদারনাথতা লাই খুরুম্না লাকখিবা

মী লীশিং কয়াগী পুন্সি খাড়ুথক্তা মাঙখি। নুং অমদি লৈঙোই য়াওনা চেঙ্খবকখিবা অকনবা ঈশিং ঈচেলনা কেদারনাথকী লাইশঙগী অকোয়বদা লৈবা পোৎয়োনফম শঙ কয়া, য়াইবেকফম কয়া চেঙ্খদুনা পুখি। কেদারনাথতা নত্তনা মন্দাকিনী তুরেলনা রামবাড়া অমদি মোনাপ্রয়াগপু মেথুগী মুথৎখি। অগসত্যগী কৈথেল তংখায় অমা ঈচেলনা চেঙ্খি। খুন ৩০০ দগী হেন্না ঈ-পাউ, লম্বী-খোং ফাওনখিদে। উত্তরাখনড গবমেন্টনা অবাবা তারবা মীয়াম্পু কননবা হেলিকোপ্টর ২০ শীজিন্নখি।'

দাঃ সনজিৎকী বাহংগী পাউখুম ঐনা পী,

"উত্তরাখনড।"

ইন্টরভিউ লোযবদুনা খোরকই।

পার্কিংদা বস অমা চৎকদৌবগী থাইদুনা লৈরম্মি। অহাঙবা সিট অমদা ফমথবগা বস থৌবা হৌবে।

ইন্টরভিউদি নুংঙাইখি।

'থবক হায়দোক্লে তাবদা পরপ-পরপ চত্তুনা যেংলুই। অনীশুবদা ঐগী মিং য়াওরম্লে। খ্বাইরম্বন্দ ইমা কৈথেলগী চাউরবা রৌ অমা লৈদুনা লাক্লে। ঐখোযগী ইমুংদা নত্তনা যুমলোম্নবসু য়াওনা য়া-যা তৌদুনা হরাওবা ফোঙদোক্লরে।'

"বাঙ্গোই কুমগদবা হৌগৎপিরো।"

কন্দত্তরনা লাউরদুনা হায়রকপনি।

ঐদি নুংঙাইরবা মঙলান অমদা লুপ্পুরেদনা। ইন্টরভিউ য়াওরুবদগী য়ুম ফাওবা য়ৌফাৎত্রি।

তাং ঃ ২১।০৯।১৩

# পুন্সি অমগী ৱারী

হাপচিনবা য়াবা পোৎ-চৈ ঐ হাপচিল্লে। ফিয়ানখোক্তা য়াল্লম্বা থাইবেম্মগী ফি-রোলশিং অসি উবদা ঐ চপ লেপ্পি। খল্লি - মসিবু পুরগা করি কান্নবনো?

চিন্না খোল্লা হায়রুই,

"থাইবেম্মা নঙ খবা হেনমল্লি। খরদা নত্তে। য়াম্না যাম-না হেনমল্লি। মদুবু হৌনবা থবল্লা?"

মাগী অবৈবা ফি-বোলশিং মপান্দা লাক্তুনা লংখোকই। অদুগা ঙাইহাক্কী মতুংদা অমুক তাশিন্দুনা মৈখেৎ চুশল্লুই। কাখৎলক্লিবা মৈবিদুদা কল্লক পেন্না য়েংলি।

মেরাগী ওটো থৌজিল্লক্কে। শুমাংদা ফি মৈ থাবদু উরগা তঙক-তঙক য়েংই।

মানা হায়রকই,

"করিনো তৌবিসিদি? ফি অফবনিহে!"

ঐ করিমত্তা খুমদে। ঐগী অশাউবা শকফম অমদি মিৎয়েং উরগা মহাক ৱা মখা তাবকখিদ্রে।

পোৎ-চৈ হাপ্পা খাউ অমগা বোরা অমগা ওটোদা হাপচিল্লে।

ওটো থৌদোরক্লে। মিকুপ খরা তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা মেরানা হংলকই,

"য়ুমদা চৎকদোইরা!?"

"খঙদে, কদাইদা চৎকদৌবনো!"

ঐগী পাউখুম অসিদা মহাক শুক্রপ্না হায়ফেৎ লৈথোক্লুনা য়েংলকই। অদুগা অমুক লৈথোকখি।

"থানিল, হয়েংদগী উরিপোক্তা য়ুম শাবা চৎপা তাবে।"

হেদ মিস্ত্রি তা-নাউবী লাক্লুনা হায়রে।

"ফরেনে। থবক তৌদনা লৈবসি ৱাখল থোক্তে।"

"লুহোংখিবদি চহী ফাদ্রি। ইচন থাইবেম্মনা থবক শুদে হায়দুনা ঙংশিল্লকপা হৌরমদৌ মাল্লিসে?"

ঐনা নোকফেৎ তোদুনা হায়,

"এ-এ! নত্তেদা। থবক শুন্না লৈবসি হৈনদবগী ৱানি।"

"অদুবু ওইরদি ফৈদা।"

মিকুপ মরিদং তুমিন্না লৈকরগা মখা তারকই,

"শেঙ্গাউ পায়বা মীনি। থবক শুবা নুংঙাইনি।"

মথংগী নুমিৎতগী থবক শুবা হৌখি।

অয়াম্বা মতমদা য়ুম্নু মাঙোলজাউ লাক্লুনা য়েংশিল্লে। করিগুম্বা নুমিত্তা লাক্তবসু য়াওই। থবক শুবা লোইশিল্লকপা মতমদা ময়ামদি খোঙ-খুৎ হাম্নবা হান্না হেক-হেক হোৎনৈ। অদুবু ঐদি চাইদুনা লৈরিবা খুৎশু খুৎলাইশিং লোইশিল্লবা মতুংদতা খোঙ-খুৎ হাম্মি। তা-নাউবীনা খ্বাইদগী যাবা মীশক্তি ঐনি। য়ুম্নুনসু ঐবু শক খঙবী।

নোংমা,

য়ুম্নু মাঙোলজাউ ইনাক্তা চঙলক্লগা হায়রকই,

"থানিল, ঐগী য়ুমসি শাবা লোইরগা কনা অমফাওবা লৈরোইদৌবি।"

"তাম্মো, হায়বীরিসিবু!?"

"ঐগী কাকেথেলগী য়ুমদু য়ুমজাউনি। মসি শাবগী থোইনা মথৌ তাবা নত্তে। অদুবু লম লৈশিল্লুববা কৌবনিনা য়ুম অমা শাজিন্দুনা থম্বা ফৈ খন্দুনা তৌবনি। নঙনা ঐগী য়ুমসি খবা শঙবীবা তারে।"

ঐনা লক্কক তৌনা হায়,

"তাম্মো, ঐ ইমুং-ম-নুং থা-দোক-তুনা লৈগদবসি নুংঙাই-গ-দবা মান্দে।"

ইমুংগী থবক খবা লৈবগা ইনাউনুপা ময়ুম-মকৈ পান্দ্রিবগা য়েংদুনা ঐ তাম্মো মাঙ্গোলজাউগী য়ুমদা লৈখিদে। মহাক্কী য়ুম শাবা লোইববা মতুং থা অমরোম লৈবগা মা নুপী অতোনবী অমা পুশিল্লক্কুনা লৈরে হায়না তাখি।

ওল্লকপা চহীদা নোংমা, -

থাইবেম্মগা ইপানগী পোৎ-চৈ লৈবা লাকপদা ইমা কৈথেলদা তাম্মো মাঙ্গোলজাউগা কোক হেক থেংনৈ। ঐনা কৌবা নংদ্রিঙেদা মানা হান্না কৌবকই,

"থানিল ! নঙদি সিদা কবি তৌরল্লিবা?"

"এ ! তাম্মো, ইচননুপীগী মচানুপী অমা ফংলে। মদুগী ইপানগী পোৎ-চৈ খবা লৈগে লাকপনি।"

থাইবেম্মদা মুন্না য়েংলুবগা মানা ঐঙোন্দা হংলকই,

"মানা কনানো?"

"ননাউনুপীনি। ইপানগী পোৎ-চৈ লৈমিন্নকসি হায়দুনা লাকমিন্নরকপনি।"

"ফৈ-ফৈ। পোৎচঙ শুনবা লৈবদা হেক্তা য়াম্বনি। মী অনী শুরগা ৱাখল থোকপনি।"

থাইবেম্মদা য়েংদবদি শাদুনা লোন্না-লোন্না য়েংলি।

মানা হায়বকই,

"নঙ থেংনবা য়াম্না ফরে। ঐ মী অমা থিবিবনি। থম্মোই শেংবা নঙগুম্বা। ঐ নঙবু য়ানিংই। ঐগী চেক্কোল অমা শেমগৎলি। মদু নঙনা শেন্নবীদবা য়াদে।"

"তাম্মোনা নুংশিবীদুনা হায়বীবনি। য়েংশি।"

মতুং হুন্নি শুবদা মানা ঐবু লৌবা লাকখি। মাগী চাউববা চেক্কোল যেংহনখি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা থাইবেম্মগা ইবানি চেক্কোলদা লৈবা হৌখি।

"থানিল, ৱাহেংবম লৈকাই য়ৌরে। কুম্মবোইদ্রো?"

মেবানা হায়বকপনি। ঐদি হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কযা নীংশিংলিঙৈদা কদাই য়ৌরবগে হায়বা ফাওবা খঙহৌদ্রে।

মিৎ লাউথোক্কুনা কোয়না হায়ফেৎ যেংলুই। মযাই লম্বীদা চৎকদবা গাডী অমত্তা লৈবমদ্রে। অদুনা মেবাগী ওটোদা হাইথবক্লে।

ঐগী ৱাখলগী ফিজংদা থাইবেম্মা উবকই।

"থাইবেম্মা নঙনা তৌবিবসিবু কবিনো? নঙনা পামদবা কবি থবক ঐনা নঙোন্দা তৌখিবা লৈবগে? নঙনা, নঙনা ঐঙোন্দা কবিগুম্বা ৱাকৎপা লৈখিববা? লৈখি। থৌদোক খবা লৈখি।।?" – ঐগী থম্মোই

"ঐখোয় ইমুংসিদা শানৈ–যুনৈবসি ঐ হৈনদে।"

নুমিদাং ফমুংদা হেক হিপথবগা থাইবেম্মনা হায়বকই।

ঐনা হায়রুই,

"নোংমা ফাদোক্কী ৱানিদা। ময়াম শানৈ–যুনৈবদি নত্তেদনা? মমান্নবা অমগা তাম্মোগা মখোয় অনীদনি।"

"মীয়েং–নায়েংনা ফজদ্রিবা।"

"কমাইনা য়েঙঙকঅগে হায়বিসিবো?"

"মীওইবগী চুম্না যেংবা মীয়েং নত্তে। যেংফম চাদবদা চাদৌ–চাদৌঙৈ য়েংই।"

ঐ খোঞ্জেলদি থোক্তনা নোকথোক্কুরগা চপ লেপ্লি। কবি হায়না খুমসিগে হায়ফম খঙদে।

মিকুপ খরা তুমিন্না লৈরুবগা হায়রুই,

"নঙনা লাই মচাদৌনা ফজবদুদা তৌরিনি। নফি–নবোলদু নীংথিনা

তাশিন খোমজিন্দুনা শেৎকদবনি।"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা তাম্মো মাংদালজাউ ঐবু কৌরদুনা ইমুংদা ফুৎ ফাওজিল্লকখি।

মানা হায়রকই,

"থানিল, নঙগী থবক অমা লৈবেহে।"

ঐ তঙক-তঙক লেপ্পুনা মঙোন্দা য়েংলি। করিনো হায়না হংবা নঙগ্রিঙে মানা মখা তারকই,

"ইলেক্ট্রিসিটিগী লাইনমেন কৌরি। নঙ য়াওহৌরো। নরাইবক লেপচহৌবো।"

লমদম অসিদা শেঙ্গাউ পায়বা মীচং লৈবা মীনা ঙমদবা করি লৈবগে? ঐ থবক খল্লকখি।

থা অমগী মতুং,

নুমিদাং চাক থোংনা-থোংনা থাইবেম্মনা হাযবকই,

"নঙগী শেঙ্গাউ পায়বা মাঙ্গোলজাউদু নঙ লৈতে খঙনা-খঙনা হুন্দক্তি ফুৎ-ফুৎ হেক্তা ফাওজিল্লকই।"

"মশাগী চেক্কোল য়েংশিনবা লাকপবু তোয়বা তোয়দবা হাযবা লৈবরা?"

য়েনশাং ওৎলম্বা খবে অদু কোম্পাক্তা খঙথা থাদবোই থম্বোই তৌদুনা হায়বকই,

"মাবু মশাগী চেক্কোল য়েংশিনবা লাক্লিবরা? ঐখোয়গী ইমুং য়েংশিনবা লাক্লিবরা?"

"নঙবু মানা চাগেদি হায়রম্লোইদা?"

"হায়রক্কদৌরিনি অসুম-অসুম হেনজিল্লক্তুনা।"

মহাক্কী মচিনবান ফৈনা-ফৈনা চিংলি। নাতোন নাকচি অনী খপ্লি। খঙলে, মহাক তশেংনা শাউরে।

ঐনা তপ্না হংলুই,

"মানা করি হায়রম্বগে?"

"করিসু হায়রমদে। ঐনা পামদ্রিবদি মাগী মীয়েংদুনি। নও লৈতে খঙলবদি ইমুংদা খোঙ থাংজিল্লক্লিঙৈ হান্না কৌবকপা যাদ্রা? মখোঙ হান্না থাংজিল্লকনি।"

ঐ তুমিন্না তারি। ঐ খঙই, থাইবেম্মনা তাম্মোবু তশেংনা হৈনদ্রে হায়বা। মানা মখা তারকই,

"য়েনখাদা ঈকজরিঙৈদা ফৎ চঙশিল্লকই। ঈকজরি খঙলবদি লৈখোক্তুনা চৎখো। মদুসু নত্তে। শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা য়েংদুনা লৈ। মতাং চাই চাদে খঙদে, মরী লৈনদবা ব্বা কয়া হুঙদুনা লৈ।"

তাম্মোগী মতৌ তন্নদুনা হায়রকই,

"নঙগী লুহোংবা চহী কয়া ফারে? নঙগা থানিলগা কদাইদা থেংনবকখিবগে?"

ঐনা হংলুই,

"য়াম্না কায়বদি নত্তেদনা?"

"কায়দে করি অমত্তা কায়দে। নুপীনা ঈকজবিঙৈ, ফনেক অচোৎপনা হকচাংদা তপ নপশিন্দুনা লৈবিঙৈদা মযা কাদুনা য়েংলবদু কবি অমত্তা কাযদে।"

মাগী নীংথিরবী চিনবাননা তনিক-তনিক্লা খাংলি। মনাতোন নাকচি অনীদু হৌজিক ফাওবা খপ্লি। মা খম থেংনা ব্বাবৌরে।

"থবক মচা অমা ফংলে হাযদুনা য়ুমদা শৎ হনখিবা যাবা মতাংসু নত্তে। অদুবু পাম্বে অমদি থিদবা য়াদ্রে।" – ঐগী থম্মোই

মতুংদদি থাইবেম্মনা ঐঙোন্দা কবি অমত্তা হায়বকখিদ্রে। তাম্মো মাঙ্গোলজাউসু কয়া চঙলকখিদ্রবা মাল্লি। হোংলক্লিবা অওনবা অদুদা ঐ পূক্লিং লৈতানা লৈবা ঙমখি।

ঙসি ! ঙসি ঐনা ওফিসতগী হল্লকপদা থাইবেম্মা ইমুংদা লৈবমদে। য়েনশাং-নাপী লৈনবা খুনগী কৈথেলদা চৎলম্বা য়াই। ঙাইহাক লৈরগা হল্লকচনি খল্লুই। অদুবু কুইশিল্লক্লবা অসিদদি চত্তুনা থিরুই। থেংনদে। ঐনা চৎখোক্লিঙৈদা হল্লকুনা লৈরম্মনি খল্লুই। মদুসু লৈবমদে। ঐ খনফম খঙদে। ইমুংদা চপ লেপ্তুনা লৈরি।

ফিয়ানখোক্তা য়াল্লিবা মাগী মফি-মরোলশিং য়েংলুই। য়ুমদা চৎপদা হেক-হেক

শেংনবা ফিশিং লৈরমদে। য়ুমদা খুদক্তা ফোন তৌদুনা হংলুই। ইমানা পায়খৎলকই।

"ইবেম্মা ! নখোয়বু চাক চানরববা?"

"ঐনি ইমা। নমৌনুপী য়ুমদা লাকপ-া?"

"ননাক্তা লৈতরনে হায়রিসিবো !?"

"ঐনা হল্লকপদা লৈবমদে। অদুনা হংলকইবনি।"

"মপামদদি হংলবরা?"

থাইবেম্মগী ইমাদা ফোন তৌদুনা হংলুই। মখোয়দসু লৈরমদে।

"থাইবেম্মা, নঙবু চেক্কোলদা লৈবা হৈনদদুনা নপামদা লোক্তুনা লৈরিবরা? অদুবু ইমানা ওইদবদি ঙাংলোই। হন্দক মরক নঙনা ঐঙোন্দা ৱাকৎপা লেপখিবদি মরম অমা লৈখিবরা? খুঙ্গংদগী ইচম চম্মা হৌরকপী নঙবু পুকচেল ওনশ্রবরনে !?" – ঐগী থম্মোই

খুদক্তা ফোন পায়খক্তুনা তাম্মো মাঙ্গোলজাউদা তৌকই। মানা ঙসি চেক্কোলদা লাকপদা থাইবেম্মবু উরম্লসু য়াই। নুপী অমনা পায়খৎলকই। ঐনা ৱাহে অমা ফাওবা হায়বা নংগ্রিঙেদা মানা খোঞ্জেল কল্লপ হংলকই,

"থানিললা?"

"করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা শাউরিবদি?" – ঐগী থম্মোই

ঐগী মিহুনগী খোঙজেল য়াংখৎলকই। অদুবু ফাথদুনা খুম্মি,

"মানি।"

"ঐ কেবীনি। শেঞ্জাউ পায়বা মাঙ্গোলজাউগী নুপী অতোপ্পী কেবী। ইবুংঙো থানিলদি মাঙ্গোলজাউনা চানবীনবা হায়দুনা নতু ফাওবা পীথোক্লবোইরে? অমসিসু নুংঙাইনা লৈরুবনিদো হায়দুনা লাক্লিনে।"

মাগী ৱা তাবদা লৱাই অসিদা খঙহৌদনা অখাক অরাউগা লোয়নননা নোংমৈ শীংজং তারকপগুম থোক্লরে।

অমম্বা অহিংদা খঙহৌদনা কুপ্লকপা নোংথাংগী মন্তালদা মা–মাদুনা থিরম্বা পোৎশক অমা খঙউ উরকপগুম ঐগী ৱাথলগী ফিজংদা খোঙলে থুনা পাইশিল্লক্লে হৌৱ্রবা থৌদোক কয়া, – ঐনা য়ুম শাবা চৎপদা মাঙ্গোলজাউগা থেংনখিবা। ইমা

কৈথেলদা থাইবেম্মবু মানা অহানবা উখিবা ! ঐবু চেক্লোল শেন্নহনখিবা ! থবক হাপ্পীদুনা ওফিসতা ঐবু থাদোকপ্পগা থাইবেম্মগা উননবা শীনখিবা !!

অদুগা থৌদোকশিং অসি খোঙলৈ থুনা অমুক মাঙখ্রে।

মতম অমদা ঐনা মাঙোলজাউবু খনখি, - য়াম্না থৌজাল হৈবা মীশক অমা ওইনা, ঈরাৎনফম ওইরবা মীশক অমা ওইনা।

ঙসি শেঙ্গাউ পায়বা মাঙোলজাউনা তম্নলাইগী শক্লোন লৈদুনা ঐগী ৱাখলগী থিজংদা চোংথোরক্লুনা লেপ্লবি। ঐবু উবগা করেম্নদুনা নোক্লি। ঐনা হংগৎনা য়েংথৎলিবমখে মহাক্লা অসুম অসুম ৱাংথৎলকই। অদুগা ঐনা অসুম অসুম নেমশিনখিদুনা মহাক্কী খোঙউপ মখাদা লৈরক্লে।

কবিনো ঐনা তৌগদবা? ঐ কবিমত্তা খঙজিল্লক্লে। ঐগী ৱাখল ঙসিদি চপ লেপখ্রে! কবিমত্তা খনবা ঙমদ্রে!

মিকুপ খবগী মতুংদা ওটোগী মখোলনা খোম্লাংগা লোয়ননা ঐগী নাপ্পদা কন্না য়ৈরক্লি।

তাং ঃ ১৯।০১।১৪

# ব্রাহম্নোক য়াওদ্রবা

"কোক – কোক ! কোক !"

থোঙ থিনবগী মখোল অসিনা ঐ পুং মাপলদা এয়ারপোর্ট চৎকদবনি হাযবা খঙনীং নীংশিংহল্লি। নোংইন ওইরমগনি খন্দুনা থোঙলোমদা য়েংলগা হাযকই,

"নোংইন, থোঙ হাংবনি চঙলকউ।"

মা চঙলক্কুনা সোফাদা ফম্লে। অদুগা হংলকই,

"তাম্মো, পুং কয়াগী ফ্লাইটনো?"

"পুং মাপলগা মিনিট তরামঙা তারকপদা ইম্ফালদা থুংলগদবনি।"

নোংইন গাড়ী চান্না হৌখ্রে। চৎকনবা পুং অমগা মখায ব্রাৎলি। অদুবু ঐদি লোইশিন্দুনা লৈরবনি।

"ব্রাখল" চেফোঙ পাবম্লদগী খঙহৌদনা চেফোঙ অসিগী চেনা খুদিংমক্তা মিবান্দাগী শক্তম চোংথোরকই। ঐগী ব্রাখলগী ফিজংদা মাগা অহানবা থেংনখিবা থৌদোক্তু উবকই।

হেক উরুবদা য়েংদুনা লৈনিংগদবী, নীংথিববী নুপী অমগা লোয়ননা জ্যোতি ঐগী নাক্তা চঙলকই। অদুগা হায়রকই,

"মোয় তাম্মো, মহাক অসি মমিং চৎলবা 'সিলচর পেপব' গী মপু

মিবান্দানি।"

নীংথিবগী মথক্তা ঈরাং পুববী মিবান্দাগী মীয়েংদা ঐ মিকুপ অহুম মবি লম্মাংনরুই।

জ্যোতিনা ঐবু মিরান্দাদা শক তাক্লদুনা মখা তাবকই,

"মহাক্না ঐগী ইপুরোইবা, 'উরে লৈকোল' গী মপু চীংলেন ৱাহেংবা।"

"খুরুমজরি।"

মিরান্দানা মখুং অনী লোন্নদুনা ঐঙোন্দা হায়বকই।

ঐসু খুৎলৈ থুনা ইন্নদুনা মিকুপ অমা ফানা কান্নহন্দনা হাযকই,

"খুরুমজরি।"

অখন্নবা উরৈশিংনা ফুগাইনা শাৎলিবা মখা থংবা নাকলদা মখোয অনী চৎখ্রে।

মমাংগী চহীদা,

'অৱাং নোংপোক্কী লৈশিং' হায়বা হীবমদা লমদম অসোমগী মখল-মথেল কয়াগী লৈশিং উৎপগী কুম্মৈ অমা গুৱাহাটিদা পাঙথোকখি। মদুদা ঐখোযগী 'উরে লৈকোল' গী মায়কৈদগী নীংথিরবা উরে মখল চাম্মা নীপাল উৎখি। কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিংগী পূক্নিং খ্বাইদগী হেন্না ঐখোয়না চিংশিনবা ওমখি।

মণিপুরদা ফংবা উবৈ মখল ক্ময়া থীজিন্দুনা ঐখোয়না য়োকখৎলি। মসিগা লোয়ননা উরে চারা কযা শন্দোক্লি। মসিদগী শেন্দোং কয়া তানবা ওন্নি। অদুগা মীওই কয়াবুসু থবক পীবা ওন্নি।

কুম্মৈ লোইদুনা হল্লক্লগা জ্যোতিনা ঐঙোন্দা তম্মি,

"ইন্দিয়াগী মপান্দগী লাকপা লমকোয়বা কয়াদি ঐখোয়গী নীংথিরবা উরৈশিংগী মনাক্তগী হন্দোকউ হায়বা য়াবজাৎ নত্তে। ফোটোবু নম্বনে, ফিল্মবু নম্বনে কনাগী ইন্নবজাৎনি।"

"ঐখোয়গী ইন্দিয়া মচাগী পূক্নিংদি চিংশিনবা ওমদ্রা?"

"করিগী ওমদনি। মোয়-তাম্মো, ঐঙোন্দা অমদি ঐখোয়গী শিন্মীশিংদা মখোয়না হংখিবসিনা-হংখিবসিনা। 'সিলচর পেপর' গী মিরান্দাদি উরৈদা

মপুং ফানা ঙাওদুনা লৈখি। মহাক্না খ্বাইদগী য়াম্না ঐখোযগী উবৈশিং লৈখি।"

ঐখোযগী উরেদা ঙাওজবা, উবে য়াম্না লৈবীবা ঙম্বা মী ফংলে খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই।

মিবান্দানা ঙসি ইমাংদা লেপ্পববদা মমাংগী যৌদোকশিং ঙসিদা থোক্লবগুম খল্লুই।

ঙসি 'উবে লৈকোল' না চহী তবেৎ শুবকপগী কুমওন যৌরমসিদা জ্যোতিনা কৌরুবদগী মিবান্দা লাক্লি। ঈশৈ-নোংমাই তৌদুনা মযাম লাংলি, হবাওবি। মযাম পুন্নমক মসিদা লুপ্লি। অদুবু ঐগী ৱাখলগী লময়াইদা মিবান্দাগী শক্তম্না নোংথাংগী শক্লোন লৌদুনা থোবক্লি। কুপফেৎ-কাফেৎ শান্নববি। নোংথাংলৈমগী শক্লোন পুববী মিবান্দাদগী ঐ লৈথোকপা ঙমদ্রি। যেংলু-যেংলুবা মাযকৈদা মহাক্তবু উবি।

"মোয-তাম্মো! নুংথিলগী চাকলেন মতম ওইবে।"

মিবান্দাগা লোযননা লাক্লুনা জ্যোতিনা চাক চানবা হাযববদগী ঐ মিবান্দাগী মণ্ডলান্দগী মিকপ থোবকখি। অদুবু মিকপ থোবকপদসু মিবান্দানা ইমাংদা লেপ্পুনা লৈবন্নি।

নুমিদাং জ্যোতিনা মিবান্দাগী মবমদা তম্মি,

"মিবান্দাসি মবননা চীংগুম্না পৈদুনা লৈবজাংনি। মচানুপাসু অমত্তনি। মহাক্কী অৱাৎপা লৈতে হাযবা যাই। অদুবু লৈ, অৱাৎপা অচৌবা অমা লৈ।"

"কবি অৱাৎপা লৈবগে?"

"মহাক্কী মপুবোইবা লৈতে। চহী অনীগী মমাংদা লম্বীগী যৌদোক অমদা মপুবোইবদু লৌখদবনি।"

"অদুদি মমা-মচাখক্তা?"

"মমা-মচাখক্তনি। মপুবোইবনা লিংখৎলম্বনি 'সলচর পেপর' অসি। মানা মখা তানা শেন্নদুনা য়াম্না ফজনা চথরি।"

"মানা হৈ-শিংলমদ্রবদি ইন্দষ্ট্রি অসি পান্নবা ঙম্নল্লোই।"

"মাগী লৈখিদ্রবা মপুরোইবা অদুনা অনীশুবনি। অহানবা অদুদি

লুহোংলবা মতুং চহী ফাদনা খায়নগ্রে।''

''কবিগীনি হায়বগে?''

''মরম হায়ববু নুপীবু মপান থোকহন্দনা ইমুংগী কুপনোমদা নমশিন্দুনা থম্বা পাম্বা নুপা ওইবগ্রেদনা!! অদুগা মিরান্দানা মতমগী য়াওন্দা য়াওদুনা ওফিসতা থবক তৌজবা পাম্বী নুপীনি। কয়াম কুইনা তিন্নবা যাগনি?''

মিবান্দাগী পুন্সিগী ৱারীগা ঐগী পুন্সিগা য়াম্না মান্ননা থোক্লি। ঐগী খুঙ্গংগী থরোনা চম্না খুঙ্গংদা পেম্থোক্লা হিংজবা পামখি। ঐনা সিটিগী পুন্সিদা লেনজনিংখি। অমবোমদা মিবান্দানা ঐগুম্না হিংবা পামখি। মসিগী ওন্ন–তৈন ংনা মাগী অহানবা মপুবোইবনা খুঙ্গংগী পুন্সিদা হিংজবা পামখি।

''ঐগী চল্লবী থবো নঙনা নচা অনীগা তান্নবা খুঙ্গং অদুদা মতৌ কংনা লৈহৌবা? মণিপুবদা থবক ফংদনা লৈবদু ঐ হৈনখিদে। অদুনা মপান্দা থবক তৌবা পামখি। নঙনদি পামখিদে। ইবোল তিন্নদবা, নাৎ তিন্নদবা মফমদা চৎপা পামখিদে। লৌ–শিং উদুনা চম্না হিংবা নঙনা পামখি। অদুবু মদু ঐনা হৈনখিদে। নোংমা যূম থাদোক্তুনা মপান্দা লাকখি। কম্পনিগী থবক তৌখি। ওল্লকপা চহীদা নঙবু লৌবা লাকখি। অদুবু নঙনা যাখিদে। শিখাঙ–খাংদুনা লৈখি। মদুদগী ইবানিগী মবী তৎনগ্রে, নৎত্র?'' – ঐগী থম্মোই

ঐনা থবক তৌবা কম্পনিদা জ্যোতিনা কম্প্যুটব ইঞ্জিনীযাব অমা ওইনা চঙলকখি। ঐগী থবক অযাম্বা মতমদা মহাক্কা তান্নদুনা তৌমিন্নবা তাখি। ঐনা থবোগা মবী তৎনদুনা লাকপদগী মাগা হেন্না নকশিন্নবকখি। থা অহুম লৈবগা মাগা লুহোংখি।

চহী তবাগী মতুং,

জ্যোতি ইবানি কম্পনি থাদোক্তুনা ইম্ফালদা হল্লকখি। চীংযা লম্কাং অসিদা 'উরৈ লৈকোল' শেমগৎখি। অহানবদা চুম্নগী লম যেংফম পোত্থাফম অমা ওইরম্মি। চহী অনীগী মতুংদা উবৈগী চারা শেমদুনা মালেমগী কৈথেলদা যানবা হৌবকখি।

''জ্যোতি! নঙ ঐনা শেমগৎচবা লৈকোল অসি ঙসিদি কযাদা ফজববা?

অদুগা মমিং কয়াদা লৈরবা? মীপুম খুদিংমক্কী মীয়েংফম ওইররে। নঙ-ঐনা মতম অমদা শাগৎচখিবা মঙলান অদো ঙসিদি মঙফাওনরে। অদুবু নঙোন্দগী ঐনা নাথেনবা হোৎনরিবা করিগীনো? নঙোন্দা ঐগী অপাম্বা, হৈনিংবা অমত্তা যাওদবগুম খল্লক্লিবা করিগীনো? মসি মিরান্দানা থোকহনবনি। নঙ-ঐগী মবী অসি নোংমদি শোয়দনা থদংশ্রগনি! মসি নঙনদি খঙগ্রি। নঙগীদমক ঐঙোন্দা মীনুংশি ফাওই। অদুবু কল্লবা লীচিং অমনা ঐবু নঙোন্দগী চিংথোক্লবা হোৎনবি।'' – ঐগী থম্মোই

হন্দক নুমিৎ খবনি অসি মিবান্দাগী ৱাখলনা তম্মলাইগী শক্লোন লৌদুনা তম্নবক্লে। যেংলু-যেংলুবা খুদিংদা মাগী শক্তমগী শক্তম ঙাক্তা চোংথোবক্লে। অহিং-নুংথিল খঙদনা ঐবু ওৎলবে।

হস্তক মবক অসি ঐ লংজিন মাঙশ্রবা লংদুমগুম ৱাখল অমা ইথোক থোক্তে। ঐনা থিবি মিবান্দাগী ফোন নম্বর অমদি চপ চাবা লৈফম। লংলা অমদি উবক্লে। জ্যোতিগী ডাইবিদা শোয়দনা যাওবমগনি।

নম্বর হেক ফংবগা ডাইঙমদনা ঐনা ফোন তৌকই। ফোন চৎপা হৌখ্রে।

''কবিনো ঐনা হাযকগদবা?'' – ঐগী থম্মোই

''হল্লো! ঐ মিবান্দানি হাযবীযু।''

''মেডাম, ঐ 'উবৈ লৈকোল' গী চীংলেননি।''

''হোয। ঐ খঙজে।''

ঐগী নম্বর মঙোন্দা লৈবম্না অদুগা ঐনা তৌবকপনি হায়বা মহাক্লা খঙবা অদুদা ঐ ঙকখি। জ্যোতিদগী লৌখিবা নৎত্রগা জ্যোতিনা পীখিবা ওইরম্না যাই। 'সিলচর পেপর' গী মরমদা খঙানিংবা শাদুনা হংলুই। মানা নোংমা কোযরক্লবা হায়বকই।

নুমিৎ নীনী লৈরগা ফোন অমুক তৌরুই। কমদৌরি হায়না হংলুবদগী হেন্না মখা তাফম লৈখিদে। মরক-মরক্তা ফোন তৌকই। করিগুম্বদা মানসু তৌবকখি।

নোংমা,

থৌনা পুম্নমক পুথোক্তুনা হংলুই,

"মেডাম মিরান্দাবু অমুক হন্না য়ুম পানগে খনবীদ্রববা?"

মিকুপ খরা তুমিন্না লৈরুরগা হায়বকই,

"খল্লি। অদুবু ৱাখল তিন্নগদবা ঐগীদমক লেপ্পীগদবা মী ফংদবগী ৱানি। মী লৈববদি সাবনা খবা হায়বীয়ু।"

মিকুপ অহুম ঐ তুমিন্না লৈ।

"ঐনা লেপ্পরবদি কবি কায়বগে?" – ঐগী থম্মোই

অদুবু ঐনা হায়কই,

"শোয়দনা লৈগনি।"

"অশেংবগীবা!?"

"অশেংবা।"

"কনানো???"

"ঐ।"

ঐ মিকুপ অহুমদং তুমিন্না লৈ। অদুগা মাসু তুমিন্না লৈখি।

ঐনা মখা তাকই,

"যাম্না কাযরববা???"

"কাযদে। অদুবু কনাগুম্বী অমত্তগা যেৎশিন্নবদি পামদে।"

মিবান্দাগা থেংনবা মতুং থা অনী ফাবক্রে। ইমুংদা মতম চানা হঞ্জিন্দবা মশিং যাম্লক্রে। জ্যোতিগা চাক চামিন্নদবা তোইশিল্লক্রে। নে-না তানা ঙাংনদবা কুইবক্রে। জ্যোতিনদি হোৎনৈ। অদুবু ঐনা থবক লৈবা শাদুনা লৈথোক্লবা হোৎনৈ। অসুম্না কযাম কুইনা লৈবা যাগনি?

নোংমা নুমিদাং,

জ্যোতিনা হংলকই,

"মোয়-তাম্মোনা হন্তক তৌবিবসি কবিনো??"

ঐ মঙোন্দা তঙক-তঙক য়েংলুই। মাগী ৱাহং অসি নোংমদি শোযদনা হংলক্কনি হাযনা ঐনসু খনখি।

করিসু খঙদবা শাদুনা ঐনা হংলুই,

"কবি তৌবগে?"

"মতম চানসু হন্জিল্লক্তে। তুম্বা চাবসু চাং নাইরক্রে। করিনো অমা তৌবে হায়বগী ঐ চিংনে।"

"মদু অশেংবনি।" – ঐগী থম্মোই

কবি অমত্তা তৌদবা শাদুনা ঐনা হায,

"মতাং–মতাংনা যাদদুনা তৌবনি। কবিসু তৌদ্দো।"

অদুবু জ্যোতিনা থাজবা ওমদে।

মতুং নীনী শুবল্নি। জ্যোতি তহ্না–তহ্না ঐগী নাক্তা চঙলকখি। ঐগী মোবাইল মিংমাংমক্তদা থাংজিল্লক্তুনা মীনা ইদুনা থাবকপা পাউ অমা যেংহল্লি। মোবাইলদু মিং ময়া নকমনবদগী ঐনা খুৎনা খজিক্তুং ইথোক্তুনা যেংই।

মদুদা ইরি – 'ঙবাংদি–ইপাউগা–হংবীরক্তে???'

মিৱান্দানা থাবকপনি। নোম্বুনা ফম্লম্বদগী খঙনোন নোনখৎলি। মিশুন অসিসু কন্না হুনগৎলকই।

জ্যোতিনা হায়বকই

"হুবানবা ফাবে। নম্বব অসি কনাগীনো হায়বগী মিং থোক্লক্ত্রবসু ঐ খঙিঙ। মাসু য়াম্না তৌবা ঙম্মি?"

ঐ খুমফম খঙদে। মাগা মিচান্নবা ওমদে। অদুবু মিকুপ খবদনি। থোক্লনি খনবা থৌদোক থোকচিল্লকপা অসিদা থৌনা অমদি লাকই। মা ঐগা মায়োক্লবা মোফাদা ঙেক ফমথবকই।

মানা হায়বকই,

"ঐ খংই, লম্বী অসি ফনা য়াম্না চঙশিল্লে হায়বা। মসিদা ঐনা শম্বল ওইনা লেপ্পসু পামদে। লেপ্লবসু নঙনা থোকপা লাম্থোকখিনি। নঙ তশেংনা হায়যু। নঙগী অপাম্বা কবিনো?"

মা নাতোন নাকচি অনীদু ফন্দোক্লদুনা নুংশা ফী–ফী হোল্লি। মমিৎ অনীদুনা ঐঙোন্দা খানা য়েংলকই। অদুবু মা লৌশিং মাঙদ্রি।

ঐনা খুম্মি,

"ঐ মিরান্দাগা লৈমিন্নবা পাম্মি। চুম্না অপাম্বা অমগীদমক মরী লৈনবা

নত্তে। পুন্সি খোঙলোই অমা ওইনা লৈমিন্নবনি।''

''ঐ লৈনা-লৈনা নঙনা মাবু লৌবদা লৈবাক অসিগী ৱাযেল কাঙলোন্না মাবু মশক খঙলোই। অদুবু নঙনা মাগা লৈমিন্নবদি য়াই। ৱাহন্থোক যাওদ্রবা কাঙলোন অসিবু কোনশিন্দুনা ঐ লৈবা পামদে। হযেংমক ৱা লোইখোল্লগনি।''

তশেংনমক নুমিত্তুগী নোংঙানবদা জ্যোতিগা ঐগা মবী তৎনখি। মা-ঐগী পুন্সি ঈচেল তোঙান-তোঙানখি।

জ্যোতিনা ইনাক্তগী চৎখিবা থা অমা হেল্লক্লে।

''তাম্মো, থোক্লবা তৌবসিরা?''

নোংইননা হাযরকপনি। পুং য়েংলুবদা মাপন তাদৌবল্লে।

''থোক্লসি নোংইন।''

''কনা লাক্কদবা লৈবগে?''

''য়ূম অসিগী য়ূম্বুরেম্বী।''

''ইতেমা-ইবেম্মা, জ্যোতি?''

ঐনা ওক হায়বদুনা হায,

''নত্তে। 'সিলচব পেপব' গী মপু মিরান্দা। ওসি মাগা কোর্ট মেবিয়েজ তৌগদৌবিবনি।''

তাং ঃ ২৩।০১।১৪

# থিংজিনখ্রবা থোঙ

চে উপু অমা মবেংজুমদা থাঙ্গৎলদুনা চালাম্বা চাকশঙ তম্না চুমদ্রিং চঙলকই। চাকশঙ হেক যৌবগা মখাদা থাংথবদুনা মতৌলৈবীদা হাযবকই,

"মমৌ ইবেম্মবু পোৎযোনফমদগী হঞ্জিল্লকপা কয়াম কুইবীরগে?"

"মমাক ইবুংঙো, ফনা কুইজবে।"

"সনা খুৎনা থোংবীবিবা যেনশাংদুবু কবিনো?"

"মমাক ইবুংঙোনা পামজবা সোইবুমগা ঙাক্রাগনি।"

"ব্রা! তাবদা তিনবু চুঙিঙহে।"

চালাম্বা তিন যোৎলি। অদুগা মতৌলৈবীদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। মদু উবগা মতৌলৈবীনা নোকমি–নোকমি তৌবদুনা হংলকই,

"কবিনো অমুক্তা উদ্রিদৌনা য়েঙিঙসিবো??"

নোকফেৎ তৌবদুনা চালাম্বনা হাযরকই,

"সুম য়েংদুনা লৈনিংবা। যাববদি ঐগী থম্মোই কৈশুমশঙদা কনাসু খঙহন উহন্দনা ফাজিন্দুনা থমনিংলকই।"

"অপাম্বতা তৌবীযু। মমাক ইবুংঙোদা পুম্নমক কৎচরবনে।"

চালাম্বা চে উপু অদু যাল্লদুনা মাগী কাদা চঙলকই। অদুগা ফি হোংদোক্লুনা ফল্লি। ফক্লাংদা থেৎলিবা মতৌলৈবীগী লৈশারিঙৈগী ফোটো অমদা মুন্না য়েংদুনা লৈরি।

মাগী ব্রাখলগী ফম্বাক্তা মতৌলৈবীনা সনাবুল পায়দুনা খুনগী পুখ্রিদা

ঈশিং শোকপা লাক্লি। মতৌলৈবীগী নীংথিরবী মায়থোঙনা চালাম্ববু শুমদুনা পুরি। মিকুপ খরা মতৌলৈবী নত্তনা পাক চাউরবা তাইবংপান অসিদা কবিগুম্বা অমত্তা উবা ফংলমদে'

মতৌলৈবী য় ত্রবা মহাক্কী তাইবংদি থাবল থোক্ত্রবা অমম্বা অহিংনি। লাইজ লৈত্রবা অরেম্বা লৈকংলানি। মতৌলৈবীনা মাগী নীংজবনি, অপাম্বনি। মতৌলৈবীনা মাগী তাইবংনি, পুন্সিনি।

চালাম্বগী মমা-মপানা মচাবু মতীক চাবা মী অমা ওইববা মতমদা ময়ুম-মকৈ পালহনবা পামখি। অদুবু লমজাউ খোন্না চাকশিল্লকপা চীংদা চাকপা লাম্মেগী মশক লৌরবা চালাম্বগী অপাম্ববু থিংবা ঙমখিদে। মশাগী অনীংবা, অপাম্বা থুংনবা হোৎনবদা চালাম্বনা মমা-মপাবু মীবাইবগুম থোকখি। পূম্নমক অসি মতৌলৈবী মশুংলাংগীনি।

''মোয়-পাবুং ! চাক লোইবে।''

মতৌলৈবীনা মনাক্তা চঙলক্লুনা চাক্কী পাউ তাক্লবা অদুদা চালাম্বগী ৱাখল মঙলান অদু কাযবকই।

মানা হাযরকই,

''হা ! লোইববা !? ঐদি ৱাখল অমদা লুপ্লুবে।''

চালাম্বা ফম্লম্বদগী হৌগৎলকই।

মতৌলৈবীনা মঙোন্দা হংলকই,

''কনাগী ৱাখলদনো লুপ্পীরিবো?''

''নঙগী ৱাখলদা।''

অসি হায়দুনা মতৌলৈবীবু কোনশিনগে তৌই। মতৌলৈবী লৈথোক্লুনা চাকশঙলোমদা পরপ-পরপ চৎখিরম্মি।

চালাম্বনা মতৌলৈবীগী মিংদা 'মতৌলৈবী জেরোক্স' কৌবা দুকান অমা হাংলি। মসিদা লাইরিক লাইশু, চে-চাংনচিংবা নম্বগী খুদোংচাবা ফংবতা নত্তনা মহৈবোইশিংগী চে-কলমনচিংবা কয়াসু ফংই। মতম অয়াম্বদা মী ৱাৎতে। থংনবা দুকান ফম্বশিংনা কল্লক্রে। অয়াম্বা মীওইশিংদি চুম্না কল্লকচবনি। অদুবু হেক থংনবদা লৈবী লৈরেনদি চালাম্বগীদা মী খরা য়াম্না হেক তিনবা উবদা

খাঙবা ঙমদে। মখোইদৌ থিৎলি। মতৌলৈবীনা দুকান্দা লৈবা মতমদনা খবগা হেল্লি। কবিগুৰুদা মচিন্দা মুকম–মুকম শোন্দুনা ঙাংই,

"মতু অসি মশক ফজে। অদুনা মী য়াম্না চঙলক্রবনি হায়দুনা হেক থাদোক্লদনা।"

মতৌলৈবীদা মুন্না যেংলগা মখা অমুক তাবকই,

"মসিসু পাখং মচাশিং ফাকবনিকো হায়দুনা হেক থোক্লকই।"

মতম চাবা–চাদবা হায়বা থিদনা মতৌলৈবীগী দুকান মমাংদা মী খবা য়াম্না হেক তিনবা উবদা শুমজিৎ পাযদুনা হেক্তো থোবকই। অদুগা ৱাই শিংপা হৌবকই। শুমজিৎ অদু কন্না হাই–হাইদুনা শিংলি। অদুগা উফুলশিং অদু মতৌলৈবীগী নাকল্লোমদা শিংচিল্লি। ফত্ত–হৌদিশিং অদু মতৌলৈবীগী দুকানগা তাইনবদা পৈশিন্দুনা থম্মি।

নোংমা,

নুংশা নেমথবকপা মতমনি। তাইবং মহৈকোলগী মহৈবোই মাযপাক অমদি লাবা মতৌলৈবীগী জেবোক্স তৌফমদা লাকই। মায়পাক্কী মখুত্তা চেবং খাউ অমা পাযবি। মনুংদা চেগী উপু অমা যাওবি। মখোয অনী দুকান মমাং লৈবেনগী নাকল্লোম থংবদা থাবিবা ফানশাং অমদা ফমদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈবগা মহৈকোল অসিগী মহৈবোই লেশ্বী লাক্লুনা মতৌলৈবীগী দুকান্দগী নমথোক্লবা চেনাশিং অমদি লাইরিক লৌবি। মহৈবোই অনী অমসু পোৎ লৈবা চঙলক্লি।

লেশ্বীনা মমায লৈথোবক্লুনা খোঙকাপ অহুম–মরি থাংবা হৌবকপগা মাযপাক্লা খাউ মনুংদগী অঙাংবা মচুগী অবংবা চেবংচেনা যোমশিল্লবা চেগী উপু অদু পী। অদুবু মানা লৌ হায়বা যাদে। মায়পাক্লা নমদুনা পীশিল্লগা খোঙলে থুনা লাবগা চৎখ্রে। লেশ্বীসু উপু অদু ফানশাং মথক্তা থন্নলগা চৎখ্রে। থোক্লিবা থৌদোক অসি মতৌলৈবীদি খঙদে। অদুবু লৈবেনদি খঙিঙ।

চালাম্বা লাক্লুনা মহুৎ শিল্লবদগী মতৌলৈবী যুমদা চঙখ্রে। দুকান্দগী পোৎ লৈবা মী অমা অনীসু লাকপা মতমনি। তাল্লক অসিদা লৈরেননা চেগী উপু অদুদা চে মচেৎ অমা নপশিল্লন্নগা চঙখ্রে।

দুকান মী হাংলকপা তাঙ্গাদা চালাম্বনা ফানশাং মথক্তা লৈরিবা নীংথিনা

যোমশিল্লবা চেগী উপু অদু উরকই। মনাক্তা চঙদুনা থাংগৎলগা ওন-ওন্দুনা যেংলুই। চেগী উপু অদুগী নাকল অমদা চে মচেৎ অমদা পরেং অনী থোক্রা ৱাহৈ খবা ইবা থেংনৈ। মদু হেক উবদা চালাম্বনা থাজদবগা লোয়ননা অমুক্কা হন্না মুন্না যেংদুনা পারুই। চে মচেৎ অদুদা মযেক শেংনা অহানবা পরেংদা ইরি – 'মতৌলৈবীগী মফমদা খুদোন তমজবা।' অদুগা পরেং অদুগী লোইশিল্লকপগী মখাদা অনীশুবা পরেংদা ইরি '–নোংদ্রেন।' চেগী উপু অদু মথক মখা ওন্দুনা যেংলুববা মতুংদা মী কোইকক–কোইকক য়েংদুনা দুকান মনুংদা পুশিল্লকই। চেগী উপু অদু য়োমশিল্লিবা অঙাংবা মচুগী চেরংচে অদু মখুৎ অনী চঙনা শেগাইদুনা লংথোকই। অদুগা চেগী উপু অদু শেগাইদুনা হাংদোক্লবদা নুপীগী নীংথিববা শউনগী খুনিং ৱাংবী থোঙউপ অমা য়াওরম্লে। থোঙউপ অদু থাংগৎলগা মুন্না চাগদৌবগুম য়েংলি।

''মতৌলৈবী ! নঙদি কানাগুম্বা অমগা মবী লৈনববা !? নঙ ! নঙনা তৌবিবসি ঐ যানিংদে। নঙবু ঐনা য়াবা ঙম্লোই।'' – চালাম্বগী থম্মোই

থোঙউপ অদু দুকান মনুংদা লাক্লুনা লংথোকই অদুগা চপ লেপ্লুনা থোঙউপ অদুদা যেংদুনা লৈবি। থংনবা মিকুপ্তা থোঙউপ অদু চেগী উপু অদুদা হাপচিন্দুনা উপু অদু য়োম্লকপা চেবংচে অদুগা লোয়ননা খাউ অমদা হাপচিল্লে। অদুগা দুকান লোনশিল্লম্লগা খাউ অদু পায়বগা য়ূমদা চঙলক্লে।

চালাম্বনা ইমুংদা হেক চঙলকপগা মতৌলৈবীগা লমযাইদা ওক্লরে। চালাম্বনা থাজদনা দুকান্দগী হল্লকপা অদুদা মতৌলৈবীনা মঙোন্দা তঙক– তঙক য়েংদুনা লৈ। অদুবু হেন্না ঙক্লিবদি চালাম্বগী ঙাংলবা মমিৎ অদুনা মঙোন্দা খানা য়েংলকপা অদুনি।

মতৌলৈবীনা মাবু হেক উবগা হায়রকই,

''এ ! মোয়–পাবুং, থুনা হল্লক্লদি কৈদৌরে !?''

চালাম্বা করিমত্তা খুমদে। খাউ মনুংদগী থোঙউপ য়াওবা উপু অমদি মদু য়োম্লকপা চেরংচে অদু পরপ–পবপ লৌথোরকই। উপু মনুংদগী থোঙউপ অদু লৌথোক্লুনা উৎলকই।

অদুগা হায়রকই,

"সে ! নঙগী খোঙউপ !"

চালাম্বনা খোঙউপ অদু মাগীদমক্তা লৈবীবক্তুনা হরাউ–হরাউনা পীরকপা ওইহবন্নবদি মতৌলৈবীসু হরাওনা লৌরমগ বনি। অদুবু মানা য়াম্না শাউনা পীবকপা অদুদা মদু লৌরগা ঙকচান্ননা মদুদা য়েংদুনা লৈরি। অদুগা অমুক চালাম্বদা য়েংলুই।

"ঐনা খোঙউপ লৈবিরকউসু হায়খিদে। অদুগা নঙনা অদুক য়াম্না শাউবিবগী মরম্না করিনো?" – মতৌলৈবীগী থম্মোই

মতৌলৈবীনা হায়রকই,

"করিনো মোয়–পাবুংনা ঙসি মফম মবাং খঙদনা অদুক য়াম্না শাউদুনা তৌরিসিবো !?"

অঙাংবা মচুগী অরুংবা চেরংচে অদুদা নপ্পিবা চে মচেৎ অদু উৎলদুনা চালাম্বনা হায়বকই,

"সে ! নঙগী অরোনবা নুপা নোংদ্রেননা থারকপা ! মসিদা ইরিবসি য়েঙভু !!"

চে মচেৎ অদুদা ইরিবা 'মতৌলৈবীগী মফমদা খ ... অমজবা – নোংদ্রেন' হায়বদু উরগা মতৌলৈবীদি ঙকপনা থল্লে। মতম অসিতদা চালাম্বনা শাউবগী মরম খঙলকই।

খোঙউপ অদু মতৌলৈবীনা লাক্লুনা লংখোবকই।

"মোয় পাবুংনা মসিবু কদাইদগী পুরকইবনো? মসি কনানা কনাদা পীবনো ঐ খঙদে। মোয় পাবুংনা খল্লিবদু লাল্লি।"

মতৌলৈবীনা হায়রকপনি।

মমিৎ ঈ কারবা চালাম্বনা খুন্নকই,

"মসিদা ময়েক শেংনা ইরিবা অসি ফাওবদা খঙদ্রবা?? নমিৎ অদুদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাকউ হায়রিবরা?"

মতৌলৈবী খোঞ্জেল কনখৎলদুনা হায়রকই,

"ঐ খঙদে। ঐগী অরোনবা কনামক্তা লৈতে।"

"অদুদি মসি ঐখোয়গী পোৎয়োনফম মমাংগী ফানশাং মথক্তা কনানা থম্লিবা? হুরানবা মীনবু হুরাল্লি হায়গদরা?"

মতৌলৈবীগী মিৎলুদগী পিরাং লেপ্তনা শিম্বুরকই। অদুগা হায়রকই,

"মোয় পাবুংনা ঐবু থাজবীদ্রিবা করিগীনো? মোয় পাবুংগা শকখঙনৈদ্রেগী ঐনা কবি অকায়বা তৌগ্নবগে?"

চালাম্বনা মমাংদা তারিবা খোঙউপ উপু অদু মখোঙনা কাউরদুনা হায়রকই,

"অদুগা মসিনা কদাইদগী লাক্লিবা? মরম অমদি লৈফম থোকই। নঙনা অরোনবা নুপা অমা থম্বদগী মসি লাকপা নত্তনা কদাইদগী লাক্কনি?"

"চুম্মি। থৌদোক খুদিংমক্কী মবম অমমমদি লৈফম থোকই। অদুবু মিং মান্নবা ঙাক্তনা শকসু মান্নগনি হায়বগী করি ৱায়েল লৈবগে?"

"অদুবু ঐখোযগী ফানশাং-মক্তদা মসিবু কৱম্না লৈবল্লিবনো?"

"ঐ তশেংনা খঙদবনি। নঙ নত্তনা ঐগী কনাসু লৈতে। ঐবু থাজবীয়ু।"

চালাম্বনা মতৌলৈবীগী লমচৎতা চিংনবা অমত্তা লৈখিদে। মাবু চেৎনা থাজদুনা লাকখি। অদুবু ঙসি ইখঙ-খঙহৌদনা লৈবম্বা খোঙউপ অসিনা চালাম্ববু চিংনহল্লি। অমবোমদা মতৌলৈবীগী চমজববী মতৌ, মাগী লেপ্তনা শিন্থবক্লিবা পিবাং উকবগা মাবু তশেংনা লানজদবীমক্তা ওইবিদ্রা হায়না খল্লি।

পিবাংনা চোৎলবী মাবু উবগা চালাম্বনা চঙশিল্লক্তুনা চেৎনা কোনশিল্লি। মতৌলৈবীনসু মাবু চেৎনা কোল্লি। অদুগা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই।

চালাম্বনা কৌবকই,

"মতৌলৈবী।"

"মোয-পাবুং।"

"নঙ-ঐনা পাখং-লৈশা ওইরিঙৈগী মতমদু নুংশিদবা?"

"নুংশি।"

"কনাগুম্বা অমত্তং নঙগী ননাক নক্লা লেপ্লা উবদা ঐনা কয়াদা ৱাখিবা! থম্মোই অসিনা কয়াদা মীপাইখিবা! ঐনা কয়াদা ৱানা থম্মোই অসি ফাথখিবা!"

"ঐসু ৱাখি। নঙবু শুম্ফৎহৈবী কনানা ফাখিগদগে খনবদা মীপাইজখি।"

মিকুপ মরি-মঙা তুমিন্না লৈরুরগা চালাম্বনা হায়বকই,

"নঙবু কোম্লোং ৱাংমা ফাওবা লালহন্নীংখিদে। নঙবু কনাগুম্বনা উখিনি হাযনা পাখৎচখি। কবম্বা মতমদা নঙবু ঐগী ওইবা ফঙগদগে খনবনা ঐগী লাইনীং ওইখি।"

"নঙগী নফমদা ঐগী থৱাই হকচাং অনীমক কৎখি। ঐগীনি হায়বা

ইফমদা করি অমত্তা লৈখিদে।''

চালাম্বনা মতৌলৈবীবু অমুক ... ন্না চেৎনা কোনশিল্লি। কনাগুম্বনা মতৌলৈবীবু মঙোন্দগী মুন্দুনা পুখিগদবগুম ...ল্লি। মতৌলৈবীবু মীগী ওইব্রগনি খল্লুবদা কল্লক মীহৌবগী মৈরীনা হেনমনখিদুনা চেৎনা কোনশিনবগী মথক্তা হেন্না-হেন্না চেৎনা লাকশিল্লক্লে।

''ঙসি খুদক অসিমক্তদা নঙগী হকচাং অমদি থবাই তোখায়-তোখায় তাব্রসনু।'' – চালাম্বগী থম্মোই

থংনবা মিকুপ্তা মখুৎ অদু কোমথোক্লদুনা হায়রকই,

''অদুবু মতৌলৈবী ! ঙসি থোক্লিবা থৌদোক অসিবু করিনো?''

মতৌলৈবীনা খুন্নকই,

''মোয়-পাবুং, ঐ তশেংনা খঙদবনি। ঐগী অবোনবা থবক অমত্তা লৈতে।''

''নঙবু ঐখক্তগী নত্তবা?''

''মানি। ঐগী থবাই, হকচাং অনীমক নং... ...গানি।''

''ঙসি ঐগী থম্মোই অসিনা খাঙবা ঙল্লক্লিবা অসিনা করিগীনো? নঙ লান্দে হায়বগী খুদম পীয়ু।''

''ঐবু থাজবীয়ু। ঐদি ইবাল লৈতবীনি। ঙসিগী থৌদোক অসিগী মরমদা ঐ করি অমত্তা খঙদে। কনানা ঐবু কবি খনবা ঐ খঙদে।''

চালাম্বনা মতৌলৈবীবু কোনশিল্লম্বদগী থাদোবকই। অদুগা মতৌলৈবীদা মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই,

''নঙগী পাউখুম অদু ঐ পেন্দে। মদুনা নঙবু কল্লকচবা নুংশিজবগী মৈরীনা চাকথেক্লবা ঐগী থম্মোই অসে ঈংহনবা ঙমদে। নঙ ঐগী ওইরম্মি। অদুবু ঙসিদি ওইদ্রে।''

''মোয়-পাবুং।''

ঈচেল লেপ্লিং-লেপ্লিং তৌকববা মতৌলৈবীগী মিৎলুগী পিরাং মনীং তম্না চেম্বরকই।

চালাম্বনা মখা হায়রকই,

"নঙ চৎখ্রো। ঐঙোন্দগী লাপ্পা চৎখ্রো।"

অসি হায়দুনা মতৌলৈবীবু খঙইন ইখ্রোরকই। অদুগা মখা তাবকই,

"নঙগী লমচৎ অসি য়েংলগা ঐ লৈবা ঙম্লোই। ঐ খাঙদুনা লৈবা ঙম্লোই। নঙ চৎখ্রো। লাপ্পা চৎখ্রো।"

মতৌলৈবী খোঞ্জেল খোক্লা তেংখাবকই। অদুগা হায়রকই,

"ঐগী ইবাল কবিনো? ঐ লান্দে হাযবগী খুদম পীবা ঙমদবা অসিখক্তনা ঐগী ইরাল ওইহনবা য়াবরা? নঙ, নশাগী নুপী ফাওবা খাঙবা ঙম্লদ্রা করিগীনো? নঙ–ঐবু ঙবাংখক্তা খেংনদুনা নঙ শাগমিন্নবকপনি।"

মাগী বাহংগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা চাঙ্গাম্বনা মাগী খুদাং পাম্বদুনা মপান্দা লাক্লুনা চিংখোক্লম্মি। অদুগা ইমুংদা শৎ চঙশিনখিদুনা খোঙ অদু 'ঘম' লাউনা থিংজিনখি।

তাং ঃ ০৯ ০২।১০

# লমদম অসিনা চপ লেপ্পুনা লৈখিবা

"ঙসিসু শম ককফম থোঙ লোম্দুনা লৈবম্মি।"

ইচানুপা মণ্ডলেমনা কৈথেলদগী হল্লক্নুনা তম্মি।

ঐনা হংলুই,

"নুমিৎ কয়ানিগীনি হাযগেনে মখোযগী থবক লেপ্পা খোঙজঙ অসিবো?"

"যানবা অমা পুবক্ত্রিবা ফাওবদি তৌখিদৌবি। মখোযশিং অসি লৈহন্দ্রগা ফগদবনি।"

"মদু যাবোই মখোযসু লৈবাক অসিগী মীনি।"

খোঞ্জেল অদু খবা কনখৎলদুনা মানা হাযবকই,

"মখোয়না শম অককমন হেনগৎনিংলগা হেনগৎ, তানিংলগা তা তৌদুনা শান্নবি। মখোযনা হেন্না চাউবক্নে।"

"থবক শুবা মীনা খুৎশুমন যাম্না লৌনিংবা, পোৎ যোনবা মীনা মমন হেন্না লৌনিংবা মশানা তাবনি। পোৎ-চৈগী মমন্না সোবাবেন যৌবক্লবা মতমসিদবো খুৎশুমনসু মশানা হেনগৎলকপা তাবনি।"

"অদুবু মখোয়গী অপাম্বা ফংদ্রে হায়দুনা থবক খণ্ডলেপ লেপখিবসিদি হেনমল্লি। লৈবাকমচাশিংনা থেংনবিবা অৱাবা অসিগীসু খন্থগদবনি।"

"থবক শুহল্লগা খুৎশুমন পীক্লা পীগে হায়বা য়াবা হৌনদেনে ইবুংঙো। পোৎ-চৈগী মমন হেনগৎলকপগী খুৎশুমনসু হেনগৎলকপনিনে।"

"অদুবু মখোয়না হেনগৎলকপা অসিদি মরম চাদে।"

"মতমনা পুরকপনি। লৈবাক খ্বাইনা হেনগৎলকপনি। মমাংঙৈদা ফৌ শংবাইদা লুপা অনীদা পীরম্মি হায়দুনা হৌজিকপু কদাইদগী লৈবা ফংগদগে? কনানা মমন হেনগৎলকপনা চুম্বা, অদুগা কনানা মমন হেনগৎলকপনা লানবা হায়বা অমা লৈতে। লমদমসিগী লৈবাকমচাশিংদি কৈদৌদুনা লৈবগে? তাঞ্জা অসিদা চোংথোরকউদনা। থবক শুনিংদবা কতনজাউশিং।"

মণ্ডলেমনা খুদক্তা য়ানিংদবা উৎলদুনা হায়বকই,

"অসিগুম্বা থবকসি তৌবগা মীনা করি হায়নখিনি? ইশাগী ইকায়খুম্নবসু যেংদবা যাদবনি।"

ফৎ লৈথোক্লুনা মা ইনাক্তগী চৎখ্রে।

কৈথেলদগী মী নেকপা চৎলুবা মনাওনুপা লৈচিল হঞ্জিল্লকই। অদুবু কনাসু লোযনরক্তে।

লৈচিলনা হায়বকই,

"মীগা অমত্তা ফংদে।"

"ঐনা চৎলমদাইদা হায়খিবদুনি। খুৎশুমন হেনগৎপগী ঈহৌদা পূম্নমশ যাওবল্লনি।"

মিকুপ অহুমদং লেপ্লুবগা ঐনা মখা তারুই,

"থবক্কী কৈথেলদা থবক শুবা মী অমত্তা ফংদ্রবা?"

"মীনা কৃক কৃক ইন্নখ্রবা ' ফক্কী কৈথেল অদু ঙসিদি থবক শুবা মীদি লাইবদনা তুমিৎ ফাওবা পাইবমদ্রে।"

"লমদম অসিগী লৈবাকমচাশিংগী মরক্তা লমদমসিগী ফত্ত-হৌদি শেংদোকপা ঙম্বা থৌনা ফবা, তন্দবা মীশক অমা ফাওবা ফংলরোইদ্রা?"

ঐগী ৱাসি তারগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলদুনা ইচা লৈচিলনা হায়রকই,

"অমোৎপা শেংদোকপগা থৌনা ফবা, তন্দবগা মরী করিসু লৈনদে।"

"মরী য়াম্না লৈনৈ। থবক চিলহাউ থিদবা, নোম্বা কনবা মীদি অতনবা লৈতে। মঙোন্দা থবক তৌবগী অকিবসু লৈতে। মসি থৌনা ফবনিনে, থৌনা ফবা।"

লৈচিলনা নোক্লিংদনা নোক্লদুনা হায়রকই,

"ফত্ত-হৌদিনা ফুনজিল্লবা খোঙবান অসি শেংদোকপবু থৌনা ফবা!?"

"অচৌবা লৈবম্নগী মচাসু লৈবম্ননি। অৱাংবা লৈরম্নগী অনেম্নসু লৈরম্ননি। অদুবু পুম্নমক অসি খেন্নবা লৈতে। চপ মান্নে। থবক খুদিংমক পুন্সিদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা ঙাক্তনি। পুং কুনমবিগী মনুংদা ঐখোয়না শীজিন্নবিবা, মথৌ তাবিবা পোৎ খুদিংমক নঙ ঐনা লোয়না পুখোকপা ঙম্বা নত্তে। মানা মানা ঙম্বা থবক তৌনদুনা পোৎশিং অসি পুখোক্লিবনি।"

ঐগী ৱা লোয়না তাবমদনা লৈচিলসু চৎখ্রে।

"মসিনি লমদম অসিগী লৈবাকমচাশিংগী মশাদা চেল্লিবা নুংশিৎ! নীংথিনা ৱা অমত্তা তান্নবা যাদবা!" – ঐগী থম্মোই

"ঙসিদি পোৎ খবদং যোন্নবা হোৎনবদা কয়াদি ৱাবে। ইংখোল কোয়বগী মহুৎ ফাওবা হনজিল্লোইদৌবি।"

লৈচিল মমানা কৈথেল কাকবদগী হন্দিল্লক্তুনা হায়ববনি।

ঐনা হংলুই,

"নঙনা কবি অমুক তৌবকঅবা?"

"পোৎ হোনবীনবা মী ময়াম অমা লৈবদো ঙসিদি অমত্তা হেক উদে। শু-নোমজবগা ফংলকপা হুম্মাংমন্না হিংজবিবা পোৎ হোনবশিংদো থিংবীববনিনা কনাসু থোবক্ত্রে।"

"মখোয়দি কনানা থিংবীরিবা?"

"ও! মীতোপ চঙলকপা থিংবা কাঙবুনা। নচা যাইমা ফাইবেলসু যাওরিবনি। বস পার্কিংদগী পোৎ য়োনফম ফাওবদং চৎপদা লমদমসিগী বিক্সা য়ৌবশিংনা লুপা য়াংখে লৌথোকখ্রে। লুপা কুনদ° পীবগা থাংহনবা য়াবা মখোযবুনা থিংবিবে। বিক্সা চঙবা য়াদবা পোৎফম ফাওবদং য়ৌশিনবীবম্নবা হায়কবদা লুপা কুন হাপ্পু হেক্তা হায়।"

"উম, লৈবাক অসি নুংঙাইদৌরি!"

লৈচিল মমানা খোন কনখৎলদুনা হায়রকই,

"শুবা-নোম্না তন্দবা মখোয়বু থবক তৌবা থিংবিরগা করি কান্নেয়েগে?

নোংমগী লুপা য়াংখে-চাম্মদং ৱানা তানজবা পোৎয়োনবী মমা-মন্দোনশিংবু ৱাহল্লগা কবি তোংজেয়েগে?"

"অচৌবা পারা অমদি তন্নীবেদনা?"

"মদুবু নচাশিং অসিনা খণ্ডিওদরা?"

কৈথেল কারুবগী খাউ ময়োম অদু পায়বদুনা লৈচিল মমানা ঙাংনা-ঙাংনা ইমুংদা চঙখি।

নুমিদাং চাক চানববা মতুং মাঙ্গোল ডারীদা ফমদুনা ময়াম হকচিক লাংলি। ঐনা ইচা ফাইবেলদা হায়রুই,

"ফাইরেল নখোয়না তৌরিবসিবু করিনোনেহে?"

ফাইবেলনা খুল্লকই,

"লমদম অসি অতোপ্পা ষ্টেটতগী লেপ্তুনা চঙলকপা মীনা ৱাই চাইবে। হৌজিক মখোযগী অপাম্বদা তৌবা হৌবক্তে। খবা লৈবগদি ঐখোয় হিংবদা ৱারকদৌবিবনি। অদুনা মাগী মাগী লৈফমদা হলহনখিনবা তৌবিবনি।"

"মখোয অসিবু কনানা কৌশিল্লকপনো? লমদমসিদা লৈবা নখোয় ঐখোয়না কৌশিল্লকপা নত্তবনে?"

ফাইবেলনা মমিৎ লাওথোক্লদুনা হাযবকই,

"ঐখোয়না কবিগী কৌশিনগনি? ঐখোযদি মখোযবু হলহনখিনবা হোৎনবিবনি। মখোয় অমা অনী লৈরম্বদগী মথং মথং কৌশিল্লক্তুনা ঙসিগী মীয়াম অসি ওইখিবনি।"

মাগী ৱাদু শৌগৎলদুনা মঙলেমনা হায়বকই,

"মখোয় অসিবু লমদমসিগী লৈবাকম্মচা কনানা করিগী কৌশিল্লত্তৌবিনো? পাবুংগী ৱাদু ওন্নরে।"

লৈচিলসু ময়াম্বশিংবু শৌগৎলদুনা হায়রকই,

"মখোয়দি মখোয় মশেন খরা খরা পুশিন্নরক্তুনা চঙলকপনি।"

ঐনা ইচাশিংদা হায়,

"মখোয় অসি নখোয় ঐখোয়না কৌশিল্লকপা, পুশিল্লকপা নত্তনা কনানা ওইগনি? য়েংউ, শম ককপা মী লৈরমদবদগী মঙলেম নঙনা হল্লকখিবা, অদুগা লৈচিল নঙনা খোঙবান শেংদোক্লবা মী নেকপা চৎলুবদা ফংলক্রিবা অদু

করিদগীনো? নখোয় খল্লু। য়াম্মা মুন্না খল্লু।”

ইচাশিংনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা করি হায়রক্কদগে হায়দুনা ঙাইহি।

ঐনা মখা তারদুনা হায়,

“মখোয়না তৌবা থবকশিং অসি লমদমসিগী লৈবাকমচা কনানা থৌনা ফনা চোংথোক্তুনা তৌবা ঙম্বগে? লমদম অসিদা থবক কয়া শুবীনবা লৈতনা তাদুনা লৈরি। থবকশিং অসি শুবীনবা মী নখোয়না থিরি, কৌরি শুহল্লি। থবকশিং অসি শুরম্বদগী লেপখিবদা নত্তরা ঙসি লমদম অসিনা চপ লেগুনা লৈখিবা? থবকশিং অসি নখোয়না চোংথোক্তুনা শুরু, নোম্লু। থবক্লা লৈত্রবদা কনানা থবক থিবা লাক্কনি? মখোয় অসিবু নখোয়না কৌশিল্লকপা নৎত্র? নখোয়দি থবক শুনিংদে, নোম্লিংদে। থবকপু ইকাই খুম্নদে। নোম্বা কনবা মীবু ইকাই খুম্ননিংদে। নখোযদি মগু মগুদুনা হৈবোং মখাদা হিপ্তুনা হৈবোং তারকপা ঙাইহি।”

ঐনা লেপ্পা লৈতনা হায়বকপা অদুদদি ইচাশিংনা তানিংদ্রদুনা মথং মথং হৌগত্তুনা চঙনখ্রে।

তাং ঃ ১৬।০২।১৪

# খজাইদা তাহৌবা চিনবানগী মমি

ফনা কুইনা হোৎনববা মতুংদা ঐগী চিন্দা পুনশিল্লিবা সিলোতেপ অদু খদাং মখাদা চিংথরে। খুৎতা পুল্লিবা থৌবী অদু যানা চিক্কুনা লৌথোক্লবা হোৎনরি। অদুবু চেৎনা পুনশিল্লম্বদগী লৌথোকপা ঙমদ্রে। খুৎ অমদি খোঙ অনীমক নক্না শম্লনা কিশিল্লম্বদগী হৌগৎনবা হোৎনবদা ঙন্নবসু চপ তিংনা হৌগৎপা ঙমদে। অদুগা চৎপসু য়াদ্রে। তুম্ফম কাগী মখাদা লৈবা অবোনবা কাদগী ঐ মথক তম্না শিৎ-শিত্তুনা কাখৎলকই।

চাকশঙ তম্না চঙশিন্দুনা তপ্না হৌগৎলি। যেনশাং শেম্নবা থাঙ মচা অমা গ্যেস স্তোভ ময়াদা লৈবমই। লাইবক্না থেংদুনা থাঙদু মখাদা ইহুবে। থাঙ অদু খুৎনা পায়বওই চপ্লওই তৌদুনা খোঙদা পুনবা থৌরীদু ককথৎলে। অদুগা থাঙ অদু খোঙ অনীনা চপ্পুনা থন্নগা খুৎতা পুনবা থৌরীদু ককথৎপগা লোয়ননা সিলোতেপ অদুসু ককথৎলে।

থংনবা মিকুপ্তা লময়াইদা সাইট টেবল মথক্তা লৈবিবা টেলিফোন অদু থাংগত্তুনা ইপুবোইবা ডাঃ ব্রিবেকতা তৌকই,

“মোয়-পাবুং! ইমুংদা থৌদোক অমা থোক্লে। য়াম্না থুনা অমুক্তা লাকপীয়ু।”

মোয়-পাবুংদা ঐনা পাউ হায়বদা ঐগী খোঞ্জেল নীকখি।

মানা পাখৎনা হংলকই,

“হা! কয়াম কুইববা!?”

"ঙাইহাক্কী মমাংদনি।"

"নঙ, নশাদি কৈসু তৌদবা নত্ত্রা?"

"তৌদে।"

ঐ ঐনা লিৎলিবা শেগাইরবা কুর্তা অদু লৌথোক্লুনা অতোপ্পা অমা লিৎশিল্লে। হৌজিক ফাওবা মিহুন অসি 'দং-দং' হুল্লি। করিগুম্বদা মিহুন হুনবগী মখোল অসি নাকোং অসিনা তাবগুম তৌরি। সোফাদা ফমথকই। অদুবু ফম্বা চঙদে। ফুক হৌগত্তুনা লময়াইদা হংগৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরি।

তাঞ্জা অসিদা গেট হাংবগী মখোল তারকই। মিকুপ অহুমগী মতুংদা,

"তিং-তোং।"

কোল্লিং বেল খিংলকপনি। থোঙ হাংদোক্লুবদা মোয-পাবুং চঙলকই। ঐগী অকিবা পাখৎপা অদুগী ফোঙদোকচফম ওইরবা মোয-পাবুংনা ইমাংদা লেপ্লববা অদুদা ঐগী কংলুরবা মিৎলুগী পিরাং অদু অমুক ঈহৌবকই।

মানা ঐবু থেমজিনর্বদুনা হায়বকই,

"লনদি তাল্লগা ফংবনি। থবাই মাঙহৌদ্রিবসি ফরবনি।"

খুদক্তা অরোনবা কা অদোমদা মহাক কুমথদ্রে। ঐসু মতুং ইন্নদুনা কুমথরে। হাংলবা উপু অদু য়েংলিঙৈদা মপান্দগী কোল্লিং বেল খিংলকপগী মখোল তাবকই।

"তিং-তোং, তিং-তোং।"

ইবানি খুদক্তা মমাংথোঙ তম্না লাক্লে। মানা থোঙ হাংদোক্লুবদা হোজ খাস পুলিস ষ্টেসনগী ও, সি, মোহিত কুমার, পুলিস অহুমগা লোয়ননা মপান্দা লেপ্পুনা লৈরম্মি।

ও, সি, মোহিত কুমার ইমুংদা চঙলক্লুনা অরোনবা কাগী হাংলবা উপু অদু য়েংলবা মতুংদা চাকশাঙদগী ককথংলবা থৌবী অদু লৌখত্নুনা খাউ অমদা হাপচিল্লি।

মানা ঐঙোন্দা হায়রকই,

"মেডাম, থৌদোক অসিগী মরমদা হৌবদগী অমুক্তা হায়বীয়ু।"

ঐখোয় সোফাদা ফমথরে।

'ঐগী বাখল্গী ফিজংদা উরক্লে,

অযুক পুং তবা মখায় তারক্লে।

"তিং-তোং ! তিং-তোং !"

কোল্লিং বেল মখোল অসি তাবদা সাইন্স মেগজিন অমা পারম্বদগী মমাংথোঙলোমদা মীযেং থল্লুই।

"কনা ওইরিগবা? কা অহাঙবা শান্দোকপা লৈবরা হায়না হংবা লাকপা ওইবিনি।" - ঐগী থম্মোই

থোঙ হেক হাংদোক্লুবদা প্লাষ্টিক্কী জালিগী মায়খুম উপ্লা নুপা অনী ইমুংদা খুৎলৈ থুনা চঙশিল্লকই। মখোয়গী মখুৎশিং অদু অপাবা শউনগী গ্লোব উপ্লি। ঐনা লাউগে হায়না হেক তৌবগা নুপা অমনা পিষ্টোল উত্তুনা ঐগী চিন মেনশিল্লগা হায়বকই,

"তুমিন্না লৈযু নৎত্রবদি নথাই মাঙগনি।"

নুপা অমদুনা খুদক্তা থোঙ লোনশিল্লি। অদুগা মখোয়না পূরকপা খাউ অমদগী থৌরী লৌথোরকই। মদুনা ঐগী খুৎ অনীমক মাঙলোমদা চেৎনা কিশিল্লি। অদুগা খোঙ অনীমকসু চেৎনা কিশিল্লি। খুত্তা কিবা থৌরী অদুগী মচিনগা খোঙদা কিবা থৌরী অদুগী মচিনগা নক্লা কিশিন্নরে। সিলোতেপ অপাকপা অমনা লুখন্নোমদগী কোল্লক্তুনা ঐগী চিন অসিদা নপশিল্লি। ঐগী মিহুনগী খোঙজেল অরোইবা থাক্তা য়াংনা হুল্লকই। হুমাং মরিক-মরিক কারকই। ঐনা 'উম-উম' তৌদুনা লাউনবা হোৎনরুই। অদুবু পিষ্টোল অদু ঐগী লাইবক্তা থল্লদুনা হায়রকই,

"তুমিন্না লৈবগা নথাই মাঙবগা করম্বনা ফৈ?"

ঐনা নাম্মোক্লবা হোৎনরুই। অদুবু পিষ্টোল পায়বা অদুনা ঐগী খজাইদা শাফু কন্না খুবাক্লা থারকই। মহাক্কা চাংদম্নবদা অতোপ্পা নুপা অদু মশা পাই। অদুগা খরা নেম্মি। পিষ্টোল পায়বা অবাংবা নুপা অদুনা য়াম্না শাউনা ঐগী ইনফি লাক্তুনা চিংথোক্লম্মি। অদুগা ঐনা লিংলিবা কুর্তা অদু তাপ পায়দুনা খণ্ডচিং চিংই। মহাক্কী খুৎচিং অমুক্তা ঐগী কুর্তা অদু খুদুপ অমা খরা হেন্না

শেগাইবে। ঐগী থবাক কুপ্পিবা অঙাংবা মচুগী ৱা অদু মপুং ফানা উবে। ঐ খুৎ অনীনা থবাক অসি খুমজিন্নবা হোৎনৱি। কিবনা ইশা অসি নীক্লি।

মানা কুর্তা হেক শেগাইবগা হায়বকই,

"তুমিন্না লৈয়ু য়াদ্রবদি নুপী ওইবীগী ইকাই খুম্নবা মাঙবতা নত্তনা নথ্বাইসু মাঙগনি।"

খরা নেম্বা নুপা অদুনা ঐগী কুর্তা অদু খবগা অমুক হেন্না চিংদুনা শেগাইবকই। ইশা নাম্থোক্লবা পাম্বৈ অমত্তা উরক্ত্রবদা ঙাকপীনবা নুপা অদুগী মখোঙ ঐগী লাইবক অসিনা শোক্লুনা কপ্পুনা লৈবে।

অনেম্বা নুপা অদুনা হায়বকই,

"ঐখোয নঙগী ইকাই খুম্নবা মাঙহনবা লাকপা নত্তে। ঐখোযনা পাম্বদি নখোয়গী লোত্তুনা থল্লিবা সনা, লুপাশিং অদুনি। ঐখোযবু যুম অসিদগী য়াম্না থুনা চৎখিনবা অশেং-অশেংবা তাক্কদবনি।"

ঐনা "উম, উম" হাযদুনা যানিংবা উত্তুনা ঙক নোম্মি।

"য়ুম অসিগী অবোনবা কা কদাইদা লৈ?"

ঐনা মখাথংবা কা অদোমদা থৌবীনা পুনশিল্লবা খুৎ অনী অসিনা থিন্দুনা তাকই। অৱাংবা নুপা অদুনা মখা থংবা তুম্ফম কারোমদা চঙলুবগা পবপ-পরপ থোবকই।

মানা হায়বকই,

"অসোমদা অরোনবা কা অমত্তা লৈতে। নুপী অসি মবিল চুমদ্রি।"

অৱাংবা নুপা অদুনা ঐগী খোঙ পায়দুনা অদুগা অনেম্বা নুপা অদুনা ঐগী পাম্বোম পায়দুনা ঐবু থাংলি। অদুগা লময়াইদা থাবিবা ফমুং অদুগী মথক্তা ঐবু 'ভুব' লাউনা থাদে। অদুগা অনেম্বা নুপা অদুনা ঐগী পাম্বোম পায়দুনা লৈ। অৱাংবা নুপা অদুনা ঐগী খোঙদা পুল্লিবা থৌবী অদু লৌথোক্লবা হোৎনবি।

ঐনা মখাথংবা তুম্ফম কারোমদা ওন্দুনা 'উম-উম-উম' তৌদুনা ঙক নোম্লগা অরোনবা কাগী লৈফম তাক্লবা হোৎনবি। থোকপা হৌরুরবা ঐগী খোঙদা পুল্লিবা থৌরী অদু অমুক চেৎনা হান্নগুম পুনশিন্লে। অদুগা ঐবু মখাথংবা কারোমদা চিংদুনা পুরকই।

অৱাংবা নুপা অদুনা হায়রকই,

"কা অদু কদাইদা লৈ? পরপ-পরপ তাকউ?"

ঐনা লুখুমদা থেৎলিবা ঘড়ীদা খুৎ থিল্লি। ঘড়ীদা উরি – পুং তরামাথোইগা মিনিট মঙা। মিকুপগী কাটানা চৎলি লেপ-লেপ্তুনা -তরুক, -তরেৎ,-নীপাল, -মাপল, -তরা।

অনেম্বা নুপা অদুনা ঘড়ী থাংথবে। ঘড়ীগী থেৎফমমক্তদা অরোনবা কাগী থোঙ হাংদোকফম শোগী মখুল লৈরম্বা উরে।

ঘড়ী অদু ফমুংদা থম্লগা মানা হংলকই,

"মসিগী শো কদাইদা লৈ?"

শো লৈফম তাক্লুদবদা মখোয় অনীনা ঐঙোন্দা তৌরকপা য়াবা থবকশিং খল্লুবদা অকিবা পোকই। অদুনা মিকুপ অমা ফাওবা পম্বৰা তৌদনা শোগী লৈফম খুৎনা থিন্দুনা তাক্লুই। ঘড়ী অদু তাপ পাযখত্তুনা লৈ-লৈদুনা য়েংই। অদুগা বেটবি সেল হাপফম অদু হাংদোক্লুবদা অরোনবা কাগী শো অদু তারকই। শো অদু পায়দুনা য়াম্না চেকশিন্না ফক্লাংগা মান্ননা উহল্লিবা অরোনবা কাগী থোঙ অদু হাংদোক্লে। অরোনবা কাগী মনুংদা থোঙজিন ময়াদা পানবা বম্বকী স্বাইচ অদু নম্লদুনা অনেম্বা নুপাদু মখাদা কুমথখ্রে।

মিকুপ খবগী মতুংদা পবপ-পরপ কাখৎলক্তুনা ঐঙোন্দা হংলকই,

"উপুগী শো কদাইদা থম্মি?"

ঐনা অরোনবা কা তম্না কুমথখ্রিবা লম্বীদা খুৎনা থিন্দুনা তাকই। অৱাংবা নুপা অদুনা ঐবু মখাদা চিংদুনা পুরক্লে। উপুগী মথকমক্তদা থেৎলিবা ঐগা ডাঃ বিবেক্কা লুহোংবগী ফ্রেম চল্লবা ফোটোদা ঐনা খুৎ থিল্লি। অনেম্বা নুপা অদুনা ফোটো অদু খুদক্তা লৌথোক্তুনা ফ্রেম অদু হাংদোক্লুবদা উপুগী শো থেংনরে।'

মপান্দা য়ুমগী গেট মপামক্তদা গাড়ী অমা ব্রেক ফাদুনা খাম্বগী মখোল তাই। মখোল অসিনা ঐগী ৱারী মরক থৎলরে। ও, সি, মোহিত কুমাবনা ঐগী ৱারী লেপ্লবা খুৎনা খুদম পীবকই। তাঞ্জা অসিদা গাড়ীগী থোঙ থিংজিনবগী মখোল তাই। মিকুপ মরিগী মতুংদা গেট হাংবগী মখোল, তরাশুবা মিকুপ্তা গেট থিংজিনবগী মখোল তাই। মিকুপ তরামরিশুবদা কোল্লিং বেল খিংলকই,

"তিং-তোং"

ঐ ঐগী ইপুরোইবা ডাঃ ৱিৱেক, ও সি, মোহিত কুমার অমদি মাগা লোইনবকপা পুলিস অহুম থোঙলোমদা য়েংদুনা লৈ। পুলিস অমনা থোঙ হাংদোক্লুই।

সেন্ট্রেল ফোরেন্সিক সাইন্স লেবোরেতরীগী এক্সপার্ট ডাঃ শ্রীকান্ত অমদি মাগী খোঙলোই অনী থোঙজিল মযাদা লেপ্তুনা লৈবম্মি। থোঙ হেক হাংদোকপগা মখোয চঙলকই।

ও, সি, মোহিতকুমাবগা ৱারী খরা শান্নরবা মতুংদা ডাঃ শ্রীকান্ত অমদি মাগী কাওবুনা থীজিনবগী থবক হৌরকই। ফ্লোরদা তাবা খোঙউপকী মমিশিং কুপ্না য়েংদুনা ফোটো লৌবি। ফোটো ফ্রেম, ঘড়ী অমদি উপুগী খুৎপায়ফমদা তাবা খুৎকী গ্লোবকী মমিশিং খোমজিল্লি।

ও, সি, মোহিতকুমাবনা ঐঙোন্দা হায়বকই,

"মেডাম, নুপা অনীদু যাম্না হৈ-শিংনা ইমুংদা চঙলকখিবনি। মখোয়না কবম্বা মতমদা কনা-কনানা যুমদগী থোকখিবা, অদুগা পুং কযাদগী কযা ফাওবা যুমসিদা মেডাম নথন্তা লৈবগে হাযবা খঙনা চঙলকখিবনি।"

ঐনা হায়,

"মানি সাব। মশ্বাইদা লৈবা মীসু ওইবমগনি।"

মোয-পাবুংনা হাযবকই,

"ইমুংসিগী মীনা মখোযবু মশক খঙবদগী মখোযনা মাযখুম উপ্তুনা চঙলকপা ওইবমগনি।"

ও, সি, মোহিত কুমারনা হাযরকই,

"মখোযনা মাযখুম উপ্পদা নত্তনা মখুৎসু গ্লোব উপ্তুনা চঙলকপদুনা মখোয় হুরান-চিঙ্থি তৌবগী থবক্তা খোইদোক্লা হৈ-শিংই হায়বা তাক্লি। অদুবু ফরে। মেডাম, ৱাবী মখা হায়বীবকউ।"

'ঐগী মিৎমাংদা নোংমৈ পায়দুনা চঙলকখিবা নুপা অনী অদু অমুক উরক্লে।

অৱাংবা নুপা অদুনা মনঙ্গলদা য়ানবা খাউ অমা লৌখোরকই। মখোয় অনী চঙদুনা খাউ অদুদা ঐখোয়গী চহী কয়া চঙনা তুংশিন্দুনা থমজবা য়াম্নবা সনা অমদি পৈশাশিং লোযনা হাপচিল্লে। হাপচিনবা হেক লোয়বগা অৱাংবা

নুপা অদুনা ঐগী নাক্তা চঙশিল্লকই। ঐ কিবনা খোঙ অমদি খুৎ কোনশিন্দুনা ইশা অসি পিক্লা থুপচিল্লগা কুন্দুনা লৈবি। মানা ঐবু চিংখত্তুনা ফমহল্লে। কিবদগী ঐ ফিনা শাবা হংলাইগুম্না মানা তৌহন্নিংবা অদুতা তৌরি।

মানা নোম্থরদুনা ঐগী নাকোং মযাদা হাযবকই,

" হৌজিক্তি ঐখোয়গী থবক লোইবে। নঙসু কিবগী মথৌ তাদ্রে। ঐখোয়গী ইতেং পাংবীবগীদমক থাগৎচরি।"

নুপা অদুনা মচিন অদু ঐগী খজাই ময়াদা অসুম-অসুম নকশিল্লকই। মানা হোন্দোরকপা অশাবা নুংশিৎ অমদি মাগী হকচাংগী অশাবা মনিল অদু ঐগী খজাইদা ফাওরকই। ঐগী য়েৎথংবা অমদি ওইথংবা খজাইদা চুপ্লল্লগা মা হৌগৎখ্রে।'

তাঞ্জা অসিদা ফোবেন্সিক সাইন্সকী এক্সপার্ট, ডাঃ শ্রীকান্ত মমায লৈশিল্লকই। মতম অসিমক্তদা ও, সি, মোহিত কুমাবনসু ঐগী ৱাবী লেপ্লবা মখুৎ থাংগত্তুনা খুদম পীবকই।

মানা হায়বকই,

"থৌদোক অদুগী মতুংদা মেডাম্না মায তাথোকখিবা লৈববা? ফিনা নৎত্রগা খুৎনা মায় তৈথোকখিবা লৈববা?"

ঐনা গুক হাযবদুনা হায,

"অমত্তা লৈখিদে।"

ও, সি, মোহিতকুমাব হৌজিক ফাওবা মখুৎ থাংগৎলি। ঐ খঙলে। ঐবু লেঙদনবা হাযবিবনি। ঙসিগী থৌদোক অসিগী মমাংদা ঐনা সাইন্স মেগজিন অমা পাখি। মদুদা মী অমগী দি, এন, এ, মীদুগী মতিন্দগীসু খঙবা ঙম্মি হায়না য়াওখি।

ও, সি, মোহিতকুমারনা ডাঃ শ্রীকান্তদা হংলকই,

"সার, মেডামগী খজাইদা তাহৌবা চিনবানগী মমিদগী নুপা অদু মশক খঙবা ঙম্লোইদরা??"

ডাঃ শ্রীকান্তনা খুদক্তা হায়বকই,

"চিনবানগী মমিদগীদি খণ্ডবা ওন্নোই। অদুবু খণ্ডবা য়াবগী লম্বী অমদি লৈ।"

"করি!?"

ও, সি, মোহিতকুমারনা হংলকই।

ডাঃ শ্রীকান্তনা মখা তারকই,

"চুম্না নুপা অদুনা চিনবান্না থেংলম্বা ওইরগদি খণ্ডবা ওন্নোই। অদুবু নুপা অদুগী মতিন তৈহৌরবদি নুপাদুগী দি, এন, এ, মশক খণ্ডবা ওমগনি।"

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা মানা হায়রকই,

"মেডাম, খুৎনদি শোক্তনা খজাইগী মফম অনীদু থিন্দুনা তাকপীয়ু।"

ঐনা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাকপদগী ডাঃ শ্রীকান্তনা চাংয়েং চৎথবা হৌরকই। অদুগা ঐগী দি, এন, এ, সু মশক খণ্ডদোক্লবা হোৎনরি।

মোয়-পাবুংনা ডাঃ শ্রীকান্তদা হংলকই,

"সার, মীওইবগী তিন অসিবু ঈশিংগী শরুক্না কয়ানো? অদুগা অতোপ্পা মচাকশিংনা শরুক কয়ানো?"

"মীওইবগী তিন অসিদা ঈশিংগী শরুক ৯৯.৫ য়াওই। অদুগা চাদা ০.৫ না মকস, গ্লাইকোপ্রোটেন্স, এনজাইমস, এন্টিবেক্তরিএলনচিংবা মচাক কয়া য়াওরি।"

ডাঃ শ্রীকান্তনা মাগী থিজিনবগী থবক মখা চত্থদুনা লৈরি।

ও, সি, মোহিতকুমারনা হায়রকই,

"সাবদগী পাউ হেক ফংবগা ঐনা নিউ দিল্লীগী সেন্ট্রেল ফোরেন্সিক সাইন্স লেবোরেটরীদা পাউ পীখিবনি। হৌজিক্তি ডাঃ শ্রীকান্তগী রিপোর্ট য়েংলগা ঐখোয়গী মখা তাবা থিজিনবগী থবক চত্থবা তারে।"

ঐনা হায়রুই,

"সারহোয়না ইতেং পাংবীদুনা হুরান-চিন্থি তৌবশিং অদু ফানবা হোৎনবীয়ু।"

"ঐখোয়না অওম্বা থাক্তা হোৎনজগনি। মেডামগী থবাই মাওহৌদবসি খ্বাইদগী অফবনি। মখা তাবা পাউ ফংবগা খণ্ডহনজরক্তে।"

ও, সি, মোহিতকুমাব অমদি ডাঃ শ্রীকান্ত মখোয়গা লোয়নবা কাণ্ডবুশিংগা

লোয়ননা থোকখ্রে।

নুমিদাং লাই খুকম্বা লোইবদুনা হেক হৌগৎলকপগা টেলিফোন খিংলকখি,

"ক্রিং–ক্রিং! ক্রিং–ক্রিং!"

মোই–পাবুংনা পায়খৎলি। অদুগা খোঞ্জেল হৌনা থাবদুনা হায়কই,

"ঐ য়ুসুফ সবাইদগী ডাঃ ব্রিরেকনি হায়বীয়ু।"

"সাব, ঐ হোজ খাস পুলিস ষ্টেসন্দগী ও, সি, মোহিত কুমাবনি। হুরানবা অনী অদু মশক খঙলে। অমদি ফাবে।"

"ফারে হায়বা!! অদোম্বু থাগৎচবি। হুবানবদু কবম্না মশক খঙবীবগে?"

ও, সি, মোহিতকুমাবনা হায়বকই,

"ডাঃ শ্রীকান্তগী ফোন ঐঙোন্দা লাকখি,

'সাব নুপা অদুগী দি, এন, এ, মশক খঙলে। অদুগা ঐখোযগী ষ্টোবদা লৈবা থৌদোক–ব্রাথোক কয়াদা চেন্নবা মীওইশিংগী দি, এন, এ, গা চাংদম্নদুনা যেংবদা চপ মান্নবা মীশক অমা থেংনবে।'

পাউ অসি হেক ফংবগা ঐখোযনা নুপা অদু কৌখত্তুনা ব্রাহং পাউহংবগী থবক চৎথখি। অদুগা নুপা অদুনা মহাক মশানি হায়না যাজবে।"

মোয়–পাবুংনা হায়রুই,

"যাম্না নুংঙাইজরে। অদোম্বু থাগৎচরি।"

"নুপা অদু পোৎ–চৈ লাকপা, হুবানবনচিংবদা য়াম্না চেন্নবা মীনি। মহাক্কা লোয়নরকপা মীশক অদুসু ফানবা হোৎনবি। মখা তাবা কোন্না খঙহল্লকে।"

"ফনি।"

ঐনা মোমোন নোক্তুনা মোয়–পাবুংদা যেংলুবদা মাসু মোমোন নোক্লকই।

তা ঃ ০২।০৩।১৪

# করিনুংগী

নগর পঞ্চায়টকী ওফিসনি। ঐখোয় ময়াম ৱা তান্নরি। কদায়-কদায়দা য়োনবা যাবা দুকান প্লোট লৈবগে হায়না থিবদা লুপ্নি।

কৈথেলগী নোংপোক থংবা নাকলদা লৈবঙ্গা দুকান প্লোটশিং চহী তরামঙাগী মমাংদা কাউন্সিল্লর ওইরম্বশিংনা লোয়না য়োম্থোক্লম্লে। অৱাংথংবা লম্বীগী মমাংথংবা শরুকসু মথংদা ওফিস পায়রম্বশিংনা য়োম্থোক্নুনা লোইশিল্লম্লে। মমাংগী কাঙবুনা লম্বীগী মনীংথংবা লম মখৈসু য়োম্থোক্লম্লে।

য়েংলু-য়েংলুবা মায়কৈদা অহাংবা লম মচেৎ অমা ফাওবা উবা ফংদ্রে। খুনগী লম্পাক, খুনগী পুম্ত্রিদা ফাওবা য়েংশিন্লে।

চেয়ারপার্সন সরিতানা হায়রকই,

"কৈথেলগী অৱাং থংবদা লৈরিবা পুম্ত্রি অসি ফুনজিল্লগা দুকান প্লোট ওম্থোক্নুনা য়োনবদা করি কায়?"

দেবনা হায়,

"মদুদি য়াম্না পাম্নগদবা মফমনি।"

"প্লোট ফনা য়াম্না ফংগনি।"

"সুপর মার্কেট ওইনা শাগৎপা য়ানি।"

অতৈ কাউন্সিল্লরশিংসু মাগী-মাগী অনীংবা ফোঙদোক্লরকই।

"লম মচেৎ অমত্তা লৈ য়ারোইদৌরি। ময়াম চঙদুনা শায়েন-ঙায়েন্নদুনা লোইশিনদৌরি।" – ঐগী থম্মোই

য়োগেশনা হায়রকই,

"পুন্ত্রি অসি খুনগী অমত্তা ঙাইরবা পুন্ত্রিনি। মসিগী মপান তাংবা মী কয়া লৈবি। মসিবু ফুনজিন্নগা দুকান প্লোট ওন্থোকপগী ৱাফমসি কুপ্না খন্নবা মথৌ তাই। লৈকাই খুনগী মীওই কয়াগীসু ৱা তাবা মথৌ তারি।"

অজয়না হায়রকই,

"ৱাতব সপ্লাইদগী থারকপা ঈশিংনা ইমুংগী শীজিন্নবা নীংথিনা কোন্নরি। অদুনা পুন্ত্রি অসি থম্বগী য়াম্না মথৌ তাবা হায়বদুদি ওইদ্রে। চুম্না পুন্ত্রি অসি লৈবগী শীজিন্নবনা অমনি।"

য়োগেশনা হায়,

"পুন্ত্রি অসি লৈবগী চুম্না শীজিন্নবা নত্তে। তঙাইফদবগী শীজিন্নবনি। নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা চঙবা ঈশিং ৱাতর সপ্লাইনা পীবনা কোন্নবা ঙমদে। পুন্ত্রি ফুনবগী ৱাফমসি তোকসি।"

অজয়না হায়রকই,

"পুন্ত্রি অসিগী ঈশিং শীজিন্নরিবসি মনাক নকপা মীওই খরদগীনি। মসি ফুনজিনবদা খুনদা শোক্লিংঙাই কবিসু লৈতে।"

"খুন অপুনবনা শীজিন্নদ্রবসু মসি মীওই খরগীদি য়াম্না মরুওইবা চঙদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। মসি ফুনবা হায়বসি ঐদি য়াবা ঙম্লোই।"

য়োগেশনা হায়বকপনি।

ঐ য়াওনা অঁতে কাউন্সিল্লবশিংদি খন্নবা হৌরকপদা য়ানিংবা উৎলম্লবসু মখা তানা অৱাই-অখুন তৌনবা ঙমদ্রে।

সরিতানা হায়রকই,

"পুন্ত্রি ফুনবগী ৱাফম অসিদা য়ানিংবা অমসুং য়ানিংদবা হায়না অনী থোক্লা লৈরে। ৱাফম অসিদা ময়ামসু মথং-মনাও নাইনা অপাম্বা ফোঙদোকপীয়ু। পাম্বগী মরম্না করিনো, পামদবগী মরম্না করিনো হায়বদুসু হায়বীয়ু।"

কাউন্সিল্লর তরামাথোইগী মনুংদা ঐখোয় তকক্লা শৌগত্নুনা সরিতাবু

চেয়োবপার্সন ওইনা খল্লকপনি। ঐখোয় তকক্কী মনুংদা নুপী মবি য়াওবি। অদুগা শৌগত্তবা কাঙবুদা কাউন্সিল্লব মবি লৈবদা অনীনা নুপীনি।

চেয়াবপার্সনগী ৱাফম অদু তাবদা চুন্না যানিংই নৎত্রগা যানিংদে হায়না ফোঙদোক্লবগী শেম-শাদুনা লৈরম্না ঐখোয় নুপী খরদি অৱাবা ওইরে। ঐখোযনা ঐখোযগী অপাম্না অমদি পামদবগী মবম পীবা ঙমদ্রে। মবম লৈববসু ফোঙদোকপা ঙমদ্রে।

মীবক-নাবক যেংলগা ঐনা সবিতাদা তপ্লক্না হাযরুই,

"হযেং ফাওবা মতম পীযু।"

ঐখোয খবগী অশোনবদু মানা উবে।

মানা হাযবকই,

"ৱাফম অসি হযেং লৈখাই তানা খন্নবসি।"

নুমিদাং অমা,

চাক লোযবদুনা মখোয পাবুং হনজিল্লকপা ঙাইবি। ঙাইবা ৱাবদুনা চাক চাকুবগে হাযদুনা চাকশঙদা চঙলে। তাঞ্জা অসিদা মাসু হনজিল্লকই।

চাকশঙদা চুমদ্রিং চঙলক্লুনা হাযবকই,

"ইবেম্মা! নবাইবক্তা কাউন্সিল্লব ওইযু হাযনা তম্লল্লেহে।"

মাগী ৱাসি তাবগা অৱাং লৈকাইগী কাউন্সিল্লর থাবাতোন মিৎসিদা শঙশঙ উবকই। নগব পঞ্চাযটকী ওফিসতা কাউন্সিল্লব মযামগী মীফমদা ঐসু যাওদুনা ৱা তান্নবিনি হাযদুনা তৌবি। অদুবু থংনবা মিকুপ্তা ঐগী ৱাখল মঙলান নোংথাংগী মতৌগুম্না মাঙখ্রে।

মানা মখা তাবকই,

"ঐখোয লৈকাইগী কাউন্সিল্লব, নুপীদা ওইনা তাবে।"

মানা হাযনিংলিবা অদু উবগা ঐনা হংলুই,

"ঐবু কাউন্সিল্লব মীখলদা লেপ্লু হায়বিববা?"

"হোযনে। লেপ্তবা যাদ্রবনিনে। মথংগী মীখন্না নুপাদা তাববদি ঐনা অমুক লেপ্পা তাবে।"

"ঐবু হৈনদৌ মান্দেদা। লাইবিক-লাইশুসু নীংথিনা তমহৌদবে।"

"ঐ লৈরিসিদি? থবক খুদিংমক ঐনা লোয়না শিনগনি। নঙনা চুম্না ময়াম মমাংদা লেপ্পদনি। মখা লৈকাইগী তোম্বীনৌ লাইরিকময়েক চৎপা নত্তেনে। মাগী নুপাদুনা লোয়না তৌরিবনি। খুৎয়েক তৌরমদাইদা তোম্বীনৌননে মমিং অদু য়েক্লিবনি। মদুসু 'তোম্বী' খক্তনি। 'নৌ' গা য়াওবা নত্তে।"

ঐ য়ানিংগুম-য়ানিংদগুম তৌই। নোকমি-নোকমি তৌদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলদুনা হায়রুই,

"ঐখোয় লৈকাইগী কাউন্সিল্লরসি ঐখোয় ইমুংনা কোন্দুনা থম তারে।"

"থল্লা তাবনি। লৈকাই মরূপ তিন্নফমদা ঐনা বা হৌদোক্লল্লবনি। কান্নদে, ঐনা য়াদ্রগা নঙনা লেপ্পা। নঙনা য়াদ্রগা ঐনা লেপ্পা। নাম্বোকহনবকা য়াবা নত্তে।"

মীখল থেংননি হায়না চোংথোক্লুরে। মায় পাক্লবা হোৎনবদা অহিং কয়া নীংথিনা তুম্বা ফংখিদে। লৈকাই-খুনগী মীখল অসিনা হেন্না মী নুংশিনহনখিদে। হরাউ-তরাম্না কৌনরম্বা মী ফাওবা থেংনবদা য়েমৌনবদৌনা খনখি। মতমগী চৎনবী চেক্তা চেকশিল্লগা শাগেদা তাই। ঐখোযগী শাগেনা খরা হেন্না লিংবদগী মোয়-পাবুংনসু চেৎনা থাজদুনা হোৎনখিবনি। উচিন-নাচিন্না মী তবামাথোই হেল্লগা কারক্লুনা কাউন্সিল্লর ওইরকখি।

খন্না খন্না লাকপনা য়ুম য়ৌরকপা খঙহৌদে। মাঙোলদা ফমদুনা লৈরম্বা মোয়-পাবুংদা বা হৌদোক্লুই,

"মীমাঙ থোক্লগা বা ঙাঙবা ঙমদবদগী ঙসিদি চোপ্পগা হল্লক্লে।"

"করি তৌনরুরে?"

"ও, কৈথেলগী অৱাংথংবা পুখ্রি অসি ফুল্লসি। অদুগা দুকান প্লোট ওইনা য়োনসি হায়না হৌদোক্লরকই। মদুদা মী খুদিংমক মাগী মাগী য়ানিংবা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লবা চেয়ারপার্সন সরিতানা হেক হৌদোরকএ।"

"এ! মদুগী ওইরে। নঙসু য়ানিংই হায়না ফোঙদোক্লল্লবা নৎত্রো? য়ানিংদে হায়রল্লবসু করিসু কায়দে।"

"কদাইদেনো? চুম্বা লানবদি অমরোমদা থমগ্রো। য়ানিংই য়ানিংদে

ফোঙদোকপদি লাই। মখোয়গী মৰম পীবদুদি ঐখোয়দি হৈজপোৎ নত্তেদা।'

"মীনা হায়বদু নঙসু হায়রম্বা যাদ্রো? 'ঐনা হায়নিংবসু মানা হায়বিবা অসিনি' হাযদনা কোক হায়বমগে হাযদে।"

"নোয অদুম্বা লৌশিংদি মতমদুদদি হেক থোল্লক্তে।"

"মখা কৱিদা লোইশিন্নববা?"

"ইকাইবসু ইকাইনা নঙগা খন্নকখিগে খন্দুনা হযেং ফাওবা মতম পীয়ু হাযবদগী ৱাদু লোইশিন্দনা কাযনবে।"

"অদুনিদনা! নঙসু শিঙিঙহে।"

মখোয পাবুংনা থাগৎলকপা অদুদদি ইশাসি পুংযাং যাংই। হৈমন-শিংমন্দে হাযদুনা ঙাংলক্কদবা খল্লুবনি।

"ঐখোয নুপী অযাম্বনি ৱা ঙাংবা ঙমদ্রিবা। হযেং মীফমদা কৱিবু হাযকুদোইনো? ঙাংগে তৌবগা পন্দুনা তোক্কদৌবিববা খঙদে।" – ঐগী থম্মোই

পুং তবামাথোই তাখ্রে। মীফম হৌনবা মী শুনা তিল্লে। ঐখোয ঐখোযগী মপা শাবা যাওনা মীফম যাওবা লাকপা ঐখোয নুপী অহমদং ওইবিদ্রা খন্দুনা ইকাই ইকাইনা লাকপনি। মীফম মফম যৌবকপদদি চেয়াবপার্সনদং নত্তনা অতৈ নুপীশিংসু মখোয মখোযগী মপা শাবসু য়াওনা লাক্লে।

হাযনখিবা মতম যৌবকপগা মী শুনা তিনবদগী মীফম হৌণদৌবে।

চেযাবপার্সন সবিতানা কোযনা লৈদুনা যেংলকই। ঐখোয় ঐখোয়গী নুপাশিং যাওবদুদা মুন্না মুন্না যেংলকই। মাগী মীযেং অদু উবগা ঐগী নাতোন নাকচিদা হুমাং মবিক মবিক কাবকই।

সবিতানা হাযবকই,

"ৱাবৌবীবা য়াদে। *কাউন্সিল্লর নত্তনা অতৈ মপান্দা অমুক্তা লেঙথোকপীয়ু*।"

মাগী ৱা অসি তাবগা মাগা মায়োক্নবা ঙমদ্রে। মাগা মিৎচান্নকনি খনবদা লৈথোক্নুনা খাঙলি। নাতোন নাকচিগী হুমাং হেন্না হেন্না কারকই।

"যূমদগীদি ঐনা হায়গদবদু মখোয় পাবুংনা হায়জনি খল্লুবনি। হৌজিক্তি কবি থোক্লে!?" – ঐগী থম্মোই

"ইবেম্মা, মসি লৈকাই খুনগী ফনবা খন্নবনি। ইচিন-ইপ্বা ঐখোয় পুন্না

খন্ন–নৈনবনা হেন্না ফগনি।"

তোম্বীনৌগী নুপা মঙ্গিজাউনা হায়বকপনি।

মোয়–পাবুংসু মাবু শৌগৎলদুনা হায়রকই,

"ইবেম্মা, ময়াম চঙদুনা তান্নবগা অফবা ৱা থোক্লক্কদবনি। ময়ামগী ফনবা ৱা খন্নবদা ময়াম যাওবা কবিসু কাযদে।"

"পুন্না অদুম খন্নসিদা।"

"ময়াম পুন্না তান্নবনা ফৈদা।"

"ঐখোয মযাম ফম্মিন্নদুনা অফ–ফত্ত তান্নমিন্নসে।"

নুপী কাউন্সিল্লবশিংগী মতুং ইল্লকপা নুপাশিংনা মখোয পাবুংহোয়গী ৱা শৌগত্তুনা হাযনবকপনি।

সবিতানা খোঞ্জেল ৱাংনা হাযবকই,

"কবিনো ময়াম্না হাযবীবিসিবো? মসি ওফিসত পাঙথোকপা কাউন্সিল্লবশিংগী মীফমনি। লৈকাই খুনগী লম্পাক্তা পাঙথোকপা মীয়ামগী মীফম নত্তে।"

মোয়–পাবুংনা হায়বকই,

"ইবেম্মা, ঐখোয নুমিৎ খুদিংগী থেংনবিবা উনরিবা খুনসিগী ইচিন–ইনাও, ইচিন–ইপ্পা ঙাক্তনি। অতোপ্পা কনাসু য়াওবা নত্তে। পুন্না ফমিন্নদুনা খন্ন–নৈনবদা থোয়না কাযদে।"

সবিতানা খুৎ লোন্নদুনা হায়রকই,

"যূম–যূমদা ইমুং–মনুং ৱা তান্নবনা অমনি। ওফিস অসিদা লাক্তুনা যাওশিল্লবদি হৌনদবা থবক্নি। ময়াম পুম্নমক চানবীদুনা অমুক্তা লেঙথোকপীয়ু।"

ঙসাই মখে তুমিন্না লৈবম্না কাউন্সিল্লব অজয়না সরিতাগী ৱাফম্দু শৌগৎলদুনা হায়রকই,

"চোযবপার্সননা হায়রিবসি অচুম্বনি। কাউন্সিল্লবশিংগী মীফমদা ইমুং–মনুং য়াওবগী মথৌ তাদে। য়ূম–য়ূমদা খন্নবিরগা থাদোকপীরকউ।"

দেবসু ৱাফম অসি শৌগৎলদুনা হায়রকই,

"কাউন্সিল্লর নত্তবা ময়াম পুম্নমক মপান্দা লেঙথোকপীয়ো। ঐখোয়বু মযামগী থবক তৌনবা হোৎনবদা অমুক্তং তেংবাং পীবীয়ু।"

সরিতানা হায়রকই,

"নুপী-নুপা হক মান্নরবা মতমনি। নুপী কাউন্সিল্লরশিংনা হেন্না ইকাইফম থোকই। ওফিসকী মীফমদা য়ুমগী নুপা য়াওহনবগী মরম করিনো? নচিন পান্দবদৌনা নুপা-নুপাদা ভাংহল্লিবসি ইকাইদ্রা? অদুগা ফৌমান য়ানবগী থবকসিসু তৌনগুমসি।"

মাগী ৱাহে খুদিংনা ঐগী থম্মোইদা তিংখংনা থিনবগুম থোক্লরে। মায় অসি থমফম লৈবক্রে।

মঙ্গিজাউনা ফুক হৌগত্তুনা সরিতাদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা হায়রকই,

"হে! ৱাদু হেনমল্লি। মসি এসেমব্লী হোলদা পাওথোকপা এসেমব্লী মীফম নত্তেনে। নওবু কয়াম মতীক চাবা মীনো? ওফিসকী কাওলোন কয়াম পাম্বগে?"

মোয়-পাবুংসু খোন ৱাংখৎলদুনা হায়রকই,

"চুম্না ময়াম খন্ন-নৈনসি হায়বগী ৱানি। ইবেম্মা, অদুগুম্বা লোন্দা-পুদাদু শীজিন্নগনু।"

দেবনা লাউখৎলদুনা হায়রকই,

"ময়ামগী অপাম্বদু য়ুমদা তান্নবীরগা থাদোকপীবকউ। ওফিস অসিদা খুৎ থিংজিল্লকনু।"

সবিতানা হায়রকই,

"লমদম অসিদা মীখলদা মীহুৎ করম্না থাগৎলকপগে হায়বা ময়ামসু খওনববা ওাক্তনি। অদুগা নুপীশিংবুসু করম্না খল্লকপগে হায়বা লোয়না খওনে। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু নুপীশিংসু মীয়ামগা ৱা তান্নবা, মীয়ামগী থবক তৌবা তমসনু। মদুদি নত্তনা নুপা ওইবশিংনা নুপীবু মতম পুম্বদা হংলাইগী মীদৌনা কোয়শেন-শেন্নদুনা লেঙহন্দুনা চৎহন্নবা হোৎনদুনা লৈরি। অসুম্না চত্থদুনা লৈরবদি নুপী ওইবীশিংনা মরোমদোম করম্না লেপচবা ঙমগদৌরিবনো? নুপীশিংবু মান্নবা থাক্তা করম্না পুরকপা ঙমগদৌরিবনো?"

"ইবেম্মা সরিতা, নঙনা হায়রিসি ওস্থোক্লা চুমগ্রেদা। ঐখোয়সে মী ওইমন্দে। ইশাগী থবকপু মীঙোন্দা শিন্নরবদি ঐখোয়গী পুন্সিগী লানফমদি করম্না মায়োক্লবা ঙমগনি?" – ঐগী থম্মোই

অজয়না হায়রকই,

“চেয়াবপার্সনগী ৱাফম অসি অচুম্বনি। ওফিস অসি নীংথিনা মথৌ তৌহনবদা তেংবাং পীবীয়ু। ময়ামদা খুৎ লোন্নদুনা হায়জবি। ময়াম মপান্দা অমুত্তা লেঙথোকপীয়ু।”

“মরী লৈনদবা মী অমত্তং হেক য়াওবদা মীফমগা অমত্তা পাঙথোক্লোই।”

সরিতানা হায়রকপনি।

মাগী ৱাদু তারগা মখোয় পাবুংনা হায়রকই,

“ময়াম পূম্নমক, মীফম হেক পাঙথোক্ত্রিবমখৈ ওফিস অসিদা ফমজিন্দুনা লৈগদবনি।”

মোয়-পাবুংগী ৱাসি তাবদা ঐদি ৱারে। ফব্বা ওমশিল্লক্ত্রে। সবিতাগী ৱাদু তাবগা ৱাখল তামিন্নদুনা মখোয় পাবুংসু য়াওনা নুপামখৈ থোকখিগদ্রা হায়না খল্লম্বনি। অদুবু অমরোমদা মুক্লবা অসুম-অসুম হেনজিল্লক্লে।

“য়ুমদগী হরাও-হরাওনা মীফমদা ইতেং পাংলনি খন্দুনা মোয়-পাবুংগা লাকমিন্নবকপনি। পূম্নমক তাইওন্নলা থোক্লবে! কবিনুংগী মাগা লাকমিন্নরুবা?” – ঐগী থম্মোই

ঙাইহাক তুমিন্না লৈবম্বদগী সরিতানা ফুক হৌগত্তুনা হায়বকই,

“কান্নদে। তা-অজয় থোক্লসি। দেব, লাকও চৎলসি। ঐখোয়না ঙম্বরা মখোয়না ঙম্বরা য়েংনবা তারে।”

হায়না-হায়না মহাক থোকখ্রে। দেবগা তা-অজয়গসু তুং-থা মাং-থা থোকখ্রে।

তা-অজয়না চৌকিদার পিশকতা হায়রকই,

“পিশক! ওফিসসি থোঙ লোনশিল্লু। অদুগা গেট অসিসু লোনশিন্দুনা থম্মু।”

মতুং মিকুপ খরা পুংচিক চিকই।

ওইরক্লিবা ফিভম অসি উবদগী মঙ্গিজাউ নীঙবা কায়না হৌগৎলকই। মোয়-পাবুং, ঐ অমদি অতৈ ময়ামসু মথং মথং হৌগৎতুনা তপ্না-তপ্না থোরকই।

পিশক্না নোকমি-নোকমি তৌদুনা থোঙ শো লোনশিল্লি।

মঙ্গিজাউনা হায়রকই,

“মথং মীফম কৌরকপদসু য়াওগদবনি। কয়াম কুইনা মখোয় অহুমখক্না

ওফিসকী চৎনবী ভাকপা ওন্থগে হায়বদু য়েংবা তাবেদনা?"

মোয-পাবুংনা হায়বকই,

"য়েংসি।"

মিকুপ অহমদং তুমিন্না লৈকরগা মখা তারকই,

"অদুবু ঐখোয-ঐখোযগী কাউন্সিল্লবশিং অসি হোম ৱার্ক নীংথিনা তৌহল্লগা থাদোকপদা তাবেহে।"

তাং ঃ ২৭।০৪।১৪

-(লোইরবা)-

ধনশ্যাম বাহেংবা পাউ তম্বা হৈবা মীওইনি। ইচম চম্না থৌদোক অমা তম্বদা নুংঙাইহনবা লোয়নবা মখা করি হায়না খঙনীংহনবা হৈনজবগী মওং অমা মশাদা ঈরোয়নবা থেংনরকই।

- এলাংবম দীনমনি

মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল, ২০০৮

মোর্দন লাইফনা হিউমেন ভেল্যুজবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা থুগাইরকপদা অইবনা নুংনাংবা ফোঙদোকপা... হৌজিক্কী পুন্সিগী নৈখাইরক্লিবা ঈচাও অসিগী মায়োক্তা মীওইবগী মতৌ অমদি মীগী মমলবু চেংনা থাগোল্লদুনা লেপ্পা পাম্মি।

- নহাকপম অরুনা

কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ২০১২

মঙোন্দা ফাওরিবা ক্রিয়েটিভ ইম্পলস অসি হন্দক্কী অসিদনা হেন্না চংখোনবগী চাং হেঙ্গৎলকই। ক্রিয়েতিভ ইম্পলস অমসুং য়েংলিবা মীয়েংনা অদুক্কী মতিক তরু- তরুবগী চাং হেঙ্গৎলক্লিবগী মতিক শিল্লম (আর্ট)গী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। বারী মচাদদি পাউদম অমসুং খুৎলাম্থোক্লা লৈতেং ওই অমদি নুংঙাইহনবগী চাং লেপ্লী। নাক-য়েৎ অমদি পোৎলম খিবিক অসি চেকশিন্না য়েংলগা অমদি অতাবী অমা শীজিন্নরগা শ্রীধনশ্যামনা মহাক্কী নাচোম অসি নীংথিজনা লৈচল শেম্লক্লে...।

-বি কে বাহেংবা, বাঙ্গোই, ২০১৪